# নাচোম লৈচৰ্

ৱারী মচা

এল, কামিনী কান্ত সিংহ

কোইজিং চোংথাং

নম্বোল

.১৭০

মক আইবগীনি

কোংবা ঃ এস, কামিনী কুমার সিংহ

অহানবা থুংলম শোক ১৯৭১, ইংতা
কপি মশিং ১০০০
মপুম য়েকপঃ— অইবা মশা



মমলঃ লুপা ৩. তনি



---

নম্ফনঃ ডি মণিপুর কো-ওপরেটিভ পব্লিসিং সোসাইটি লিঃ
পাওনা বাজার ইম্ফাল,

# নোঙ্গ্‌কচরি

**মাচোম লৈচমগুম** মখল মথেলগী রারী মচা তরা মাথোই থক্ন পুনশিল্লহনা শেমজবা মতীক চাজব্রবা ঐগী রারী নাচোম্নী। মীকুপ অমত্তা পোথাবা লৈতনা মপুগী শিন্থা ওাক্লিবা মালেম লৈমগী মরুম থুপ্ন হিংজরিবা মচা মীওইবা কাংলুপ্তা পুন্সি লময়াম্লিবা — মুং-পান শোক্ন রারবদা অন্না পোথাগ স্বর মপী অমতং হোম্বহনা হমাং হল্লোক্লবগী সেবা অহ্ন পামজমনবদগী অমহিকসুং সাহিত্য সেবা পামজবগী নেশানা থম্মোইদা পালকপদগী অক-কত থওদনা কলম পাইথজ্ঞনা হেক্তা ইজথ্রবা লাইরিক্নী।

ঐাহাক অকবা, অরাংবা থাকী সাহিত্য অমত্তা মশক থওজত্রি। স্কুলগী তম্ন' লাইরিক (text book) তগী অমদি নহা ওইবা মতমগী ইরাং থাংবা মীৎয়েংগী চোইথোরকপা মপা লাকউহনা ইনাক্তা তারম্বা ঈরোনগী ( মনিপুরী ) গী সাহিত্য লাইরিক অম'নিদি পাজরে। মতীক চাজদবা অশেংবনি অত্থবু ঐগী হোৎনজমনগী মহৈদি ঈশ্বরনা তম্বা ময়ামগী সেবা ওম্লক্ত্ননা মহৈ য়াজবা নত্রগা অরেম্বদা য়েন্নথা নত্রগা রারকী কবি ওইরকপা নোংদম অনীগী মরক্তা অমা ওইববসু বস। বেরা লৈজদে। পামজবা সাহিত্য সেবাদি লেপচরোই।

লাইরিক মচা অসিগী মন্নুংদা য়াওরিবা ৱারী মচা অনী "মচাগী তস্বীর" অমসুং "প্রোফেসার বাবু" দি মথংশিংনা শোক ১৯৬৮-৬৯ দা ইম্ফাল কলেজ মেগাজিন্দা যোংজখ্রে।

লাইরিক অসি কোংদোক্লবগীদমক হন্দক পুকচেল চাউরবা "মণিপুর শিক্ষা বিভাগনা" দেশ থরদং মতেং পাংবিরকই। ঐগী দাদা অহল এল কুঞ্জো সিংহ, তামো, ডাঃ শ্যামচরণ সিংহ অমসুং মরুপ এ, মণিহার সিংহনসু পুক্নীং থৌগৎপিবা মতেং কয়া'মসু পাংবীরকই। ময়ামসিগী শিংথোইদবা লমনসু তোনশিঞ্জরবনি। ফুংশিবীহুনা "মণিপুর কো-ওপরেটিভ. পব্লিশিং সোসাইটি"না লাইরিক অসি নম্বগী অৱা কোকথোং পুবিখিবগী-দমক থাগৎচরি।

প্রিন্তীং চার্জ অমদি চেগী মমল অঙকপা ফংনা হেনগৎলক-খিবা মরম্না মতৌক চাদনা লাইরিক্কী মমল য়ামহনখ্রে। অশোয়বা অৱানবা কয়াসু পাঙজদবাদগী মশিং লাকঙমদনা য়াওখ্রে মহুগী দমক ঙাকপিয়ু, চানবিয়ু, শেমগৎপিয়ু।

অইবা—

“মচাগী তসবীর”

অহিংনী। যনা থেঙজিল্লক্রে। ডাক্তর সুধীর ভীজিৎ চংলূবদগী মাগী নিংথিরবা ফ্রোক্টংকুমদা চংচুনা ফাবোল হোং-দোকপা মাক্সংউদা প্রেমিকা মাইথোংদা সুমহৎ মীমোক অমনা লমজিংলদুনা মথেং পাংলরে। ফাবোলশিং অমু পুশিন-দুনা থ'নবা কা অমদা পেগৈনা চঙলে। মোলবা মোকা অমদা কমথক্তনা সুধীরনা স্বর অমুক্ত লাংনা হোন্দোকলগা পোখাম্নি। সুংঙাইবতনা থল্লবা স্বর্গগী কোমুংশুম্রশা মচুগীসু মথক্তা ইন্দ্রগী শচীশুম্লবী অমা সুঙাংগী অমৃত ওইরবা প্রেমীলানা। মুমগোষ্ঠীবী আনন্দ ভবন অসিদা সুধীরনা পুং অমা কানা সুঙাইবা ফংলদে।

কবিদগী—

সুধীর মমিং চংলা হৈশিংলবা পুকচেন চাওরবা ডাক্তরনি। মহাক্কী ভীজিত্ত অমুক্কী মতিক কুংখ্রে মচুদি সংসার অসিদা

অরা অনাদা বাংপা লৈতেদনা। মতুদি মতাক শেলগীদমক চংপরা? নত্তে। মতোমদা পুক্লিং ইথিং থিংজিন্দে, সেবাগী-দমক............... সেব.! শেলগীদমক হারক্করবদি মহাক্তী কার অসি শেল হোনবা চংপা য়ারবনি। কব্রিগী কনানা অয়ুক ভন্তানা ছোদোকলগা হায়রে 'বাবু অনাবা অমতা ..." কনানা চাক চা'রভেদা, কনানা ইরুজরিভেদা, প্রেমীলাবু লংন-রিভৈদা। অদুবু চাওরব হেক্তামক মচংখি। ইনাকখুনবস্থ "অহৈবা ডাক্তরনি য়েংহ'নুংই" লাইরবনস্থ "থৌজালহৈ মাবু কৌসি" খুরক হাঙদে মাবুতা পাম্লে, সুধীরবুতা শোম্লৈ। অদুগা মহাক্নস্থ তত্তনা মীংশিংই "মীমুংশিদি মমল য়ামত্রে"

সুধীরনা মায়থোং অমুক্তং হঙ্গৎলকপদা পুমুম শাংকাইরবী লৈরাংগী মীংোক্রুম নাং'খজরবী প্রেমীগী মায়থোংদা মীৎয়েং ভাক্লরে। ভাইহাক্তা মাংক্ষম হেংংঙমদে ... ... ...।

"আঃ অ!" প্রেমীগী ইকাই থিগল্লবী তনীকলবী খোন-কমদা "চাক ঈশিং চানগা তৌবিত্রিবা অসিবু ইংখুনি চজিক ওনথ নিয়ে।"

মীংক্ষমদো হোংদরি "ঐ ভসিদি মরুপ অমগীদা চারকলে।' সুধীরগী পাউখুম্না।

"ঐনা হোংহদো চানিংমনখিত্রদুনা ...... অা ... ... নত্রবে"

"নত্তেদা মখোয়দা য়াদদুনা ... ... নমদুনা ... নংসিমা।"

"অদুবু লাৱেংবা" হন্দক্তি প্রেমীগী মায়থোংদু পীরাংন নীকহল্লে "লায়েংদা চংলিবনি হায়দুনবু চাবা থকপা মতম

নাইত্রবদি শোইদনা নারক্কনা ... ... ।'

"প্রেমী। পৃথীবী অসিদা অরা অনাসি ওস্তোক্লা য়ামখ্রে। অদুবু মখোয়গীদমক্তা ঐনা পাংবা ঙম্বা ইত্তেংদি ওস্তোক্লা পীকখ্রে ... ... অদুবু অঙম্বা খরতদি ... ... ।"

"অরা অনা। হোই অদুবু পাংবা ঙম্মখৈ পাংলবস্থ ইশাগীদ্ব খরদি খনবা কৈদনা ঐহাক্লা য়ুম অ'সদা লৈরকপদগী নোংমতা ছুটি যুমিৎনি হায়ত্ত্বনা নহাক্কা লোইনব'......' নোংঙানবদগী ইতেং পাংনবা হন্নবী অসি নঙনা— ।'

"ঐনা নংগী খমোইবু কায়হল্লরাও। ঐগী ইরাম্বা নংবু কপহল্লবরা? ওস্তোকপনি ঐসে।"

"কারদে ঐনা হায়জবসি খরতদি য়াবিস্র; ভুস্মুরসি য়াম্বা থেংখরে"।

"হোই ক্ষম থারম্মো, ঐ হীসাব মচা অমত্তং কৎ লোইখো-কলগা ... ... ।" অসি হায়রত্তনা সুধীরনা হীসাব ভই পুথোক-লম্মী। প্রেমীলাস্থ তম্না চঙখরে।

সুধীরনা হীসাব খোংলম্বদগী মাইথোংচ্চ অমুক্তং হায়লং-লকপদা সুপামচা অমগী মোমোন লোকপা মাইথোংগী ক্রেম চনবা কোটো অমদা মায়োক্লক্লরে। চহী তরেৎকী মমাঙদা কায়নখরবা অমত্তা পোকচবা মচাম্নুপানী। মকম খঙদনা মাঙ-খরবা মচাগী, তসবীর অদুবু সংত্রিক য়েংনা য়েংনা মীৎজুদগী পীরাংনা ঝর ঝর শিস্থরক্কনা লৈমায়দা তিনখরে। মপুক্লোংদা

থম্মকলমালে "পুন্সিগী কায়নখরনি, অদুবু ঐগী পুন্সিদা ইচং অমত্তা ইমিত্তা উবা ফংলরোইদরা ?"

অরাপ্পদগী কাংশিগী ওয়ানিথোইবক য়ৈবা মখোলনা অহিংগী মতম তাকলকই, অদুবু সুধীরদি ৱাখলগী মঙফাওনত্রি। মতম অসিদা থোংনাও মঙ্গাদগী কৌতাওম্ব কাওবগী মখোঙ্গ অমনা মঙফাওনহন্নুনা সুধীরনা লৈহনা য়েংলে কলুবদা উরে মকোই মরাং মশম মনানা য়েং দা কিহল্লবা, মোংলা শেগাইরবা ফি শেংপা অদুগা মশা মউ ফঙ্খদগা চাদবনা কংলবা চহা নিফু- মঙারোম শুরবা মুপা অমনা মচুংথোংদগা চোংশল্লক্লুনা চঙকলম্বা, অদুগা মথুঙ্গো ছুর! ইস! লংখরবা ছ্রনী।

অদুবু সুধীরদি মীপাইবা পোকপ্রা পোক্কে মথুং অদুতদি টেবল মথক্তা ধ'ম্বর 'প' লে অদা পায়রুবগুম তোই, দরকাইগীদমক্কি নত্ত। সুধাবনা কয়নগু মো হাদনা হংলকই—"কনানো নহাক এা ই নদগী কবি পামই ?"

"থংকু নহাক লাওথোকনদি অশবনা নংগী মরুপ ওইগ- দবনি" হুপা অদুনা মযা অদু কমুবা খোই মরম্বা হিগং- লহনা অমুক্ক হায়বকই "ঐ শিঞ্জাক পামই, ঐহাক চরা হেল্লে, ঐ মুমিৎ মঙানলোম কয়িগুম্বা অংওা চারগরি। চাক লাম্লে থুনা পীরো দত্রবদি ... !"

"ফরে ঐ নহাক্কী চাক লোকলগে, খিনা অদুদ পোথারম্মু।"

"যারোই মহু যারোই, নঙ থোওক্কম অমত্তং লেপ্তবদি

নথলাই মাগুগনি

সুধীরনা মোমোন নোক্নহনা হায়রকই ঐনা শেংনা হায়খি ঐ নংগী মরূপনি শোইদনা নবুক থগৎহনগনি।

“নং ক্ষমথৌ !! নংনা ঐগী মরূপ, হা ...... হা......... মীনম্বা! থওও সংসারে অসিদা ঐগী মরূপ কনাসু লৈতে, ঐদি পোন্দখ্রে লান্থোকলকপদা ওংরবা চেকলা অমনি। নংনা ইমুংপুম্নমক হেক্দোক্না থোরাংল, ঐবু ফাংনগে নাংগি মতু ঐগী থাক অসিনা কৈদৌমুংদসু য়ারোই। কদাই! চাক পীরো লাউ ঐগা লোইননা চঙস।”

সুধীর নোকই; খুনলকই “মরূপ! নং ঐবু থাজো ঐনা নংগী ফত্তনবা শিনগে থল্লবদি লাইব্রে: য়েংউ। ঐগী খুৎলাই অসিনা নংনা পায়রিবা অহুদংদি শরুক তাম্বা হেন্না কৈ, অত্থগা লৈরিবা ফোন অসিনা খুদক্তা পুলিস কৌবা ঙম্মী অদুবু মতু ঐ পামদে। ঐনা নংবু শেলহনবা পাবই, নং ঐগী অতিথীন।” অসি হায়রমগা সুধীরনা পীস্তোল অদু ফুরিংথাস্তদা হাপচিনত্রগা মাংদমক থাকখিবা চাক শরুক অদু লৌবা চঙথরে মুপা অদুদি মাগী খুৎলাই মথাই চমলবদা মখ্রাওদা য়েপশিনথরে। কিখিবনা মফম অদু থাদোকখুনা চোঁরিংলবনি অদুবু সুধীরগা মীগুংশিংগা মায়থোক অদুনা মাবু থৌজানবীগনি খন্দুনা ফিদা অমদা তুমিন্না কমথখরে।

সুধীরনা চাক পুথোরক্লুনা নুংগা অদুগী মমাংদা থমলরে; শকথওদবা মুপা অদুনা চামচাংবা পুম্নমক লংথোকখরগা হায়রকই “অসিগুম্বা পোং খাস ঐ জলদা শিংজিল্লকে।”

"নংবু জেলদা।" সুধীরনা ওক্না হংলকই।

"উম" মথা খুমথবা শংদবমথৈ মপুক লামলবা কৈশালনা শদোং চাবগুম্না চাবা হৌবকলম্মী। চথোম অমগী মথংদা অমা চাউনা চাউনা অওাং চথোমক্তাওনা চাবগুম মকোই মরাং মকম মরাং খল্লদনা হুকচিল্লি। অদুদগী লোকথুরক্তুনা ময়াদগী চাক্না লৈমায় অমদি টেবল মথক্তা পুংচাই চাইরে।

মতৌ অদু উবদা, সুধীরগী মতুং ইন্নরকপদা অবস্থা অদু উবদগী মীপাইবন বা ওাংবা থাক্তরমথৈ হুইংক- য়নভক চাদুনা ফেপ্লবী প্রেমীলানা হৌহৌদনা কাউরকই 'হয়োবপানিদা' ওঃ ইলোল লৈমায় অসি অমুক্তা শেংদোকলরাও।'

"ওাইথো প্রেমী! ওহা ওহংগন্থ, কীগন্থ মহাক অসি ঐগী মরুপনি" সুধীরগী পাউখুমনি।

করি ভৌরে মুপা অসি চাবা ওডখাপ্প চল্লকপদা লেপথরে। চথোম 'অমত্তা নাংথিনা হুকখিদ্রে। চরম অদু যুনশংলকলে। মমাই থাঙংলদুনা মাইকৈ অমত্তদা মীংথম হোংদনা ঙেংলকলে। নীকলবা মথুং অদুনা পুথম অচুম্ব হল্লুবা লৈওনা ইম্বখরে। সুধীর প্রেমীলা মতৌ অদু উবদা পুমগুক ওকখরে।

সুধীরনা হৈহৈদুনা হাংকই 'ক'র ভৌরে চান্দ্রবদি' মুপা অদু চিক্না চিক্না কপ্লকলে মীংয়েংদি হোংদনা হায়রকই "মসি শা ঐনা চাগদবা নাত্তে। মতম অমদা ........ মতম অদুদা ঐগী ইত্ত ইচানা চাবা ফংদনা শিথরগা ঐনা অসিগুম্বা [illegible] শাগী চত্তে ঐদি শা [illegible] চাবা [illegible]

ওইরবনি অদুবু ঐগী হৌজিক ওইরিবা ফীভম অসি কনানা ওইহনবনো ? সমাজ হা .. হা...তম্‌াইরবা মীয়ামশি খণ্ডদবমক্তনা শারবা সমাজ। সমাজ।। অদুগা থোজাল হৈবা শারিবা নংস্থু মীনথনি, নং কনানো শেংনা হায়য়ু।"

"ঐদি ডাক্তর অমনি" সুধীরনা থোজাল উতুনা খুমলকই।

"ডাক্তর।' সুপা অদু থাক্কা থাক্কা নোকলকলে "অনা লায়েংবা ডাক্তর, শেলগী ডাক্তর মীহাৎপা। নখোয়না ঐগী ইতু ইচাবু যহনবা চমখিবরা হা... হা... নহাক ডাক্তর অদুদি নহাক হায়য়ু ঐদি কনানো ?"

"ঐনা খল্লি নহাক অসি অৱাবা তারবা মীওই অমনি"

"অৱাবা!' সুপা অদু ফুমংনরকই" অৱাবনি ঈশ্বর মানী মা ঐগী য়েক্কবনি, অহবু মতু চহী কয়াগী মমাংদনি হা...হা... মহাক ঐগী মরূপ ওইরম্মী। মতম অমদা ঐনা মী অমা ওইরিবৈদা অহবু হৌজিক্কি মী নত্তে, ঈশ্বরগা ঐগা য়েক্করে। হৌজিক্কি নম্বর লৈরবা মীনি, নম্বর ৭৩০, অদুগা ঐনা জেলদা চহী তরেৎ শা অমগুম লৈরকলে।"

সুধীরনা হংলকই "করি মরমগীনো মতু ঐঙোন্দা হায়য়ু, করিগী জেলদা...... ।"

"করিগীনো।' সুপা অদুনা চীংনদুনা হংলকই" নং পুলিসতা তাক্কেরা ? ঐবু য়োহিল্লং চনহল্লগে খল্লবরা ?"

"নত্তে ঐ পুলিসতা সুংতাক তাকলোই—"

"কৈ ঐ নংবু থাকৈ নং ঐগী ৱারী তাবা পাম্মী।'

"উম ঐঙোন্দা লোয়ু নংনা জেলদা চত্তুন্নিঙৈগী মমাংগী হায়রীহু।"

সুপাত্থুনা মথা তারকই ''মতম কয়াগী মমাঙদনি, ঐ কাউদ্রুম-কাউশিল্লকলে। অদুবু ঐগী অপীকপা থাংপোক অমদি লৈরম্বই, লৈশিংনা কোয়শিল্লবা কুঞ্জবল। লাইররবস্তু ঐগীদি স্বর্গনি।" সুপাত্থু মংগ্রেম হাগ্রেমনয়কই, হেখৈরকই "মদুদা তারমদাই সুমিংনা হৈরেদা ঙা-হুানবা মশেল্লা কয়াগী মতিক নীংথি-জহনবা অদুগা শচীগুমলবী সুপী অমগা মহাক অদো ...... মহাক খোয়দনা ঐগী সুপীনি ...... মানী।" সুপা অদু অৱাবনা কুনগংলকখ্মী। হুমাং মরিক মরিক কায়বই, অদুদগী খঙহোদনা থুনা হাগ্জিল্লকই 'মা'ন ঐ নীংশিংবী মতম অদুদা ঐগী ইচা অমতা লৈরমদত্তুনা সুঙাইবা মপুং ফারমদ্রি অদুবু নোংমদি মরূপ ওইরম্বা ঈশ্বরনা ইচা অমা ফংহনবিরম্মী।"

নীপাত্থু ৱারী ঙাইহাক লেপখিরম্মী, মচাগী ৱা পল্লকপদা সুধীর প্রেমীলাসু পীরাং থাম্বা য়ারকদে। সুধীরনা খোয়জংনা হংলকই "অদুনগী করি তৌরবা?"

"অদুদগী ঐগী সুঙাইরবা সংসার অদো মীত্রাংঙম্না মাঙথরে কুম অদু ওন্থোক্লা ভরাবগী মশক্তি, চাক তাঙবগী হাকার লাউবা সুংশাশ্বর মপীনা মাইকৈ ভরাদা অশাবা সুংশিং ওইনা শীংলম্মী। ঐগী সুপী ইন্দু, ইচাসুপা মনিকান্ত সুমিং কয়ানী চন্না হেনবদগী লৈমায়দা তুংবিবদগী হোৌগংপা হুমক্রে। ঐ চন্না ওন্থোক্লা হেল্লে। জীবিকা হিংনবা থবক অমত্তা ফংদরে, ওন্থোক্লা অমর্থীবা

চহীনি।” নীপা অহু মকোক ওাওবওম তৌরক্লে— “ঐগী ইতু ইচানা চাদবনা শিগদৌরক্লবদা ঐবু য়েক্লরবা ইনাক থুনবা নীপা অমগী য়ুমদা হুরানবা চওলুই,, মায়থোওদা অশাওবা হায়বগু মরেক শেংনা উংলহুনা হায়রকই—“মখোয়না ঐবু ফাৱে, ঐনা মখোয়দা হায়জরম্মী ঐনা মখোয়দা ক'রিগীদমক্তা হুরানবনো হায়বদো মরেক শেংনা তমলম্মী। অদুবু মীমুংশিদি কদায় ? থাক্রা থাক্রা নোক্লম্মী, ঐবু ফুদংলম্মী। অদুদগী ঐগী ইতু ইচাবু অরোইবা বীদায় ফাওবা তৌহন্দনা ঐবু চহী তরেং জেলদা থম্বা খওলবরা ? ওসি ফাওবদা ঐগী মুপী অওাংদো উবা ফংলক্তি, সংসার অসিদা মখোয় অমু অমুক হন্না হিংলমখিগনি হায়বা থাজত্রে... ...।' তেক থাম্‌-থ্রবা থাংপোক্কী য়ুমফমদমক ঙায়রম্লে।'

অদুদগী নীপা অহু টেবল অদুদা মমায় ওক্তিন্দুনা লুকথরম্মা। সুধীরনা শ্বর নীপী অমতং শাংনা হোন্দোক্লগা হায়রকই— “অদুদগী জেল মমুংগী অমুক তম্মো। জেলদনা করি ?' “জেল! মীংয়েং থংথ্রবা জেল! করিমুক হায়গনি জেলনিদনা—খল্লু! মতম অমদা ঐমু নংওম্বী অমা ওইরম্মী। হৌজিক্তি ঐ শা অমা ওইরে, অদুবু ঐগী ফিভম অসি কনানা ওইহনবনো ? মখোয়না ঐবু লাম-শাওম্না খোহ্লিং চল্লম্মী। মখোয়না ঐবু অওাওবা হুইওম্না ফুরম্মী। ঐনা নৈমায়দা ওন্দুন' থাওম্মী। চাদবনা ফংলবা হকচাং অসি চৈ চামনবনা কীন্থরম্মী। ঐনা অচুম্বদো কয়া লাউবৈ অদুবু তাবিগদবদি কনানো ? মখোয়না ঐবু ফুরম্মী চহী তরেং চুপ্পা...... চহী তরেং।”

হে ঈশ্বর ! মখোয়না ঐগী ইমিং মুথৎখরে, মখোয়না ঐগা থরাই, ঐগী ইজ্জৎ লোইনা মুনখরে। অদুবু চহী তরুকমথাই শুরকপদা নোংমদি মখোয়না ঐবু চেকশিল্লমদ্রে, মুমিং অদুদ'দি মখোয়না অঙাওবা শাদুবু য়োম্লিং চনবা কাউরমলে অদুদগী মহাক অদু মনীংতম্না নাম্ন্থোকখরে। মদু চয়োল তরুক্কী মমাংদ'ন ঐনা নী'তমখিবা চৈচাবদগী জেলদগী নীংতমখিবা। অদুগা অমুক চরা হেল্লবা...?'

"চন্না হেনবা।" ডাক্তরনা ওন্না হংলকই।

'উম, চরা হেনবা মখোয়না নংবু জেলদা চাক পীজগনি অদুবু নংনা নাম্থোকলগা চরা হেনগনি। মখোয়না শাদানবগুম ঐবু থিরি— ঐনা লোৎলি, কনাদম্ব হমিং তাক্তে, ঐনা অমুক হুরাল্লে। হিংনবগী দমক্তা হুরাল্লে, চানবগীদমক্তা হুরাল্লে। ঐনা জঙ্গল্দা তুমই, লৈকু লৈরাইদা— অফংবা মফমদা......... । থবক তৌদুনা হিংবা ঐ পামদরে অচৌবা সহরদা নীদুনা চাবা ঐ পামদে অদুনা হুরাল্লে......... হুরাল্লে !! অদুবু মখোয়না ঐবু করি ওইহল্লবা ? মখোয়না ঐবু হুরানবা ওইহল্লে; ঈশ্বরনা ম.খায়বু দণ্ড পীবা ওইসনু।"

"মরুপ নং অরাবা কয়াদি নংলম্লে, অদুবু মাওইবগী আশাদি অমত্তা থম্রোইদ্রা ?"

"আশা ! আশা ! হাঃ হাঃ" শত্তাওবগুম নোক্লদুনা "ঐনা করম্বা আশাবু য়োকখিগনি, শানবু রাখল থনবরা ? য়েংউ নংম্নু খল্লু। মগুম অমদা লৈরম্বা ঐগী আশাদি অসিনি।" অসি

হায়রদুনা মুপা অহনা মুশি মুশিরবা মল্লবা মচা মুপাগী ফোটো অহ মুধীংদা লংসিল্লম্মী।

মুধীরনা ফোটো অদু য়েংলগা ফিংনা হায়রকই "প্রেমীলা য়েংউ ফোটো অসি কনাগী মানবগে ?" প্রেমীলানা ফোটো অদুবু মুন্না য়েংলগা মখা য়ংদ চেৎনা কোল্লগা তেংথারকই। প্রেম লাবু খামজিল্লগা মুপা অদুদা অমুক হংলকই "অতাং অসি নংমক্কা হেক পোকচবা নচারা ?" মুপা অদুদি মখোয় অনিগী মতোংদা ওন্তোক্লা ওক্লা হেংলম্মী, অদুদগী শককম হনাডিল্লদুনা মুন্নবই "মদুমক্তি নত্তে. ঐনা হায়খিবদুনি, ঈশ্বরনা পীবনি। মখোয়না নাংশিনম্মা হাই চহী তরেংমুক্তী মমাওদা লৈরিবা সংগর অসিগী মমাংদা নোংমা মুমিদাংবাইরমদা প্রজানা অন্দোলোন হৌরিবদা খওহৌদনা সরকারনা ওলা চলাইখি। মী পুম্নমক কন্নামক্তবু হন্না হেংবা ওমদনা মথরাই হিংনবা চেন্নবি মতম অদুদা ঐস্থু চেংন্নদগী চহী মরিরোম তরবা মুপামচা অনা উপায় লৈত। কপ্পুনা লৈরম্বদু থেংনক্করে। মুপামচদুবু পুরগা ঐস্থু চেন্নম্মী। মদুমক নংলমত্রবদি মহাক মায়ামনা লৈংখাইদুন শরমগনি। ঐনা মুমদা য়োরবদা মমিত্তা মচা উবা ফজত্রবা ইন্দুদা মণিগী লৌক্লাং অমগুমনা শিল্লদরে। মহাকসু হেক পোকচবা মচাদগী হেন্না লুনা তৌজখি। অদুবু ! অদুবু !! ফত্রবা চহী অদুদগী হৌনা ঐনা মখোয়বু উরক্তে ..........।"

"ওক্লে মরূপ ! মখা অমুক ভারগনু ঐতোন্দা মৈচাক অমুক হাপজগনু।" ফল্লাংদা থেংলিবা মচাগী ফোটো অদুদা

থিল্লহুনা হায়রকই 'হৌংউ মরুপ ! মত্তম অমদা নংনা নগা ওইরম্বা ঐগী অমত্তা পোকচখ্রবা ইচানি, পুরকলীবা ফোটো অসিগা থেংলিবা অচৌবা ফোটো অদিগা করি থেন্নবগে হৌংউ।'

থেংলিবা ফোটো অদুবু মুন্না য়েংলুরগা মুপাহুগী মমিত্তু মৈবুলগুম্না লংথোকলহুনা থাক্ক থাক্ক নোকললে, লাউরকই "হা... হা... নংমু মপা, ঐমু মপা, মামু মমা, ইন্দুহু মমা অদুবু মচাদি কদায়.........?'

সুধীরনা শাউরংননা অমুক হংলকই ''অদুদি নং হায়মু মত্তম অহুদা ঐনা অহুক কম্না ইচাবু থিবহুদি নং তাদবরা ?'

"করম্না তাগনি ঐ দ সহরগী ইরাংদগী লাপথ্রবা লবাইদা লোকপনি।'

সুধীরনা ওম্বোইনা তেংথারিবী প্রেমীলাবু থেমজিল্লহুনা হায়রকই "কপলগমু প্রেমীলা ঈশ্বরনা অমথ্রবা হায়বহুনি। করিগুম্বা নচানা সংসারসিদা হিংলমথিবা থোকলবদি ঐনা ফংনদ্রা থিথিগনি।' অসি হায়বহুনা ফমুং অমা শেম্বীরগা মুপাহুদা অমুক হায়রকই 'ফরে মরুপ। ঐনা নংগী মপী অওাংবু কংনবা থিবিগনি। 'নং ফমুং অসদা তুমহোরো, ওসিদগী হৌনা নং মুম অসিদা লৈরগদবনি, করিমত্তা চৌংনগমু।"

সুধীর প্রেমীলা থংনবা কা অমদা তুম্বা চঙনখরে। অঙাওবা মুপা অহু করি থল্লবনো থওদে তুমিন্না ফমলন্দগী ফুক হৌগৎলকলে, মচান্না মুরুম মুরুম শোল্লহুনা থেংলিবা ফোটো অদু লৌথরগা পীরোইনবা মীয়েংনা শংত্রিক য়েংবা হৌরকলে।

নোংঙাল্লগা প্রেমীলাগা সুধীরগা কা অতুদা চঙডুনা য়েংবদা অঙাওবা অতু লৈরমল্রে। অদুগা মহাক্কী মচাগী ফোটোসু লৈরমদ্রে। মদু উবদা অশীমক পূমণক ছকথে।

---

## 'অশেংবা প্রেমীক'

শজিবুগী থাশিরমদাইনি। সুমিৎ মরি মঙানিগী মমাংদগী কুমগী নোংনা ইরেপ লেপ্তুনা চুরকখি। অদুবু সুমিৎ অসিগী য়াচংলকপদদি থর হাংবগুম তৌথরে। য়াঃংবগা ফনা নীংখিনা মমশিল্লকলে, মায়কৈ মরিদদি নোংথাং লৈমনা অমুবা নোংগী মরুমদা হঙৎ-ছন্দা কেকু লোৎপী শান্নরি। ওসিদি ইমা লাউবা (নোং-সুশিৎ) লৈ হায়দুনা শোরোক্কা, বজারদা মী ইউ উাথদরে। হায়না হায়না অমম্বা মরক্তুগী হিংচাবগী প্রলয়গুম্না সুংশিংকী শাকুনা উ রা, চৌ-মানদা সূক্ষ স্থুক নৈবীবগী মথোল তারকলে। মথারোমদগী চৌংসুংদা চঙলুবা জীপ অমথক টিডিম রোড চুমত্রিং ইম্ফাল তমনা কাথংলকই বীফুপুর বাজার ময়া য়োশিল্লক-পদা গাড়ী অদু হায়কৈৎ নোং সুংশিংকা মায়োক্নরে, ড্রাইভরনা খোঙজেল কল্লপনা ইম্ফাল সহর য়োহৌনবা থোগৎপনি, খঙহোদে বাজারদগী থরদং লাম্থোয়কপদদি হিংচা য়াহৃতম্বদগী হেন্না শাথিরবা নোং-সুংশিৎ থেংনরে।

মমুংদা খোংসিংদি ড্রাইভর পাখঙ শরৈ কমপা চহী ২৫রোম শুরবা পাখঙ খুঙগং। ড্রাইভর অদুদি মপালগী ইরাং অদু উখিবা লাম্নাফং মীপাইশিংগী লোইনবা থৌরি অদুগা পাখঙ অদুদি মচু পুম্নমক খুঙ্গংগী মতেং, চৌংমুংদা কম্বী ককভুনা মপাগী ঠিকাগী থবক শুহৌনা মীওইশিং অদুগীদমক্তা থম্লি। নোংজূবা মমুংশিদা মখোয়না হৈতলাইরবুকুবগীদমক্তা ইমুং মমুং থাদোকুন থবক শুরিবা খয়াদা খুদাং থীনিংঙাইমো। করিগুম্বা চৌংমায় অমা নীংথায়রকুনা মখোয়শিং অদু পূম্নপ নল্লবদি ইস! চৌঙ মশমচুগা।'

'ইবুংঙো দিনেস নোং-নুংশিৎ অসি য়াম্না কনশিল্লকপগা উফুল রাইফুল পাইশিল্লকপগা মীৎ নৈংবিনা পাঙবা য়াদরে, গাড়ী থোৎবদা খুদো চারোইদৌরে কয়দোনি!"

ড্রাইভরনা হংলকপা রহং অসনা স্বাই লাউবা রাখল অদু মওফাওনহন্দুনা ফিংনা হায়রকই 'অদু ওইরবদি অনকপা স্বাইদা থুপফম য়ুমকা লৈবরা খেৎউ।' হায়না হায়না সরক ময়ামক্তদা ইশক নরা গাড়ীগী মৈঙালদা য়ুম মচা অমগী কোম্থোং চঙফম উরে। মদুগী মপা থৌরবদা গাড়ী থামলদুনা য়ুমদুদা চেনশিন্নবগীদমক থোরংতোরে। নোং-নুংশিংনা অমুক-তোইবা ফঙবপ্ন, নীংথিদুন থংসন্দদগী চাংদোন্নগী মাখোরকপা মুংশিংন চাংহুং মমুং শমদুনা উরা. হু হা হায়দুনা অউবা উরা পুম্নমক ফোইদৎকদবগী লাকনরক্লে। অমঘা মরকসিদা সংসার অসি হুমদোকুনা মাঙহনহৌরগে হায়বগী মওংদা শিংলিবনি। নোংস্থ হাইকেৎ য়াওরকলে।

গাড়ীগী লাইট মুৎথৎলম্লগা দীনেশ্বরগা ড্রাইভরগা খুৎ শমনত্তুনা য়ুমথুদা চেনশিনথরে। কোম্বোং মচা অমা হাংদুনা চেনশিনগ্রগা খোঙবাদা ক্রীক ক্রীক নমদুনা দীনেশনা "খোঙ অমুক্তা হাংবীয়ু কনা লৈবগে? ঙাইহাক্তা থুপচগেবা ... ... ।"

ইমুংদগী করিগুম্বা খোঞ্জেল অমত্তা তাবা ফংদ্রদুনা ঙাইহাক পাউথুম ঙাইরগা দীনেশনা অমুক হন্না কৌরবদা হন্দক্তি নৌরবী খোঞ্জেল অমনা মিপাইনা খুমলকই "কনা ওইরবনো?"

"ঐখোয় থবক অমা চৎচরুবদগী গাড়ী খোঁবা য়াদদুনা বোং-মুংশিৎ থুপকে চঙজরকপানি, য়ারবদি ......।"

খোঙ হাংদোরক্লে চহী ১৮ .লাম গুরবী লৈশাবী অমা থরনি। মশাবু ঙাকচনংগী মওংদা থাংজো অমসু ভুং ওইরগা লোৎপগুম তৌরি। মখোয় অনিমক খোঙুপ পায়রদুনা ইমুংদা চঙশিল্লকলে। খোঙদগী হুমজিল্লকপা মুংশিংনা ইমুংগী থাওবৈদু মুৎকদোরবদা খোঙদু ড্রাইভরদুনা থুনমক থিংজিল্লে।

'খারৌবীবা য়াদেবো ওখোক্লা খুদোং চাথিদ্রদুনা চঙজরক-লবনি।' অ'স হায়না হায়না দীনেশনা ইমুংগী ফিভম পুন্নমক উরে য়ুম পানবগী চঙদনা য়াদনা চফু উয়াল অম'নি, লৈরং, নমল য়ামলবা পুখম, মুংগী ক্লেজোং অম'নি হিদান অমগা কাংথোল অমগা ফমুং অনি'মনা লৈতেং। যুমথুমসু য়ামনমক পীকপা নত্রগা চওদ্রবসু ইমুংদু য়াম্ব' থম, উরে। নোং মুখিবগী ফল্লাং মচা মচাদা ইশং কারি। তেজালী অমমুং লৈকাংনা ইমুংদু মচু শংলি। লৈত লাইরগী ইমুংনি। হায়বসি হেক্তা উবদা

মঙাংনম্ভ হায়রা ঙমগনি ইমূং চঙলক্লফা ওবদা ইমুংহুগী মরা-মপাও ইতা তাদব দা কাচিন ওইরপ্না লেপলিবী লৈশাবীচু তম্না য়েংশিনখিবদা মখোয়নিবু মিপাইনা য়েংলম্মী মায়থোঙহুমক্কদা ফাক্লে। দীনেশ্বর উতিংবগুম লেপথরে, মাইথোং অহুদগী মিংয়েং লৈথোক্লবগী পাঙল মঙলাক্লবগুম লৈখিদ্রে; লৈশাবীচুশু অচু মঙাই। দীনেশ্বরনা থাল্লি হেল্লোই ওক্লবা হায়রহুন্না। অসুক ফজবা শক্তি কৈদৌঙৈদশু উখিদ্রি। করিগুম্বা হেলোইমক নত্তহুনা ময়ুম পানদ্রিবীমক ওইরমলগা শিথরবশু থরাই অসি থাম্মুরোইদকো ......।”

“থুরাসিবু হকচাং ঙমদবরা ইবেম্মা কৌবশু তাদবগুম তৌই। “ড্রাইভরনা হংলকপহুদা শকফম হঞ্জিনহুনা লৈশাবীচু লুকথখরে. তপ্না থুমলকই “হোই অকম হৌহুনা ......।’ ঙসাইমথে উবু উরমগ্রি, হৌজিক্তা দীনেশন। উরকলে কংলবা চহী ৬০ রোম শুরবা অহল অমা ফুঙ্গা ময়াদা থক-থক নীকলহুনা হিপলী। “থুরাগা ইবেম্মগদমক য়ুমফিদা লৈবরা?” দীনেশনা হংলকই।

“অহোই, বাবগা ঐগদনি।’

‘:কয়া কয়া ঙমদ্রবা জাৎনো।”

“থঙজদ্রে অমুকমুকশু মীরোল ইত্তা–তাদকগুম তৌরে।”

“অহুদি ঐখোয় অমুক্তং সেবা-লাংবা তৌজগে।’

অসি হায়রগা ড্রাইভরগা দীনেশকা চঙশিন্দুনা সেবা তৌধারে। ড্রাইভরহুনা মৈ নীংথিনা হোগৎলে। দীনেশ্বরনা মুং অমা মৈহুংদা লৌশিন্দুনা শাহল্লগা ফিনা য়োমশিন্দুনা মখোঙদা

ওমশিনবীরে। মখোইনা পুরকপা ফা য়োল মথৈস্নু স্নুপচিন-বীরে। মানা খত্তজব অচম্ব হীদাক লাংথক খরমথৈস্নু তোরে। অহনহু তপ্পা তপ্পা জ্ঞান থর এর লাক্লহুনা মমিং পাংথোরক-পদা লীতোপ অনীহুবু উবদা ইকিং কিংখ্রে. লৈয়েং ফাইরপ্পা হ লকই "নংখোয় কনা কনানে ? রানীবালা!.........রানী!!"

রানীবালানা চঙশিল্লক্লগা মপাগী মনাক্তা ফমথরহুনা হায়-রকই—'বাক! ঐ সিদা লে, কারিমত্তা চিংনগল্ল, দাদার্শিং অসি থবক চংলুবদগী লোংলংশিং নংহুনা য়ুমসিদা থুপ্লবনি, মখোরনা স্নুডাইত্রহুনা নহাক্তা সেবা তৌবিরিবনি।

"ইবু তোখোয়বু কনা কনানে ? করি লমবগী ওইরবনো ?"

"খুর ঐ.খা৷ ইম্ফাললগীনি, চাংলুংলোনবা ঠিনাগী থবক মফম লেংজকবানি, সি য়োরকপদা লোংলুংশি না গাড়ী থোবা য়াদহুনা চত্তরকপনি ... ..... দীনেশ্বরগী বা লোইকাংত্রিতৈদা অহল অহু তুমথখবগুম তোরে।

কন থেওজিংক্লনাওবা লো স্নুংশিংন য়ুমহ ইন্নুগদবগী লাউ থোংহুনা ক্রিক ক্রিক হল্লকপ লেম্না লৈরমদবনি অহুবু চাওবা কম্না ঙাকাখবদগী হান্নুবা ওমহু হুদ। তএমাল্লে খর খর নেমথ-খিবগী মখোল তারে।

"ইরে মা চাক্ত চানবরা... ...? বাফম অসি ড্রাইভরহুনা ইচম চন্না হর্বি অহুবু ইকাইখিনা পাউথুম পীরকপদি লায়র-হুনা মমাংদ লুকথংনা তুমিমা লেংখ্রে ঙাইহাক অস্নুম্না লৈরুরগা মশাবু বারৌতবদি মওংদা হায়রকই—" মওং চাবা য়ুম্বাল নত্তবনা

দাদাখোয়গী শেবা মতিক চারোইদৌরে.........।

"নত্তে ইবেম্মা ঐখোয়বু করিমত্তা কোইবিগদু, ঐখোয় ইবেম্মগা খোইদোকপা মনী লৈনজরবস্ু ইঙ্গাতি অমত্তগী ওইনদি পোকমিন্নবা নবুংমক্নি। ঙসি শকথঙবা অসিদগী হৌনা পোকমিন্নবা নবুংমক্নী থনফিয়ু।" হাইভরদা ওনশিন্দুনা দীনেশনা অমুক হায়রকই—"তা মোহেন নং চৎলো মুংশিং থর ইংখ-রিউৎসিদা বাজারদগী চান থকুবা থর লৈরুচো।"

"কনি ইবুংঙো বাবু" অসি হায়রম্নগা মোহেন চৎখ্রে। হৌজিক্তী দীনেশ রানী হকাইনবনা রা ঙাঙখোকপা ওয়দনা ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনৈ, রানীদ মশা মতোমতা রাই ইচিন চিঙকঙম তৌরে। অদুবু দীনেশতী মুপানি অদুনা মহাক্না অচৌবপদা রা হৌদোর ম ‘ইবেম্ম ঙসি শকথঙনজবসি ঙম থৈ লৈতনা মুঙাইজরে, অদু মীংবু বরি কোবীবগে অদুগা য়ুম্মাক্না ?"

"য়ুমনাম্মী রানীবালা কৌজে ?"

"শাগৈ নাউৈদি......?"

"লৈত্রে হায়বদা য়ারে।"

"ঐগী মিংনা ওইনাম দানেশ্বর কৌজে, ঐ সোমদা লাকপা থুদিংগী চঙজরকে, কাউদ দ কাওনমুসিকো।"

"লেংহোইদবা ঐনা করম্না কাউবা ঙমজগনি, অরেম্না লৈতবা দাদাখোইদনি কাউবিথিগদবা।"

রানীগী পাউথুম অসিগী অর্থ দীনেশকী থবোইদুংদা

নৈনরিবৈগুদা মাহেম্না চেং-হবাই থর লৈরম্বুনা চল্লক্লে। রা-শীশানা থোং-থাকপা লোইরবতুংদা মগ্রাম্মক চাবা থকপা লোই নখরে। মখোয়না সংদি নোং-ভুংশিত্তু লেম্লবনি (অদুবু অনাবগী ফিজেনসনা হান্দোক্তুনা চংপা থোইদোক্লা রানীবু পাকহেক হাদোক্তুনা চংপা সাদবদগী দীনেশকা মোহেনগম্ভু চত্রে। নোংভাল্লবদাই মীশিংবুবনা মখোয়নদি ভুংক ফমুং অমদা তুম থরে। মা হাবকপাদাদি গুমং থোক্লমলে। দীনেশনা মোহেন থানেন ডক্তর অমা কৌহল্লুহনা লায়েংহল্লে, চৌদাক লাংথক্ল-চিংবা হায়া ভীবে। মধু বল্লু থর পোত্থাবগী ফিভমদা লৈরে।

য়ুমদা হল্লবা মতম দা লাইরক্লুনা দীনেশনা লুপা ৩০ থক লাক্ষ্মুখুনা রানীদা হায়রকই—' ইবেম্ম ঐ থায়ল্লু য়ুম মৌথুগে হংদিং লাকপদা অমুক চগুম্মক্লে, শে শেল থর অসি না অরাং-অপা মতেং পাংভম্মু হৌনগম্লু রানীবালা। অদুম তৌহুনা ঐনা নংবু ইচল ভুমগুম্না মুংশিজবা অসিদা ইকায়বা পীগম্লু' দীনেশকী চম্লবা রাঙাংবু তাবদা রানী লোনিংদবা লৈহুনম্মু লোঁদনা ওমক্লে। রানীবালা নংলবম্লু মীপাল তাংদবগী নাপল অংদি লৈ অদুবু দীনেশকী থৌজালগী রাঙাংদদি মম্লু হুংশা মশালদা লেনহম্ম তুমথক্লে। দীনেশ মোহেনগা লোইননা তপ্না তপ্না থোকখিহনা গাড়ী তোংথক্লে। রানীনা অদু কাওবা থিন্দোরকই কায়নবদাহনা অনৌনবা বাহৈনা হায়জরকই " ঐ লৈজহৌরগে রাংবৌবীগম্লুকা দাদা। নচদগীদমক্তা পংবা বাধিক্লে। পাউথুম মতিক চানা পাউমেল্লম্লপা গাড়ী থোকখ্রে।

টঙ্কজনিংবগা থোঙ্গা তেকপগা মায়থরে। বীষ্ণুপুর কলেজকী প্রোফেসার ওইনা মতম খর থংক পুনবগীদমক দীনেশ্বর কাওর অমা কংলহৌবা ঙৈরয়ে হৌজিক্তী রানীখোয়গা মরী নকশিন্নবগী য়াম্না থুদোং চ'বা ফংলবনি রানীগী মপা তোমচৌনসু দীনেশপু থোইদোক্না চায় তৌই। তোমচৌসু নাবা খর ফরহনা মপাল-ইপাল কোয়থোকপা ওয়। নোংমা মুমিদাংবাইরম্মি রানী মতোমত্তা য়ুমদা লৈরিবৈদা বীষ্ণুপুর বজার মনুংদা লৈবা লোকেন্দ্র কৌবা পাখং অমনা রাহৈ কয়াসি হায়রহুনা ময়া-পোক থোক্লরে।

"রানীবালা! লমগী শলনা মচা শংহ হায়রুলা ইস্কালদগী প্রোফেসর বাবু অমা সঙ্গ ফংহনবিনা মতম কুইলদগী নংতগী রাখলতনা লাইনিং এইরক্লবা লয়াইদা চাউমিন্নরক্লবা ঐবুদি মীকুপ অমা ফাওবা নিংশিংনবগী মতম শরক্রে অসি নত্রদে? কাউমরম্ম কাউইদা........।"

"মস্তে তাদ লোকল। থাখল অহু অরানবনি, ঐনা নংবু হুংশিজবদি বৈদোইঙদসু মহে তানা ঙৈহিক্রি, হৌজিকসু লেংদনা অহুম ম'ররি। মহাক্না হৌজিক খজিক্তুং খম্লবদসু ঐগী ফিভমসি কয়া লুনা লৈবগে হায়বঙ হেক্তা হায়বা ওমগনি। ঐহাক অসি মহাক্না তোবীমলতদা পুন্নগা হমনি। হৌজিকমক্তী মতমদা নহাক্না চিংনরিবা রাখল অহুমক লেরম্লবদা করম্নসু ঐনা মাগী মফমদা তোবীমল খঙদবা উংকনি। ঐসু শেংনা খঙই নংনদি ঐবু হুংশিরবসু নখোয়গী অহলশ নদি ঐবু য়োন হংদাই

নত্ৰা, মচুপা ঐনা করম্না............।"

"খঙলে ! অচুক য়াম্না মমল লৈতবা বাচু তাগে হায়চুনা ঐ লাকপা নত্তে, হৌজিক্তী শেংনা খঙলে, নংগী ফুংশিবদি মমল কোইহা হাবনি। অচুবু করিগুম্বা নহাক্না অচোবা ইমুং অমদা চাউরকপী অম ওইরম্লবদি অসিগুম্বা তুকচনিংঙাই ওইবা লমচৎ অসি লৈরমগনি খাজদে।" লোকেলগী বজ্রপা মাঙবা খোনকম্নি।

"করিয়ে ! তাদ লোকেল নংনা ঐবু উশিত্তিবা নত্ৰা ? অচুবু মাসমদি খঙউ করিগুম্বা ফুপী ইমাম্নবী ওইরম্লবদি সুম-জিংখোক্না মচুগী পাউথুম পীরমগদবনি. অচুবু নীপানি হায়চুনা নংম্ন কংলোই হায়নিংঙাই লৈতে, চৎখিবনা কগনি।" রানীগী মতিকচাবা পাউথুম্নী।

"উম তাত্রবনু চৎগনি, অচুবু মসিমদি মতম পূম্নমক্তা নীংশিংবা কৈ, নাপল কাবী ফুপীগী পুন্সিদি খোঙকম থুদিংগী থু-দোংথিকম্নী, মসি তাকপীগে লাকপনি, ঐ চৎলে।" লোকেল শাওবনা কি কি কাম্লনা খোকখরে। রানীবালাদি পীদোক্ল-বীনী থল্লুবদগী কপ্পুনা লৈহৌরে।

থুমিং থুদিংগী মতৌগুম্না থুমিং অসিদম্ন রাচঙবদা দীনেশ্বরনা রানীবলাখোয়দা কোয়খোরকই। রানীগী মপা তোমচৌম্ন লৈরম্বী মহাকনা বারী বাতাই শাবদগী দীনেশ্বরনা খঙলে রানীবলা থাজ য়োঙবগী মতম হেন্দোকদৌরবনি, অচুবু মচুগী খোরাংদি অমুক্তা তৌরবা লৈরক্তি। মরমদি রানীদি মতম কুইনদগী শোয়ক্লবা

মপাগী মীত্তাংগী চৈতুক্তম কৈরক্লবনি, অদুগীদমু মথক্তা লুহোং খোংদোংবা তারকনা শেল ফদাইদগী লৌরগনি রাখল অসিদগী অমুক কুইবসি থাজদনা লৈরকপনি। অহল অসিনা মরাইবক্তা তাইদুনা তাওজবদা দীনেশ্বরবু মচা'নুপীগী বর ওইবা পামজবগী রাত্তাং য়াওরফশস্থ এম, এ পাস তৌরবনিনা থত্তদবা নত্তে। "নখোয়নি কমহৌখো অশ্বাই কাওবা চখোক্লুগে" অসি হায়রক্লগা তোমচৌ চথোকখরে।

রামীবশাগী প্রেম অমুক্ত কয়া থক্লবা মতু'দা তুমিদাংগী মতম খেংজিল্লক্লুনা দীনেশ মাংং ক'টরদা হল্লক্লে, চৎন, চৎন বক্লী 'মহাক্ল কয়া হাংজহৌরিবক্ল অচুম্বা ঐখোয়গী অহল লম্বয়া মাবু পাক হেক য় শদবদি এত্তে, অত্তবু থারোইদবা ঐ: দা থাদোক্লগা খোকথবা অমা লাকপা হায়বত্তুনি। মীগী খোত্তথাং মখোল তা'দগী মত্তক হায়'তুনা হেংবদা উরক্লে—অমবদা চাঁঙ্খোত্তদগী নীপা ৪ থক অমুবা শরুমা লৈতেংলল্লনা মাগী মনাওা চত্তিল্লক্লগা শত্বা শৎশৰে। মহাক্লা মশক থত্তবা মাশক অমখক্লং য়াওর, অতৈ'দ বত্তে। মশক থত্তবা নীপা অদুনা থুগপমুক শাংব ইরং লংবা থাং কমা মফৈবোমদা পাপ পোপ কুরদুনা হায়রকই—" তাইখো দীনেশ। নংগা তাংনপ্নদবা বা থরা লৈদুনা নংবু তাইবক্লিবনি। ঐনা হায়শদোরিবা য়াসি নংনা লিপ্পা ফত্তুনা য়াত্রবদি লিপ্পা মরিল তকদৌরিবনি।

"ও। তাকপীয়ু য়াগ'ন, তসিদ লোকেল বাবুনা ঐবু মরিল লৈতবা মীনা অমবদা কয়া কুন্মৈ তৌথগে হায়বগী মোক্লাংলবা

কুম্মৈ অমম্ব উহনবিরে.........।" ৱা হায়বা লোইদনা নাকলগী নোপা অহনা —"করি ননসেল্ল"? হায়দুনা দীনেশকী পীক্কম মথক্তা ফুজিল্লক্লে দীনেশ ভাইহাক তান মাংলুবদগী থুডলক্লে ঙনা লেপ্পনা শিন্থরক্লে।

লোকবগী ফুরক্লবা নোপাদুবু চৈ থাংলদুনা মখোয় অহুম্মক লাপ্প হন্দোকখ্রেদরে। মহাক্না খাহংদু হংলক্লে "হায়ম্ব দীনেশবাবু নং রানী অনৌদ ঐগা? মরিদা অয়েংপা অমা ওইখ্রগ্র? ওসি নহাক্না রানীবলাবু থাদোক্লগনি হায়না বাশকফবদি নত্তাই পুত্থনা য়ুমদা হলবগী অশাদি খল্লুরম্ব।"

"নোক্লাংবা রান লোকেন। চন্দক্ষরক্লবী ঐগী থবাই শক্লবী অমবু শকখংদনা ফিচাবা অমদা লাম্মোক্লপা, থংগ্ নত্তাই না ঐগী অরোইবা লন নত্তে, থবাইগী মথেম্মা মহাক্না ঐগী অরোইবান দীনেশকী খাংকবা পোক্লবা পাউথুম অসিগী মথংদা মরিল চুমত্রে হায়দুন লোকেনা পাইরিবা থাও অদুগা মাগী মথক্তা য়াম্থংক্লে। অদুবু দীনেশনা বীরলীগী শক্তিগুম্না লোকেনগী থাও পানবা থুং চুঙ ফাদুনা অমুক্কং লেক্লুনা থাও মুল্লগা লোকেনগী মথবাক্তা থাওদোন থমদুনা মখোয় অহুমদা লাউরক্কই "মখোয় কনাগুম্বনা মাং মত্তেং পাংগে থল্লবা মীকুপ্তা মরাইসি অশিংগী শৈবাক্তা থাখিগদবনি।" মখোয় কনামত্তা হোৎলকপা ওমত্রবদ দীনেশবনা তপথরদুনা হায়রকই— "লোকেন বাবু নংনা রানীবু কয়াগী মতিক শুংশিনবগে হায়বসি ভাসিগী থোদোকলিনা খঙবী ওমজরে। অদুবু মহাক্কী হোৎজিক মপাম্মদা লৈরিবী লৈশ্রবী

অমনি। মহাক্কী মকমদা লম্মাম্বা ঐগী কমিন্থ র'হুট লৈত্তে, চুম্নগী পাথঙ লৈশাবী অমগী মরীতনি। অদুম ওইনমক করি- ঙম্বা মহাক্কা অদোমবু তশেংনমক প্রেম লৈরম্নবদি মরূপ অমগী তেংবাংবা ওইনা ঐনা অঙম্বা হোৎনহুনা মহাকপু মরুপ্তা শিন্নবা ঙমগনি। মহু নত্তনা অদোম্মা মাবু কনা লৈত্তে হায়ধুনা বলকার শিজিন্নবিরবদি মাগী মাঙথানা ঐনা হান্না শিদোকনি। করে মসিগী থারেপ্তী হয়েং মাগী পুক্নীংগী থা অমতং খঙলগা মরুপ্তা পাউ পীজরক্কে। ঐ চৎচরগে।" দীনেশ চৎখরে। মখোয় মরিনা লেপ্তুনা য়েংহৌই।

মথংগী অয়ুক্তা দীনেশনা রানীবলাখোঙদা থাহং অহুমক হংলরে—" নহাক ওসিদি ঐত্তোঙ্গা অথুপ্পা লৈতনা হায়মু,নহাক লোকেনগা করম্বা মঙংগী মরি লৈনরমই অমদি লৈনরি, নহাক মাবু তশেংনমক থুংশিবরা?

"থাহং—অহু হংবিরিবা করিগীনো?" রানীগী তনিক্লবা খোনকমনি।

"থাহং—অসিগী পাউথুম্মী ঐনা থাইদগী পাম্নীবদি মসিগী মতুংইন্না ঐগী থাশক অমা লৈরি।"

"অহুদি ঐবু লাম্না লৌবীগন্থু হায়জরগে, মহান্ন থীশক থীক্লিত্তেদগী ঐগী থমোইগা মরি লৈনরক্লবা মীশক অমনি। মহাক্কী ঐনা থুংশিবগী মুস্তিনী খঙ্গরকপনি অদুবু লাইবক্কদি মহুম্মা তথীমমত্রে মহুদি অঙল-লম্মনা কৈদোত্তেদন্থু থাদে অহুনা হৌ- জিক্কী নহাক্কা ঐগী লেঙত্রবা প্রেম মুস্তিনী, ঐদি নহাক্কী

থোজালগী থৌরিনা পুন্নবী অমনি।

" থঙলে রানী ঐনা নীংলম্বমক থুংলে, নং লোকেনবু কৈ-দোম্বুংদা থাগোকন্নু, মানা নংবু মুংশিবদি চীংগুম্না লেচদবনি হায়বসি ঐ খঙলক্লবনি। পুন্সি লম্বেলদা নংনা মাগী ভুংইববদা খুরো ওইবা পুন্নমক ঐনা নবুং অমগুম ঙাকশেনগনি, ঙসিদগী হৌনা নহাক ঐবু মমা অমগী গর্ভদগী তামিন্নবা নবুংনি খল্লু। ঐনা মবুং অমগী তোকম থোকপা পুম্বা পাঙগনি। নং লান্নোবা পুর্নিমা নুমিৎ অসিদা মাগী ভুংইনখ্রে। মসি থুংহনগনি হায়-জুনা ঐনা মাগী মকমদা রাশকথ্রবনি। নহাক্না মবুং অমগী য়াথংনি খন্দুনা ঙাকউ, শোয়হনগন্নু ঐ চংলে।"

দীনেশ পন্নমদ্রে। মাগী খমোইন্নুংদা কন্নীওন্থদি পংলবী রানীনা উবদা ঙনখিদ্রে। রানীদি ওপ্লতা খঙহনা লৈহৌরে। দীনেশনা রাকম অসি ময়ুমদমক চন্থনা তখিন্নরে। লোকেনদি ওইথোক্ত্রবা মতৌ অসিদা ঙকপদা খেঙথরে। মানা তৌখিবা পুকচেল পান্নবা থবক অত্থুগীদমক্তা দীনেশকী মমাংদা হৌজিক্তী মমায় থখা ঙমলক্ত্রে। ঙক্ষমন্নু থোক্তে, ঙাকপিবা হায়বসিনা পুন্নমক্তগী হেন্নবা শক্তিনি, কংখোকপা হায়বসিনা অথোইবা ধর্ম্মনি। মুঙাইরবা পাউ অসিগী মমৈ খোম্বা ওইনা দীনেশনা হায়রকই "লোকেনবাবু। নহাক্না খঙলিবন্থনি ঐনা মানীবু নুংশিজবদি থরাইদগী হেল্লিবীনী। হৌজিক্তী ঐহাক মহাক্তী অমত্তা ঙাইরবা মবুংনি। অত্থনা মহাক্না মাবু মরাল লৈতনা করিগুম্বা কাওথোকপিরবা অত্থ ওইরবদি 'খুমিৎ অত্থদগী হৌনা

ঐ অসি নহাক্তী তমথোইরবা য়েক্লগনি খন্দবাযু। ঐগীদি হায়খ্রবা অচুনি মাগী মরমগীদমক থবাই অসি ফাওবা পাম্মুনা থন্দে।

পূর্ণিমা জুপিংকী গুমিদাং অংমক্তী থাজগী মঙালনা মৈবদা লোইরোই লোইরোই য়াংথংথিরবা চৌঙখোঙদগী চৌঙয়াং ফাওবা লুপা মুদোংলবা হেলোংগী লৈবাক্তুম্না নোংথিহনখরে। চৌঙ-লাইযক্তা লৈচিন পরেং কাপ্পাবচুনা কন্নাগী মতিক মরেক লাপ্রবনি। মতম অসমক্তি তোমচৌ ময়ুমদা হুন্দিগ্রক্লমখ্রি। য়ানীবলানা মাগী লাইরিক থাওপোকশঙ অচুবু বীদার তৌরম্লগা কীরক কীরক য়েচুনা খোরক্লে। থোংজাও মথাদা হৌবা উথমাল মখোঙদা দীনেশকা লোকেনগনা মাবু ঙাইহনা লৈরম্বদা উন্নরহুনা নোংপোক থংবদা পাক্লা শম্বোকথিরবা লবুকলোমদা মখোয় অহুম্মক খোঙলৈ হুনা কুমথখরে। লবুক ময়াই য়োংশিল্লকলবদা মখোয় অহুম্মক লেপখরে। মকম অদুদা লোকেনগী মরূপ অনিমক্স শাইহনা লৈরম্লে। দীনেশনা ময়াম্দগী কাম্বনবগী মমক্তা বৌদার লৌরকলে। হৌজিক্তী, লোকেন অমদি মাগী মরূপশিংনা দীনেশপু মী অমত্তম থংথিজ্র, পীনহৈবা ঈশ্বর অমত্তম মমিত্তা উথরে।

খাবাদগী মঙালদা নাংথিরবা মাইথোংদা পীরাংন লৈত্তেংল-হুম্না য়ান্নানা দীনেশকী খুয়াগী উকুম লাহুনা মকোক্তা হাপচরে। চিক্ল খপ্লহুনা দীনেশতা হায়জরকই "দাদা নহাক নচল ঐবু য়ারোশলকো, ঐদি পুন্সিচুপ্প নংগী লম্মন লোল্লবীনী।"

"করিগী লম্বলবোনে অপঙবীসিদি, য়েংঙোই মসে মচন

অমগীদমক্তা মবুং অমনা তৌকম থোকপ্নি। অহুনা হৌজিক্তী ঐগী অমদি বাবাগীদমক্তা করিমক্তা থম্লুরগনু। বাবাগীদমক্তদি ঐ লৈরি। চৎলো ঐনা নংবু অশির্ব্বাদ তৌরি পুন্সি চুপ্পা নুঙাইনা পাম্লু। অদুগা মরূপ লোকেন নংনা ঐগী ইচল আসবু কৈদৌকৈদসু থাদোকন্নুকো।

"মরূপ মহাকনা তাকপীবা পুন্সা ঈশ্বরগী চাথংশুন্না লৌ-জরি অদুবু ঐদি নহাক্কী নকমদা ওন্থোক্ত লৌজখরে। নহাক্কী মায়থোঙদা পুন্সিগী কোক্লরোইদনা দাগ থমখরে। তাকপীকম থোক্ত্রবা ইরালনি।" লোকেননগী থমোই শোকলনা খোনকয়ি।

"নত্তে, পাপকী দাগ নত্তে, পুন্সি চুপ্পা মংবু, মুংশিরবা মরূপ অমনি হায়বসি কাউদনবা নীংশিং থুদম্মী।

নখোয় চৎথ্রে মীয়ামগী থিনরকললনি। 'দীনেশ লাক্লে। মখোয় মায়ও লবুক্কা লম্মাংদা হারিব থুনংছে অম্মা চৎখে। কন থাপতোক্তরক্লবদা দীনেশনা কমুক্তুং লৈছুনা য়েংখোম্লুই। পাকলবা লম্মাংদা চৎবা শংদুনা মীংলমগী রাংমা লার্নথক্রিবা কাওবা য়েংজনা লৈহোরে মহাক্কী মীংলুদগী নাসরককপা পাম্মংনা শনথিহুনা কমুক হয়। উবা কংসক্তবপা মতোমতা শোজনকই "চৎখ্রসন্নু ঐনা মাবু থাদোক্লবনি। মহাক ঐগী অমতা তাই-জরবী ইচলনি। মসাম মসিদা অসিগুম্বা উরবা আদৌমা কায়জবা অসিদি কয়াদনো। তাইবং অসি ময়ানি, ঐগী কনাম্ন লৈত্তে, মহাক অসিবু ঐগী কনাম্ন নত্তে।"

বদনাম কয়া মায়োকৃন্থনা দীনেশ্বরনা অহল ওইরবা তোম-চৌবু পুন্সি পন্দোল লোমখ্রিবা কাওবা অরাবা মশক থওহন্দনা য়োকখি হায়নৈ।

বিষ্ণুপুর

তাং ১৩।৩।৬৭ ইং

# প্রোফেসার বাবু

লম্বী চংপা অহল অচুগী মারথোং অচু মকা লাম্মী। পীকলবা চারশিংনা লীংহনা শেমখ্রবা হৈকোয়া মপুং কানা চাউরক্লুনা মহৈ মরোং চুয়া পানবচু উরগা মালীনা অরাবা কাউথিহনা মুওাইবা পন্দোল লোমজবগু মহাক্তী মায়থোংদগু মুওাইবা আশা কয়াগী মরি তারি। লাইনা পুবা মীগুয়া মথক্তম্ন করিগুম্বদা নোকক্লেং তৌহনা রাহৈ মতেক অমা অনিস্নু শোন্দোকখিবগুম তৌরি। অহল অচুগী মারথোং অচুদা নাপগী মমি তারি। হোংনজমনগী তুংগী আশাগী; য়োনিংবা মকম অমগীদমক থোংথাং হায়গংলি, উনিংবা শক্তম অমগীদমক মীৎয়েংদো লাওক্লরি। চংখিবগী লবেলদি মুওাইবগী মশক্লী।

উফুল থাংলবা লরাইগী লম্বী লমথাং অচুদা সহর য়োনবগীদমক্তা অহল অচু লেপ্তনা চংলি। ওইথংবা মখুত্তা

পোৎয়োম মচা অমা য়াম্নুনা পুʼরি, য়েৎথংবা লেংবাম্নমা চাউরবা লুরবা, শাংলবা খোংক্রুম অমা মখুৎ য়েৎনা ভাব্রচুনা পুরি। চহি তুক্চু তানশিল্লরবা কিভম অতুদা পোৎলুম অতু পুতুনা সহর য়োনবগীদমক খোঙনা লম্বখাং অতু চৎপা হায়রসি ইচম চবা অহল অমগীদমক্তি ওইখোকপা নত্তে, অতুবু অহল অতুগী দমক্তা পোৎলুম অতুনা লুমশিল্লক্লিমখৈ মহাক্তা খোনা মগাক্তা মাপলদি হেনগৎলকপা নত্তন হনবা লৈতে। পোৎলুমতুগী-দমক্তা আপা তৌরি— "খোংক্রুম অমনা চাউবা হৌনবদগী খোইনা লেপ্লবা খোংক্রুম অসিবু ইচাগীদমক্তনি হায়না পীরুবনা মকম অতুদা লেব। ইচাগী মথাঙবশিংনা ভক্না খেনবা মতমদা মহাক্না কয়াগী মতিক হন্নাওজগদবা। মপা এগী ভবনোম্বা থবক হৈশিংবা কয়া উত্তুনা মমাগবগী মথাংদা লেপ্লম্লগনি.....,"

অমুক হন্না লম্বী চৎপা অহলতুনা স্বর মপী অমতং শাংনা হোম্বরগা থক্লকই মীগী মরাইবক হায়বʼস করাদা ভবথরবা লরাই মচি অমদা পোক্লবা, লরাইগী হরাং চুহ্নলা লৌমী অমা ওইনা পুন্সি লেপ্লগদবা ইচানি। করানা থভবা ভম্মী, এম, এ, পাস তৌহনা কলেজগী ওঝা ওইরে, সরকারনা ফজবা য়ুম পীহনা তলব লুপা ৫০০ চাহনা সগরদা কয়া মুত্তাহবা লৈফম ফংলিবা। নীংশিংলি নোংমা সেথবনা হায়খিবা........." মোধু। নংগী নচাদি লাইরিক ফবনি, মচানা হন্নেং থবক অচৌবা তৌবগা মুত্তাইগনি থন্দুনা নপাগল কেম্বমখৈ হোৎনহনা নচাবু মহৈ তমহল্লী।

নং খঙজি হৌজিকফালগী নহারোলশিংগী মরমদং.........। নচাগীদমক লোকনি খল্লবা শারিবদো খরতা মথাইরে নংগী য়াথঙগী শোয়কবা নপুন্সিদা কপ্পকদবা.........”

“সিয়া।” অহলদুবা শিংবা মীনোক নোয়দুনা “সেখর নংনসু মোধু ঐগী ইচা মনিবু হৌন খঙজবা মতমগী নহারোলগী চাংদমরি। অদুবু নং খঙলেদনা কয়াদা লায়না ইচানা নংগী নাপল থুদেকখ্রগা.........। খবক হেক পায়বগা কয়াদা লাইনা নংগী শেন্দোল শিংখ্রবা মীকুপ খরদং তুমিন্না খদ্দুরকখ্রগা। মোধু ! মায়থোঙ অদুদা খঙহৌদনা শীঠমদবগী মখি অমা ঢুংই, থুকই মমানা হৌজিক কাওবদং লৈরম্বদি মচাগী মত্তো উবদা কয়াদা হয়াওজগবা.........মদুদি মাগী মরাইবক্তা তম্মদ্রে, পোকপদগী মমা মশক খঙলক্তবা, মপা ঐগী নমলদা মমা মপা শরু চাউরক্লে। মমা অমগী মকমদা মাউথি শাজবা হায়বসু কং-লক্লে। মহাক্তা কয়াদা হায়বা ইম্লকখ্রবা, মপাগী অরাবা য়েংবা ভমজদদুনা লাইরিক পাবা হেক তোকপগা ইভেং কয়া পাং-খিবা। লম্মাংদা মন য়েশা শেয়া ইথাদা কয়দুনা পায়কপা লাইরিক্কা তসিদি এম.এ পাস হৌরদুনা কলেজগী ওবা ওইরেদকো............।

মতাইরবা আশা কয়া অসিনা লমজাংলদুনা লাকপনা অরাবা খঙহৌদনা লম্বী লমশাংদু লোইথিদুনা সহর য়োরকলে। য়ায়া মানা মচাগী লৈকম থিরক্তুনা কোয়োং য়োশিনরক্লে। ওবা ওইদুনা লৈথিবদগী মীগী শেন্দোল শিংবা অমুত্তং লাক্লমদুদগী

হৈরম্না উবা কংলক্ত্রবদা মচাবু উনিংঙবগী থোৱাংলবা মীৎয়েংনা করিগুম্বা থোক্লবা-দাকলকপা থম্নো চেপথ চেপথ য়েংলদুনা চঙশিনখ্রে।

অহানবুনা খোঙ্গাল হেক য়োশিল্লকপমক্তদা উরে কাটর অমু তক তক নীংথিরৈ, গুমাং অকোয়বদা লৈ গুনা মকমচানা চাম্না শাংলি। মুম অমু দলানমক্তি নত্তে হায়বু চেকমুক্তি, শং বাম্বা মচুনা ককলাংথু গুমু হাই, মুমথক অমু বীলাটমাটিনা সাট হৈছনা কুপ্পি রাম্না ইংগদবা মাল্লি।

ক.টর অসিগী হাইজিনকম মক্তদা শংবাম্বা কার অমম্ব থাক্তুনা থম্লি। পুম্নমক অমু উবদা মহুল অমু থাক হাইজিনবা গুমদনা চঙলনা লেপ্লুনা লৈরে। মপুক্কীংদা থল্লকলমারে, ঐনা নাকলিবসিবু মুম ওন্নবরনে, ওহাক লৈরগা কিরেং নাম্না মহাং মরিথক মুম অ-দগী থোকলকলে অমদি লৈশাবীনি, মরি অতুগী মথুংদা অমদি অহানহুনা উননিংলিবা মচানীপাম্নক ওইরমলবদা “ইবুংঙো নীপামচা।.........নীপামচা। নীলমনি......মনি।” অহানহুনা থঙহোননা কোথিরগী। হন্নাওনা মোক থেক্লুনা বারি বাতাই তৌহুনা থোকলকলিবা মরিহুগী মথুংদগী নখা অমনা থোঙ্গেল অমু তাবম্না অহানহু তম্না য়েংথোমকই নীংহে অহুনা লরাইগী অহল মখুনবা কৈজোম. লেংপা মুকা ওবোং ইনবা, মকোক্তা ঙাংলৈনবা মচুগী পুহৈমচা অমা কোয়েং য়েংলা, লেং বাম্না থোংক্রম অচৌবা পুক্কিবা, মথুং ওইদা পোৎয়াক অমম্ব য়ানবা, হুথাংনা চোংলবা মমাইদা উথুল পকপদগী পুমহৌ হৌনা

উরবা অহলচুগী মথক্তা তারুরে। ফিভম অসি উবদা ইকাই হঙ্গোইবা, বারোবগী মীংয়েং অমনা হায়ফেং য়েংলম্নগা নহাংগী মীংয়েংচু লৈথোকখ্রে।

নীলমনি বাবুগী ওইবা মমিং অমা ওনথ মাল্লে, কৌরিবচু কনাবুনো থঙদবদগী মখোয় মশেল বারী চথনচুনা খোকলকলী। অহল অসি মিত্রংগী সংসার অমদা লেপ্লগুম চঙরুনা লেপথরে, থল্লকই "ঐবু মঙলনে, ঐগী ইচা মনিমক্লা মপা ঐনা কোৎনক তানা তানা তাশিন্নদনা খঙশিন্নদনা লৈথোকখ্রবা, মপাবু উবমক্তদা লাইগুন্না নীংলম্বা মহৌশাগী ঐপা মনি অহবু নত্রবরা? মহাক্কী ফীজেং লৈজেং অসিনা করিনো? মহৌশাগী মহাক্কী চন্নবা ফীজেক্তুনা কদাধদা.........। হুম নত্তে! ঐনা বাবু লান্না লৌরম্বসু য়াই ঐনি হায়বা খমলমৎবামকসু য়ারি........।"

অহল অচুনা অম্বম্না লেপলিবৈদা নহাশিং অচু মনাক য়ৌশিল্লকলে। হন্নাক্তি নীলমনিগী মনাক্তা চঙশিল্লক্তুনা কৌরুরে "নীলমনি! ইবুংঙো ইপা লাকাল।"

নহা অছম অচুনা অহল অচুদা মথংদা মরুপ অচুদা মুন্না য়েংচুনা লেপ্লকক তৌখরে। অহল অচুগী মতৌচুদা নহাচুনা লোয়নরিবা মরুপশিংদা খোইদোক্লা মেম সাহেব মান্নবী লৈশাবীচুগী পৈখোকলিবা মায়খোংচুদা লোন্না য়েংলুরগা মমায় ভাংনা খুমলকই "অহল। নহাক রাখল চোইরমাল্লে ঐগী ইমিং নীলমনি কৌদে অচুগা ভসিদি খোংজ্রম লৈরবোই চানিংজ্রে, ভসিদি নহাক হল্লো। নোংমাইজিংনিনা ঐ ভসিদি সিনেমা য়েংবা

চংপা তারে। নহাক্না লাক্লিবসি মতম থজিক্কং চাকাগ্রে।”

মচাগী পাউথুমম্ভ তাবদা থঙহৌদনা বজ্র কোটিনা কোক-থক্না থাম্নথরকপগুম অহলম্ভ জ্ঞান পুংমাঙ মাঙখরে। থঙহৌ-দনা লেংবান্দগী খোংজ্রম অম্ভ তাখিহনা সরকনাদা তম্না থরো থরো ওম্নখরে। খোংজ্রম অহুনা ওনবগুম সংসারসিম্ভ মথক মথা ওনবা হৌরক্লে। মচিন্নান তনিক তনিক্না মীৎলুদগী পি-রাংস্থ থাম্বা ঙমদনা চেম্বরক্লে। থোদোক অম্ভ উবদা কুম্মে য়েংলিবা অহুমহুগী মরক্তগী অমংমুক নীলমনিদা হংলকই “সুরেশ বাবু অহল অসিবু………।”

“আ, ঐখোয়গী লৈকাইদগীনি, মনা মশিং য়োনবনি… লেঙলসি থেঙখ্রে। ময়ামদি তারিবা অচৌবা খোংজ্রম অম্ভদা হায়ফেংদ য়েংলম্নগা কারদা তোংখৎনখরে। নীলমনিদি অহলম্ভদা থম্লাই শোক্লব মীৎয়েংনা হাইক্কেগুং য়েংলম্মী। মীকুপ অমগী মন্থুংদা কারম্ভ মীৎয়েংগী রাংমা লানখয়ে। চেম্নোকখিবা কাম অম্ভদা মোধুনা মিংকুপ্তুনা য়েংহুনা লৈহোরে। ওমখৈ লৈতবা নীংবা কায়বনা মাগী থমোইম্ভ খুম্ভম চনখরে। লেপ্তুনা শিং-লিবা মুংশিংনা করেম্নহুনা মাগী মফি অম্ভ কর কর লাক্তুনা চিংলম্নি।

মীৎকুপ থবগী মমাংদা থুইজিন্নবা মাইথোং অসিদা তারখা ময়েক লারবা আশাগী মাম অম্ভ কদাইদনো? হৌজিক্তি উরে নীংবা কায়বনা মুর্তি ওইহুনা অহলম্ভ লেপ্লি। মথাই রাওরবা লাই কদিবীগুম্না জ্ঞান তাদনা মথু লেপ্লি।

শাংলবা লমশাং অসি কনাগীদমক পোৎলুম পুন্থনা শাক্লিম্বিবা ? মচানা ইকাইবা পীনবগীদমক লাকপা অসিরা ? কনাগীদমক লমশাং অসি লুমলবা অচা অথক পুন্থনা লাক্লিবা লাংখোংদা হৈদোক্লবা অসিগীদমক্তরা ?

তত্তনা হোংবা তাইবংগী লিলানি, অরেওবা হান্নবসিনা পৃথিগী লেওব্রবা নীন্নী। কনানা খণ্ডবা মীৎকুপ অমদা নোক্লবা মীৎকুপ অমদা কপকনি খওদনা পানবা তাইবংপান্নি। মীওইবগী পুক্লিংগী তারদা থুৎখৎ থুদিংগী আশাগী সুর কয়া ২ থোক্লকই। করিওথদম্ব সুর অমদগী হেন্দ্রবা লাইবক চাউবা মহাক অওগী-দমক্তী মহাক্লা পামজবা সুর অচনা হেক তাবা ফ'দবা সুমিত্তগী মাগী অয়োইবা মতম য়ৌরক্লবনি।

লৈমায়দা চাইবিবা অচা 'থকশিংহু হুই অমনা চারম্বা উবদা পিরোইনবা নীংবা কান্ননা নোক্তুনা শোল্লকই " চাউ নবুক থন্না চাউ। ঐবক্তা পোকচবা ইচামক্তা মপা ঐবু হক্লোইহুনা লংখোক-লন্নিবনি, অদুবু নংনদি কয়াদা নথবাই তানা চারি।" মোধু অদু তপ্পা মন্নুম মাইকৈদা মমাই ওক্লক্লে। মকোক্থওা চাউরবা চীংদুম অমা পুৎওন্না লুম্নবা মকোক অদু পুন্থনা হল্লক্লে। চৎথিবগী লম্বেলদদি পোৎলুম পুন্থনা লাকপদা করিও লুমদনা চৎলগা হল্লকপদদি করিও য়াওদনা হন্নুক লুমলিবসিদি করিগীনো ? নীংবা কান্নরবা বোক অশিননি।

অহল অহুগী বাথলদা তত্তনা নীংশিংলি হৌজিক্তা তা. লিবওম মচাগী হু চেন্নবা য়াহৈশিংদো" — .........,ঐগী ইমিং—

নীলমনি কৌদে, ঐ ওসিদি খোংক্রম লৈরম্নোই ওসিদি হল্লো...। অমুকস্থ “ আঃ ঐখোয়গী লৈকাইদা লৈবা মনা মশিং য়োনবা অমনি।” খাঙবদা ৱারবা মীনোক লৈশা অমস্থ নীংশিংলক্‌না সংসার অসি করেম্নবা মমিং নত্তনা ভনদন পাইরবা মমিং অত্তুদা করিশু উবা ফংখিদ্রে। মীনোক অহুনি “ য়োধ্‌ নংনা নপাঙ্গল কেম্বমখৈ হোৎনত্তুনা নচাবু মহৈ তমহল্লো। মংদি খঙদ্রি হৌখিক্কালগী নহারোলশিংগী মরমসং.........।” খোঙ্কেলশিং অসিনা মাংকৈ তরাদগী লিশিং লিশিং ওইনা নাকোং চেকখায়রগদবমখৈ লাউশিল্লরে। করেম্নবা মাংখ্রেংশিং অত্তু নত্তনা সংসাররসি করিমত্তা উবা ফংখিদ্রে। অকংবা উনানা পাম্বী-লগী কেল্লকপদা উপাদা অমুকপন, উনাদা অমুক পন্দুনা ভারকপ-শুম, ভমশান্দনা হাইরং ২ অমুক ত্তু, অমুক চৌগৎ ত্তোহনা অহলত্তু লাক্লী। কনাগুম্বা লম্বী চংপনা চৈবিরম্মী “ কবিনো অহল য়ু ভাওরবরা মী থেংগদোরে চুম্না চৎলুনে।” মীয়ুংখি হৈবা কনা-নস্থ হায়রীরম্মী—‘ কৈদোরে অহলবো কোক ভাওরবরা ? ”

মধু মপালগী রা অমত্তা তাবা লৈত্তে। মাথাদা ওংলিবা রাহৈশিং অহ্নদা মতারি, কনাবুস্থ উরবা লৈত্তে। মরুভুমিদা মপাং কাম্বনখিত্তুনা লম্মাংনরবা মুসাফিরশুম মধু ময়ুমদা হনখে। অত্তুবু লম্বী লমশাংদা করি অরাবা খোনখিবা মত্তাদি ঐগী কলম্না ফোংগমদ্রে।

* * * *

মাগী তোগদবা মথো, মথোৎ কারকপগী হুরাও ভম্নাবদা

নীলমনি ( সুরেশ )" সুমিৎ তরেৎ নিপালনি হৌখিবা খঙহৌরে। নোংমগী নীংবা কাওরবা থৌদোক অমদগী মথং মথং খন্থরক্তুনা মহাক্না মপা অমসুং মাগী লবাই লমবু নীংশিংলক্লে। মসিগী মমাংদা অমুক অনিরক মপানা লাক্লম্বদুগী মরমদা খনথ্রবনি অদুবু তৌগদবা থবক্না নমংতুনা মহু থওইনা থক খল্লুদে। সুমিৎ অসিনীদমক্তি নাউমদবগী মৈচাক অমা কয়া কাওরক্লে। প্রো-ফেসার বাবু অমগী হৌনবা কীজেৎশিংহু হোংদোক্তুনা কমুংদা লোংনা হিপ্পুনঃ ঙহাক্তং পোত্থাবদা মঙাইরি, অদুবু পোত্থাবা ইয়া য়াদে। মপানা মাবু উনবা লাক্লম্বা অমসুং মাবু কৌরকলবা মতমদা মহাক্না খন্থবা য়াংনা খনখিবা য়াখলদী "মীওইবগী ইজ্জৎতি অমুক্তং মাংখিবদা লৈবা ফংবা নত্তে! মপা অমগী মকমদা মচানা লানখিবগীদমক ঙাপীনবা নীজবদা অমুক অনিরক্তা য়াবিরক্তুবসু তরারক হায়জবদদি সুংশিবিরক্তুনা শোইদনা চাক-পীগনি, অদুনা ঐনা বাবাদা কোয়া হায়জগনি।"

অদুবু হৌজিক্তা ময়েক শেংনা খঙলকলে অহল ওইরবা মপাদা মশাগী ইজ্জৎ চাক্নবগীদমক মহাক্না হায়খিবা য়াঙাং অদুদি কয়াগী মতিক হু চেনথ্রবনো। য়াহৌশিং অদুনা মাগী খোগ্গা মহু কল্লবা লিন লিশিংনা চীকপগুম্না য়ারে মোন্দা মমাই খুক খুক নৈহুনা হিক হিক কপ্লকই, নীংশিংলকই, অঙাং ওইরি-বৈগী পুক্নিদা মপানা মাগীদমক কয়া য়াবিখিবা—" মচা ঐগী লাইরিক তম্বা কায়দনবা মপুক্নিদা অয়াবা থবক কয়া গুরক্লবা ইকাইবা কয়া খাঙক্লবা, ইচানা পুকৎলগা লোইরে খন্দুনা

মচাবু পীজরগা মহাক্না চন্না হেন্দুনা য়োকপীরক্লবনি। ইমান্নবা মীরক তানবঃ ওন্নবা শেংপা চাবা নীংবা থুংহন্নবগীদমক্তা হোংনবদা মশা ওমত্রে' ফাওবদা লবুক্তা কুমহুনা অন্নাবা কন্না খাওলক্লব, ঐনা করিশু লৈতবা ইকাইবা থরগীদমক হিজেং মোংলবা ইপাবু তাম্বোকখিবা। ঐগী খমোইসে মুংদগীম্ন হেন্না কনখ্রে, মাগী পুকচেল চেন্ত্রে, শাবুকচেলনা থনখরে, ঐগী ইরালদি ওাকপীকম লেত্রবনি।

নীলমনি তিংখংগী ফমুংদা হিন্নগুম অমুক হৌপ্না ওমন্রে, মশম মনা ইফা ফানা হোগংলক্রে। মফি মরোল শেংচিন্দুনা বাজারদা চংলগা মপাগীদমক্তা শাল ইনফি, কৈজোমনচিংবা থর লৈহুনা পোক্লফম লমদমগীদমক্তা বস গাড়ী তোংলক্রে। ময়ুমগী কোম্বোং চওনা চঙনা খল্লকই—"মহৌশাওম্না ওসিন্ন বাবানা তরাম্ন ওক্লমগনি। অদুবু ওমাং য়োরক্লফাও অহলহুবু মশক উবা ফংলক্কু"দা থোওলোল্লিবা ইমুংহু তম্না কৌরকই "বাবা। বাবা। ঐ লাক্লে.........? কদোমদা চংখ্রবনোনে? "হিঙ্গোল শংবলনচিংবা কোইয়েং য়েংবদম্ন উত্রবদা থোং হাংদোক্কুনা ইমুংদা চঙলক্রে, মহুদম্ন লৈরমত্রে। খিকম খওত্রহুনা হন্নক্লপা উনবা হায়বহুনি খন্দুনা ফমহুনা লৈরে। লৈকাইগী মীয়াই চল্লবা অহল অমা চঙলক্রে নীলমনিবু উবদা ওকপা অমম্বুং মুওাইতবগা লোইননা হায়রকই—"ইবুংঙো! নীলমনি নং লাকপা য়াম্না ফরে খুরাদি নঙোন্দা পাউ অসি পাকহেক হায়দোকপা ওমদরে। অদুবু হায়দবদি য়াদরে,

খুরাখোইদা হারোবদি তৌগনু, নংগী বাজিনা কল্লা থিংলবদগী পাউসি নওোন্দা তাকথিদবনি নংগী বাজিদি.................।"
অহল অদু হিক্ক হিক্ক কপখ্রে বা মথা তাবা ওমজ্রে নীলমনিদু কোকচাওবী কাপ্লহুনা মখোল নীক্লা হংলকই —"খুরা বাজিবু কৈদৌদ্ বা ?"

"ইবুংঙো নংগী বাজিদু লৈখিদবা ওসি তক্লী মুরে।" অহলদু ভেংথাহুনা ও খোংনা কপখরে।

পাউ অসিনা চীঙ ওইনা নল্লুনা লুপ্লবা মকোক অদু পুগমজ্রহুনা নীলমনি হাপ্থরে। তপ্লা তপ্লা জ্ঞান লাক্লবদা অমুক নীক্লবা খোঞ্জেল্লা হংলকই 'কদি ওইনা ওমদবদগী লৈখিদবনো হায়বিয়ু খুরা।"

"মাইবা ডাক্তর কনা অমত্তুনা লাইওং অসিনি হায়বা ওমখিদে, ডাক্তরনা হায়ববু রাখল মুত্তাইতবদগী পোকপা লাই-রানি হায়। নহাক্কী নাক্তা চংলুবগী হল্লকপদগী হৌনা অনাবা অদুম হৌখ্রবনি। মতম চানা নওোন্দা পাউ পীরক্লদবনি, অদুবু তাদনা য়ামল্লবদগী মনিং থুংজরসনু থন্দুনা নওোন্দা খঙহল্লক্ত-বনি। করিগুম্বা নংনা অসিদা লাকপা খোক্লবদি চিঠি অসি-মত্তং পীবিয়ু হায়হুনা পীরম্বনি, সে পাহুনা য়েংউ, করি হায়রি-বনো।" অসি হায়হুনা লৈকায়গী অহলহুনা চিঠি অমা লাপ্থো-রকই। নীলমনিনা মপাগী মখুৎমক্লা ইরম্বা চিঠিদু অতৎ অথম লৈত্তনা শিন্দরক্লিবা পিরাংগা সিরোইননা পাথরকই —

"ইপাগী ইবুংঙো। নীলমনি। নহাক্কী নপা অমনি হায়বদা

হঙ্গোইরবা নপা ঐবু সংসারসিদা অমুক উবা ফংলরোই। অদুবু সংসারসিদা নপা ঐগুম্না ইচাবু থম্মোই য়াওনা মুংশিবা মপাদি কনানু উবা ফংলোই। মতম লৈবখিবিক্তা নীংশিংগু পোংকো মগুন্দো মশানা নত্তনা কনানসু মাওহনবা ওমদবনি। সনা অসি ফজমল্লি হায়দুনা ফজবা মকমদা হন্দোক্লবসু থোইনা ফজবা হন্দদবনি। নোম পাম্বী মখোওদা চিনী ফনা হৈজিন্দুনসু পাম্মীদুনা করিগু থাবা হন্দগদবা নত্তে। নংগী ওইজবা গুণ অদুদি কনানসু মশক থিহনবা ওমলোই। ইবুংঙো মায়ামগী মিৎয়েংদা অমদি মশাগী মিৎয়েংদা নহাক অসি চাউর-শাংলবা মতিক চারবা মী অমা ওইনা উরবা য়াই অদুবু নপা ঐনদি তত্তনা থনখি নহাক অসি মহৌশাগী থুদৈ মতেক শেন্নুনা মন শেম শেম লাইরিক পারবা অগাং অদু ওইনা। মুমিৎ থুদিংগী মনগারকপা মতমদা মন হোইদুনা কারকদবগুম নীংদুনা ইপানা নংবু কোম্মোংলোমদা তত্তনা য়েংঙিদো। মমা মশক থওলক্রবা নংগীদমক্তা থনবদা নপা ঐনা লোয়না করারকম্ম কপথ্রবনি। নহাক্না ইপাগীদমক থরদং নীংওমদনা পোক্লবদি নপা ঐগুম্না লৱাইগী অপওবা অহলশিংবু মুংশিনা সেবা তৌরকউ। ইতি:—

নহাকী বাবা

মোধু সিংহ

চিঠিগী মরোল লোইশিল্লকপগা লোয়ননা প্রোফেসার বাবু নীংশিংবা লৈতনা তুথখরে।

ওক্তোকপনি চেকশিলহৌদবা হায়বসিনা মীওইবগী অমাওবগী হৌরককম ওইরম্লে।

১৭, ৯, ৬৮ ইং শাংবল

# নুংশিবগী মমল

পোমশাংনবী লৈরাংস্থ কেল্লি বসন্তদা
খোক্লোইর শিঙেলস্থ ভাইঙমন্ত্রি কেনবা
মঙমগী শান্নপোৎ পুন্সিদি পুন্সিবনি ;
লৈরাংগী মরুপলোই নামিবা মালংদো
নৌরিব 'ই অমৃত্ত অহিংসী লীক্লাদো
ওইরেনে কেন্নবতা লৈমল্ল' লৈরাংগী ।
ঐগী ভায়েরিগী অরাবা শৈহৌনি ।

ডাক্তর লাকলগা অনাবা কগৎলি । মসিগী ওন্নতৈনবনা ঐগী রাখলনি । ঐনা স্যানিটোরিয়ামদা হেক থুংলুবা তুমিত্তুদা মকমঙ্দা লৈরব্বা মী খুদিংমকপু কাগিগী নত্যাকারশিংঙন্না উরম্মী । মঙ্গরকপা হায়বসিনা ঐগী আশা ভারোশাবু ওঙ্ঘোক্লা মরেং তাহনখরে । দাদাখোয়না ঐবু লাহেংশংদা থিনবীরন্নগা হনখিবা অক্লমক উরুবদা হিংনিংবগী আশা অন্নুম অন্নুম পীক থরকলম্মী । পীনা থল্লবা মীৎয়েংনা মখোয়না হনখিবত্থ উরুবে । থল্লকথি পুন্সিগী লানফমদা মান্নখিরবা অমা ওইনা ঐনা ডাক্তর খানাদা বন্দী ওইরবা । খুইথরকলবা লৈরাংবু লৈখোক্তগী থদৎনিংবগুম যক্ম পকলবা ঐবু ডাক্তর খানাদা তোগা.........। " বাবু পোথানবা লেঙশিন্নসি ।" ডাক্তরগী রাহৈন্নলা ঐবু মঙফাঙনহল্লে ! কমুংদা হিপ্লুনা পোথারম্মী ।

নীংবা কায়বগী মুৰ্ত্তিনা, মকোই চোম্বা, ময়াং কংগ্রিক কংবা অন বগী নাহেথোম্না নিলহন্দুনা ঐগী ৱাথল লম্বেলদা হঙৎ হন্দা চত্তুনা ভূম্বা থুগাইরি। অহিং মুংথিল মাইদনা অনাবগী নাহে-থোল তাই। থরমনা পুল্লিগী লমথুংকম য়োৱন্থনা পুল্লিগী লীপূন্দগী নাম্বোকখি। নোক্লা নোক্লা লাকপা তাইবংদা কপ্লা কপ্লা করিগীদমক্তা লোইশিল্লিবা। অশিবনা পুল্লিবমক্তদা করিগী দমক্তা মীনা শিববু কিরিবা! অশেংবমক ঐগী হিংনিংবগী আ-শাদো লৈত্রবনি, অদুনা পান্ন্লস্থ অস্তুম অস্তুম মাঙখিরম্মী।

লাইয়েংবগীদমক, সেবাগীদমক ডাক্তর কয়া নর্স কয়া ইনাক্তা তোম্বনা চঙলকখি। ঐনা মখোয়গী মথৌদা পুক্নীং থিংজিন্নুদে। কৈ কত্তেস্থ তান্নিংদে। করিগুম্বদস্থ মখোয়গী মায়খোংদা য়েং-নিংবা পোকলুদে। হৈনিংবা য়াওত্রবা থৱাই অসি পুম্বনা হিংবগী অর্থ মখোয়দি খঙলমদবস্থ য়াই। অদুবু হায়শাবনি, নকপু নক্লক্লবদি মাত্তাংবনস্থ শকখঙলকই, অদুনা খোয়োবীনা মরম ওইদুনা ঐস্থ অমখক্তি নীংথিনা খঙবা হৌরকলে। মহাক-তুদি ডাক্তর মুসিলানি। অপাম্বা পকবা, আশা য়োক্তবা ঐনা মাবু থোইনা নীংউবগী য়াদি নত্তে। পুক্নীংদদি থল্লি—করিগী-দমক্তা মহাক্না লৌখৎনিঙাই লৈত্রবা ঐগী পুন্সিবু অমুক চান-বীরিবা। ঐগী সেবাগীদমক্তা কয়াদা পুক্নিং থিংজিন্নিবা। ঐগী অন্না মুত্তাইদা মাস্থ শরুক য়াবতম তৌরি। মহাক অসিবু মীনুংশি চাওবী অনৈরা নক্লগা ডাক্তর অমগী চপচাবা মথৌ য়শক থঙবীরা! শোম্বরবা ঐগী রাথলনা থনবা ওয়ুমী য়াংমলনি।

ইশা ইতোমতা ফাংবা হন্দোইবা পোকলবা ফিভম অসিদা কমানা ঐবু মীৎচিনফাও য়েংনিংগনি। মথোং কারকপদা য়ৌনা ফজরম্মী হায়রকবদা হৌজিক্কী অথীবা পোত্তা ফজৈ হায়না লংনবগুম থোকলগনি। ঐগী ওইজরম্বা রাং চাওরবা হকচাং হৌজিক্কী শক্তগী উংলত্তা মউরে। লংনভোরবা কুচু, কদায় হৌজিক্কী অশিবা তৈন্থোক্লকুগে। কংলবা চায়রকংদা কোইনা থনথরে। তুম্নবা নাত্তোন্না থাঙ্গী ময়াগা মায়থরে। ওন্থোকপনি। ফিভম অসিনসু অনৌবী মীৎয়েং অমগীদমক থোৎরাংলিবা। পুম্নমক মীনথনি। ঐগী ইফমদদি ভমথীবা অমশুং মুংশিবগী মীৎয়েং চপ মায়না ছুনি। অচুবু ঐগী রাখল থনবা ভয়বগী শক্তি থরদি ময়োর। খণ্ডই ডাঃ সুনিলানা ঐগী নাবা করক্‌-বগীদমক থোইরাংবা সুমিৎ খুদিংগী হংবা তোক্তে 'দাদা সময় ভসি হকচাংদু কমদৌবীনগে………" মথুংমক্তা হৌদাক লাংথক অহ্মাদ চান থক্লবা শেমছুনা ইনবিবা ও। লাইরেম্বাক্ত ফাওবা কাউরমোই। রাকম অমসু তশেংনা নিংশিংলে, অমুথক ঐনা লোক কল্লা থুবগী অহাবা উবদা মহাক্কী মংত্তা পীগী মশিক অমা লোমা শিন্থরবদো !! ঐগী সেবাগীদমক্তঃ নর্সশিংবু মথৌ ওন্থোক্লা চিলহল্লি। ঐনা থল্লি, অশিবনা ভাইভমজবা পুক্নিংবু মুংশিনবীবা মীকোক য়ায়রবা ভাইবংগী মরক্তসু মথেংনরবি।

মহৌশাওয়া মীহুৎথোং হাংদোক্লুনা মপালগী দৃশ্যা য়েংলগী মিংথমথাগী উলেন নংরেল মাংলেম্ব অসি লৈবংলাওয়া উরে। কুমজা মজদনা. হৈপালৈপাল পুম্নমক লাশৈনা চাকথুংবগুম

চপমাম্নবা অৱাবগী কিচমদা উরি। ইরী বাওরিবা মুংশিংনা অথুইবা উনা অমাকাওবা হুমদংকদবগী শিংলি। নোংচুপথংবা চীংদোল পরেংদদি অক্তৌবা নোংহুম থর শাররি। ঐগী ডায়েরিদা কবিতা মত্তেক অমা ইশিল্লম্মী। "খুন্তাক লানশিংর' কংলবা মালেমদা, বারুম্ থেম্জিল্লি অনৌবা নোংহুম্মা।

কংলবা নাংথমগী উশাদা

শোকলরে কাউরুরবা বসন্তই খুৎকম্মা। থোংনাওদগী লিংশিল্লক্লুনা মুংশিংনা, ঐগী শাংলবা শমদা কোইদা চিংহুনা করেম্নররি। শাওরংননা গুক হায়ফেত্তং ৎৈ খোকলুই। ইনাক্তা লৈরাংনা মেখোন নোকলম্লে, কনাবো সিদে মুদিশানিদনা ডাকর। মহাক্তী চোইজাইরবা শম্নাংদা পারবা ইরফিদম্ মালংনা হরাও ভয়াম্মী। ঐহাক ইকায়রবা শাওনিংবরা অমদি থওপোক পোকলম্মী। মালংবা হারবসি কয়াদা মীচং মীথাই নাইথবা। মহাক্তা কয়াদা পুক্লাং হুরিবা অহুগা ঐবুনা............। হুশেংবদি মীচং-মীথাই নাইবনা নত্তে, মালংনা চাং তাবনি, শু'সবুম্ করেম্নগে ঙৌরুবদা—।

"মালংবনা থংগা হুম্বরনে, বাকচিংগী শুলাপকী লৈবা 'মফাও" "দাদা! করিগীনো ঐবু মুম্না য়েংলগা ভারেক্লিজা ইশিল্লব'দ?" মুসিলা নোক্রম্মী. ঙৌরবা য়াপরেংহন্নি। থও-প্রেক থংই। ইকাইবনা মকশিল্লম্মী মহাক্তী কল্লবাপী মুসিদি ওইরমদরে। ভশেংনমক ইনাক্তা কম্লে। শকফম হজিন্দুনা থুমই করিস্ তৌদে, আঃ চুবনা............। ইকারবা ভারুবা মানা বা নমশিল্লকই "করিস্ তৌদেয়ে! অদো মুংশিং মরক-সিদা বাখল শীজিন্নহন. কবিতা ইরিবহনবা।"

"রাখল করিগু শিজিন্নদে সিস্তর। চুমনস্তা প্রকৃতিগী অচুম্বা মওং ইশিনবনি।"

"কদোমদগী কৌবিরকলিবা মীজোনো অদুনা ?" নীংথিবী পীসুমন্থ থেকলদুনা হায়রকই।

"করিবো ? ও! চুম্মীনা ডোক্তর। হায়গদবনি, হয়েংমথৈ।"

"নত্তে কৈস্স অদুস্সু হায়স্সু।"

"অহুদি করি কৌগদগে তাকপীয়ুদনা।"

"ইশাগী ইমিং লৈজরিবসিদি।"

"কৌগে কৈদোবগে ঐগীদি নংনা হায়রগা লোইরে।"

"অচুম্বর দাদা......।" মথাই তাঙবগুম তৌই।

"অথোয়বা নত্তেনে।" ঐথোয় অনী হরাওনা নোকমিরে।

"নমস্তে। ডাক্তর সাহেব ।। নৌরিবী অমগী খোনকমনা ঐথোয়গী নোকপন্থ নক্কাংখিরম্মী।

"নমস্তে! লেংশিনবিরকউ, কনা উনবীনিংবা লৈবগে ? লাক্লিবীন্থ পাউথুম পীদনা তুম্মিন্না চেয়ার অমদা ফমথখরে। হায়বেত্তুং উবদা থগুলে ঐগী ওইনচাওবী সারদানি।

"কনাগা লাকই সারদা! নত্তোমত্তরা......?" ঐনা হংই ইতোমত্তা লাক্তবদি কনাগা লাকনি ?" সারদাগী বাহৈগীকোৎচিনি।

ইপুক্লীংদা নোক্লিংবা পোকই মহাকী হৈনবীসি থাদোকত্রি। "হোয়নে নংগা ঙাংনবা ওমগদবা মীদি লৈত্তেদা।" নোক-মিন্নগদবগী ঐনা খুঁসলাদা হাইক্কেৎ য়েংলম্মী। অহুবু মাদি কন্না খোরজাংবগুম লুকথদুনা লৈরম্মী। অমুক সারদাদা

য়ে'শিল্লস্মী ; মহাকস্ু হায়কেৎ রারোবশুম তৌরয়ে । ঐ চময়রে, করিনো তৌরিবসিবো ? শরক অ'সিদা লোক অমুক খুরকলে । সুসিলান' হৌদাক অমা থুনা শেমহনা পীথক্লে । তপ্পা তপ্পা খুবা হন্থরক্লে । সারদানা ঐগাক অনাবনি হায়ব নী'শিংলক্ল-মাল্লে । রারোবা তোক্কনা মীপায়না হায়রকই " সমর ! নহাকপু নশাহু খজিক্কফাও সুংভাইক্কম খত্তিবরা ?"

" খত্তদরে সারদা ! ঐহাক ইশাগীদমক কৈদৌঙদসু অক কত্তগী রাখল লেপকে নীংলুদরে ।"

" উম তৌরে তু কবিজাওগী চোইরোলসে ।" রাদি শাও-রংনরি । ঐদি নোক্লিংবা পোক্লে রা অমসু নাংশিংলক্লে, মাসু নিংশিংলস্বা য়াই ঐনা হায়খি নোংমা থাবলদা—" ! সারদা রাহৈ কোৎচি থাংবা, চিনচম্পা মানবী ।" মানসু "হোয়নে কবি কোকচাওবা, কজনদা থাবিয়ুদা লৈনম চাউবঃ হেম্নবা ।" মানা সুসিলাদা ওনশিন্নহনা হংখিরম্মী— "ডাক্তর সাহেব ! অনাবগী কিতমবু কমদৌরিবগে ?" সুসিলানা মোমোন নোকই, খুল্লকই "য়াম্না করে হায়দগী ওম্লোক্লা কয়কলপোৎনিদা ।"

তুনিয়াগী রারীপুম্বা পুখোক্কনা ঐখোয় অহুম অরাই অথুমদা শারে । শানিংভাই রারী লৈতহনা ওহাক ওহাকস্ব তুমিন তুমিন লৈনৈ । অহুগী মতুংদা সারদাস্ু হনখ্রে । লাওদবা মীকুপ ১গী তুংদা সুসিলানা হংলকই—"দাদা সমর ! মহাকা করি মরী থোক্লবিবগে ?"

" করিশু থোক্লদে, অহুদা মহাক্তী ঐখোয়গী পাবুংগী মকম্বা

পোকপনি। অভাং ওইরিবৈদগী ঐখোর অনী তিন্নরকপনা কোয়নদে।" চন্নবা ঐগী পাউখুম্নী। খঙহৌদনা সুসিলাগী লংলবা মায়থোং অহু অচোংপা মুংশিং য়েরবা মীংশেলগুম্না মকশিনখিরম্মী। নম অমনা কোরহুনা মহাক থোকখ্রে। ঐ-হাক্কী ওহ্যোক্না মুভাইহৌত্রে।

তপ্না তপ্না ঐগী অনাবা করকলে। মহৌশাগী পাঙল খর খর লাক্লে। হকচাংগী কুহ্ কুঃম। থর থর ফাওরকপগুম তৌই। পুক্নীংদা থাজবা ফাওরকই—ঐবু চিংলগদব হায়বহুরা! হিংবা তাররবদি কনাগী লম্মন তেন্দুনা? সুসিলাগী হিংবগী মর্ম শাম্নবা ঐবু অমুক নোংশৌনা থরাই হাপ্পীরে, মহাক্না—

"কংলবা থম্মোই লৈকোন্দা
কুমগী নোংলিক্না খিকলরে
মুংশি ঈশাইফু পায়রিবীও!
নহাক্না পীনবা থরাইসে
ঐগী নত্তুরে নংগীনি!!"

ঐহাক সন্যাটোরিয়মগী লৈকোন্দা হর' চাবা চখোকপা ঙম্লে। ঐনা পামজবহু মখোয়গা নকনা তিপ্রজবা অহুনি মুমিং থুদিংগী অয়ুক অমুক মুমিদাং হাউরম অমুক্তি তত্তনা চখোকই। অয়াম্বা মতমদা সুসিলাগা লোইনহুনা চৎলি। চৎমিন্নদবা থোক-লবহু লৈকোন্দদি তোঃরনা উন্নবা কংই। বসন্ত লৈনমনা চুরবা মহাক্কী প্রেমগী থোরিনা ততুনা পুনশিন্নকলী। মহাক্কী হুরদা ঐনা মরাম চন্নবা লিনগুমনা ভগোই শারি। নহাক্কী দিংচিনা

ঐবু ভত্তনা কায়হৌরি। ইশাগী মকমদস্থ য়াকম অসি য়াবদা ইকাইবনা শিগদোই। অদুবু ইশাগী অচুম্বা ভাংনবগীদমক্তা কবিতা ইরিংনি। মানা ঐবু তশেংনা থুংশি। মরম হায়রবদু অসিগুম্বা প্রেমিকাগী অভিনয়দি প্রেমিক্তনা শেংনা থগুই। ঐ মাগী প্রেমিক্নী। লাই শাবনা মাগী কল্পনা শেল্লবা মুত্তিনা খোইন'সুম ফজখৎলকপ, উবদা পুক্লিংমকা লাম্নই। মতৌ অদু-গুম্বা ঐনা নোংম 'নাংমগী ফগৎলকপা উবদা ডাঃ সুসিলান্থ মপুক্নীংদ সুগাইজবগী চাং হেন্দগৎলক্নী।

মথোং কারকপগী পুন্সিবু মশক থিহল্লবা ধর্ম্মাগী মাহক-শিংবু মাইথৌবা পীহুনা ডাক্তরনা ঐবু কনবীরে। মক্ক ওইমা ডাঃ সুসিলাগী হুমাংমন্ন' ঐগী ফিক্কম অস্নম অদুম ফগৎলক্নীম্মী। ইনখৎলকপ, মতম ওইবনা ফিভম হঙ্গৎলকপগী থোঙথাংস্থ থুরি-বনি। হকচাংগী কুচু মপুংফানা ফাওরক্লে। হকচাং কয়া থুদিংদা হসন্তগী ইনোং অদো ফাওরক্লে। ডাক্তরনা য়ুমদা হনবা য়ারগনি হায়বগী পাউতাক পীরক্লে। সারদাদা অমদি য়ুমদস্থ পাউ পীখরে।

নোংমগী জুমিদাংবাইরম্নী। মহৌশাগুম্না হবা চাব চংথাক্তে নীংালতৈদা সুসিলা চঙলক্লে। হান্নী শাংলবা শম কোইন-চিংবা মুমিং অসিদদি ককথৎলুরে। পুন্সিগী মরি লৈনরম'গুম্না সুাসপা মশাঙক্লা ঐবু নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংবীরে।

মীংশেন্দা য়েংলপা ঐন। হায়—"ঐগীনি হায়বদা পত্তুবা হকচাং অসিবু য়েংজবগী অপেনবা লৈথিক্লবা?

"মী খুদিংমক লমন তোম্বনা পুন্সিবু পাম্মে। মশাবু মনিং তম্বগী ইখৌ লাংনৈ। প্রমান অমদা খণ্ডদবনা য়েনবৌনা তাদু মচাবু মরুমদগী চাউনবা য়োক্লক্লে, নোংমদি মচাশিং অহ-না ঈশিংদা ইরোইত্নুনা কুমথথরে পণ্ডলবা য়েনবাত্নুনা তোর্ব্বান্দা চোংত্নুনা লৈহোরে। করিগীনো মসিবু ? পাখোঙনি থোংবায়ু।"

ঐনা চওক্লুনা কোংলম্মী "মহৌশাগী ওইবা হৈনবী অমদি ঈশ্বরনা জীব খুদিংদা পীবিরকই অত্নুনা ওইরোইত্রা ?"

"অচুম্বনি, অহওম্মা নহাকন্নু মফম অসি থাদোকনি, অহৌদ-গীদি ঐওম্বী অমদি লায়না কাউ^া ভম্নপ^িদনকো –।" কংলবা মীনোক অমগা লোয়নননা, ফাগী মালহন্দুনা মহাক্না হায়রকথিবনি।

"সুসিলা !!" খণ্ডপ্রেক খণ্ডনা মাগী মাথখোংদা মুম্না য়েংথংলম্মী। খণ্ডহৌদনা মীত্তগী পী নাম্থখি। ঐগী পিরাংগী পাউখুম ওইনা মহাক্নী মীত্তম্ন পী শিম্হরকই।

স্যানিটোরিয়মগী নীংথরবা লম্বেল নাকল অনীমক্তা পরেং চুম্না উপালশিং হৌরি। মতোন নীংথিনা কক্তুনা মনা পুংহল্লী। মসিগী মরক্তনা অশংবা লম্পাক, অত্নুগা অকোইবদা মথল মথা-গী লৈনা নীংথিনা শাংলি। মুংগী মুর্ত্তি, ঈশিং পেরে, সিরি পরেং অমদি মুংগী নত্রগা উগী বেঞ্চনা মফম চানা লৈতেংহনা খোইনা কজহল্লি। অকোয়বদা উরিবা অমুবা চৌংশাংদা লশিং মকোলওমবা লৈচিলশিংনা ঙা-থেংহনা শাম্নরি। ঐহাক সুসিলা-গা লোইননা পুম্নমক অসি য়েংন য়েংনা কোম্নরকপদগী চহাক পোথানবা বেঞ্চ অমদা ঐখোয়নিমক ফমথরে। অহানবদা ঐখোয়নি

লৈফম মরি মখোঙনচিংবগী মরমদা ভাভনৈ। করিগুম্বদস্থ কোং-দোকে থনবা রাকম করান্থ ভাঙথোকপা ওয়দঢুনা তুমিন তুমিন লৈনৈ।

ঐনা তোৌবিমল উংলম্মী—“ শুসিলা। নহাক্তী ঐগী পুক্সিগী মরু ওইবা পাত্রনি। লৈকংলাগুম্না মাংথ্রগদবা ঐগী পুক্সিগী লৈকোয়ী, নহাক্তা অমৃত্তগী নোং চুহস্কুনা অমুক হন্না ঐনা বসন্ত কংজরে। নংগী লমন্তী করম্মা............?”

“ অহুবু লমলনি, তৌবিগন্থু। ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌনি। সেবা অহুগীদমক্ত' সরকারগী তলব চাহুনা মীনাই ওইরিবনি। ঐনা দাদাগী নতেং থরদং পাংলম্বথোক্রবস্থ, করিগুম্বা মতমদা, লাইবক চাউবা নচল অমা লৈরি হায়না নিংশিংবীরকপা অহুনা অপেনবা ওইজগে।”

মহাক্তী চৗ'লেম্বা রাহৈহুগী পাউথুম ঐনা পীবা ওমথিদরে। মহাক্তী থোংলবা থুং অহুত্তমক খুবামহুংদা চেৎনা পায়শিন্নম্মী। মুংঙাইবগী ইথক্তা তাউরম্মী। তোপোক্তবা থমোইনা পূক্তীংগী রা কোংদোক্লৈ, মীংকা মীংকা মীংচানৈ।

মীংয়েং অহু কাররম্মী, সরদানা লম্বেলদা কার থারগা ঐথোয়গী ইনাক্তা চঙশিন্নক্ল। ঐথোয়গী অনীনা মাবু ভরারা ওক্লুনা ফমহল্লে ঐনা হংই—“সারদা। মমুমগী পাউকা থঙ লকপরা মখোয় কনামত্তস্থ অসিদা লাকপা লৈতে।”

“ উম, নথোয়গী পাবুং ঐথোরদা লাক্হোই, পাবুংগা মথোয় অনিনা ওসি মুমিং কৈ হায়রহুনা নংবু তৌরুনবা থারকপনি।”

সারদাযনা হায়রকই। "মং হল্লো ঐ চংলবোই" মাগী পুল্লোং খোরম্মী। "ফবে লৈহৌরো, অছুদি ঐ চংখ্ৰগে।" কেৎ হাইদোক্লুনা চংপা হৌখরে। চায়না চংখ্ৰবোই নীংছুনা সুসিলানা মখুৎ পায়ছুনা থায়্লুরে। ঐনা চওশিন্দুনা মনা লৈয়গা হায়— "তাওশিন্নখোদনা মীনা ফাগি তৌরগা।"

ঐহাক য়ুমদা হল্লগী খোয়াং লোইশিল্লে। থওনা চায়বা তাক্লশিং অমদি সুসিলা, সারদাপা লোয়ননা টি পার্টি তৌবমু লোইখ্রে। সুসিলাগী মায়থোংদা ফোংওমত্রবা য়াহৈ লিশিং লিশিংগী মম্রি তারি। মহাক্কী মমখোং লোৎনবা কন্না হোৎনৈ ঐ থওই মাগী মীৎলুদা পীয়াংনা থিংওমদনা চেম্লক্লে। ঐনা মাগী মনাক্তা চওশিন্নছুনা লোম হায় "সুসিলা নংবু কাউথোকপা হায়বসি ওইবোক্লবনি। নংনা পাক চাউবা পৃথিবী আসিদা উথিদনবা লোৎনবসু ঐগী নিংশিংবগী মশেকনা, পৃথিবি অসিবু পীক্লবা লৈতুমগুয়া থন্দুনা নংবু থিরকখিগনি।"

অমুক হন্না সুসিলাদগী পাউথুম ফংখিদ্রে। মশা অদো থন্নাদা লকপা ইশিংগুন্না তনিক তনিকই, মখুৎতমক লোন্নছুনা কায়নবগী থুদম তৌরকই ঐনা মাবু অসিগুম্বা মতম অসিদা থম্মোই লেম্না কমুক্তং কান্নংলুই, ওমখিদ্রে নীংবা কায়নবা থম্মোই অদি পুনা ঐহাক সারদাগী পাড়ীদা তোংলক্লে। পীয়াংনা শক্লবা মীংয়েংনা মানা য়েংলকখি মীৎকুপ্পুনা। ঐনসু য়েংখি মাবু চেম্লিবা গাড়ীদগী মীৎসি চেন্দুপ পীক্লিকাওবা। ঐগী য়াখলদা সারদা অমদি, সুসিলা অনিগী চাংদম্নবা অমা কাওরকই—"শিক্লবা পুন্সিগী য়ায়বা তাংকমদা ঐনা সারদাবুদি লাইনা কাউবা

ওমখি। অচ্চবু নৌনা শকথঙবী মানদি অনৌবা থল্লাই ফগ্না পীনখি। থল ওমগে হোৎনরুই অচ্চবু ওমখিদ্রে। কনানা হেল্লোবা মুংশিবগী মমল ?" অতিয়াগুম চাংজো নাইরবা মুংশিবগী কন্না শকক্তা ঐন থগ ওমগে হোৎনরবা।

য়েংন য়েংন স্নুসিলানা লেপহোবা স্যানিটোরিয়মদু য়েকপ্লুক চাউরখদগী মীৎয়েংগী মাংমদা মাঙখে।

১৯৬৯ কালেন তৃতীয়া।



# মীৎকপ থোকপা

মাহো থর থেঙ:দাকথরবী মো অনৌবাগী মীপাইবীবি মীৎকপ মথোক অদো নত্তে। অহিং হোৎনরুকে থল্লগা নোং-ঙাল্লমদাইদা হোগৎপা। পরিক্ষা নকপাগী ছাত্রশিংগী মীকপ মথোক্তুন্না নংত্তে। মতম লেম্লবগীদমক পুম্নমখৈ তুম্লুরবা কাত-কশিংগী মৈবুলগুম্ব মমিৎনা ঙাম্ফোরকপা মীৎকপ মথোক অচ্চগন্নু মাল্লগ্রি। থর হেক মাল্লরিবা হাথববু ফৌ-চেং মামা হাপ্পা

যণ-লোক য়াম্না লোইবতনা মুংঙাইবনি হায়না খল্লবা লরাইগী লৌমীনা সহরগী বাবু ভায়াশিংনা জীব কারদা অচোবা দলাল-শিংদা লেপ্পীবা পুলিবু উক্নরগা হেয়া! ঐগীসু ইচা ইস্থ বাবু ওইনবা লাইরিক তমহনপেদহৈ হায়দুনা খল্লকপা য়াখলগী মীৎকপ মথোক অত্থগদি থরগীমথৈ মাগৈ।

জেনেরেল হোস্পিটালগী মেন বার্ড অমদনি। চৌঙমো অহন অমথক অনা লোইশংগী ফমুং অমদা হীপ্পবগী মফম কংলহুনা চঙলকখি। খ্বাঙদা পীক্লবা উফুল মচুগী কম্ফোটি মানবা ওবোং অমনা নঁওগ্রী শেৎপা। ফুরিৎ লিত্তবা থবাক্তা উচেক মত্থু অমস্থুং কৈময়াগী লীক অমা শি। অঙৌবগা অমুবগনা লাংলবা ঈশিংগা শোক্লবা য়াদবদগী খে থাংলবা ওবোং অমনা লেংবান্দ য়াল্লি। অয়াংবা ওবোং থাউ অমত্ম মবুক পীকথনবমথৈ হানজিল্লহুনা মঙক্তা য়াল্লি লেংপাক নৈবা খোইবাক শারবা মশমক্থ ফাগত্তুনা ক্ষিমু মচা অমনা ,কায়েৎ য়েৎপা। নাত্তোন শুমাংগী হায়থখিবা মাকল নাকন্দা অয়াংবা কোই থরনা থদাংদা হায়থহুনা হৌবা মনা অনিগী মথা থংবা শরুক্তু তজ্খাই ফাওবা হুৎলগা শ্নক কোম্বোং মূক চাউবা লুপাগী নারাউবী অমমম হুকই। কোয়েত্তগী হেন্দোরকপা শমজোয় অমস্থুং থদাংগী কোইশিংনা উঙলিবা পজ্খাগী মুংশত্তা কোইপাই পাইহুনা শান্নবা মরেক কারবা হাওবনি। মশা মউ কৈ। ঈরুজদবনা মুনং তোরবা মশা অত্থু বাউথাংনৈ। চহী হুন্নী তানথংলক্লীবা ক্ষিতরি।

মহাক্না চণ্ডসক্নীবা মফম অসি ডাঃ কহিদাশ শর্ম্মগী বার্ডনি। ডাঃ শর্ম্মাদি ম্নাম্ন মপুকচেল চাউবা, দেস সেবাদা পুক্নীং লুপচবা মীনি। মীওইবগী মরক্তা খেৎনহল্লিবা অমস্তুং খেৎনরিবা অসি নহাক্না য়েংবা ওমদে। শোত্খবা লৈহৌদনা মী খুদিংমক চপ মান্নবা চাউখৎপগী কস্বেন্দ। চৎশিনমিন্নরগা খোঙথাং থুজিনগনি হায়বসি মহাক্নী অশানি।

লাপীক্তা হাওবা অহুগী মশম, মকোইনচিংবা শেংনা কোকথোকপিরে। হাওবা অহক্নুদি নামুংবা থবক তৌবিরে হায়রুনা কপ্পনে লাউবনে তৌত্নুনা ম্নাম্না মাজদে। অতুবু ডাঃ না করম্বা অনী'বা লৈবনো নমত্নুনা কোকথোকপীরে। লাইঙং খওনবা চায়েং কয়ামরুম তোত্নুনা খওদাক্রে—চাকশাউগী অনাবনি, অতুক শক্ল ফিভম শাকচিনবদি নক্লি। ডাওরনা হংই—"ইপাগী মিং কারি কৌই?"

"সুচুং কৌরে"

"কার খুন্দগীনো?"

"বাইনেম খুঙ্ত লৈপনে।"

"খুনগী করিওইরি?"

"খুল্লাকপা ওইপনে বাবো।"

"করে, নংগী অনানসি খোইন অকবা নত্তে; নখোয়না চিঙ্গাক ফত্তবা চাক থকপা. থবক কা হেন্ন ওবদগী ওইবনি। সিদা লৈবদি মোৎন লৈব হাদে, হৌজিকমক শেংন ইকজখোকদবনি।'' অসি হায়রক্নুনা ডাঃ শর্ম্মা'না নর্স অমা কৌরগা সুচুংবু ইকজকমদা পুহনখরে। নস না সাবুন নোইহন্দুনা ম্নাম্না শেংনা

ইরুজখোকহল্লে। মথংদা শেংনা স্নদোক্লবা অনাবগী পোষাক অহু হোংদোকপীরে। শমজেং হাংপিরে মুংশেল য়েংহল্লে। স্নচুং মশা মত্তোমতবু মশক খঙজরে। শাবীনা শকফম হোংলগা উবদা মত্তোমত কপচরক্র। হোস্পিটালগী পশোংমুক ত্তোরবা কমুং মথক্তা হাওবা খুল্লাকপহু নীংখিনা .পাখাহল্লে। মহাক মত্তোমতা থল্লকখি—"ঐ মঙ মঙলবনি নত্রবদি ঐনা ত্তোরিবা পুন্নমকসি মঙ মত্তে হায়গদবা মডাই। ডাক্তর বাবুহু অমুক চঙলক্লুনা হায়ররে— "ইপা। নংগী লায়েংব হৌগদোরবনি। হৌজিক লুপা কুন্দং হাম্ন পীখো নংগী ফিদাক লৈনবা।" "দৈয়ে বাবো।" স্নচুংনা লুপা কুনথক লৌথেক্লুন ডা. দাপী ডাক্তর বাবু থোকখরে। পুংখায় অমরোম লৌখেলুনস অমা চঙলক্লুনা হীদাক লাক্লী অমা গুলি খর অসিদা নত্তনা ঈক্লজনবা হকচাং সাবুল, কোই-কোক থাং থাউ মনম মুংশিবা শমজেং মুংশেন য়া শেংনবা ব্রুশ, পেষ্ট, ইনামেণ্টকী পুখম তোঙ্গাৎ হল্লাই কেনাংনচিংবা নোংমগী চঙগদবা পোৎ পুন্নমক লৈরক্লুনা খুল্লাকপগী লুখুম কম্মাংদা থাম্নিবা ষ্টীন টেবল মচা অতুগী মথক্তা থম্নরে। খুল্লাকপনা ওক্লহুনা হংই—"অসিডি করিকানো ইচা মুপী।"

"ইপানা মুমিং খুদিংগী শিজিন্ননবনি।"

"এঃ ঐডি কতাইতগী হৈকনি মসিত্তী।"

"হৈনবা ঐনা তশ্বীগনি।"

লৈরক্লিবা হীদাক অতুগী চাং খর ওল্লগা স্নচুংদা পীখক্লে। মথং মথং অনাবা খর য়েংলম্নগা থোকখরে। স্নচুংগী অনাবসি

হৌপৎ-কাংখৎপা ওয়দবা ওশোনবা অনাবদি নত্তরি। নোং হেক ত্তানবগা মহাকপু শেন্নবা নর্স অহ হেক্তা লাকই। ঙচুংদি কমুংদা মমৈ মকোক ওষ্টোক্লহুনা নাখোক্তুনা তুম্লম্মী। করি-ওয়া নুমিত্তনা মোন থাওদনা তুম্লম্মী। নর্সনা মথম তৌগদবা নত্তে হায়হুনা অচুম্বা মওংহু ভাকপিরবদা হায়রকই "নখোয়কী মওংসি হৈনতেদা ইচা।"

য়াকৌবগা য়াম্থিন ক্রুসনা য়া শেংদোকহল্লি অশেংবা ঈশিঙ্গো মচিন মথা মমায় মমিৎ শেংদোকপা তম্বী। মহু লোইয়গা য়াং শেল য়েংহুনা শয়জং হাংপা তম্বী পুং নিপাল মথাই তাবদা অকবা চাক-য়েঙ্গ্বাং যজেংম্রচিংবা পীজে। নুমিৎ হুয়াগী ময়ক্তা অমুমুক ঈরুজহন্দুনা ফনাং তোংবা শমজেং মীংশেল শিজিন্নবা, কোইকোকপ খুদিংমক চাং নাইনা নর্সতুনা তাকপী তম্বী। তাক্তর শর্মানা চঙলকপ খুদিংগী খুল্লাকপগী লাইওং কুপ্ন য়েংশিনবীহুনা লোয়নবী নর্সতা নীংথিনা শিমৈ। মহাক্লা লাংজবা থৌশিল পুন্নমক্তু উরুয়গা খোইরুম তৌবহুনা খোকথি। অনাম্বা খুদিং মকপু মবুক্লীং পেন্নবা য়েংবীরম্লগা অমুক য়ার্ডতু থাংদোক্লম্মী।

য়াইনেম খুল্লাকপগী অসিগুম্বা অনৌবা হুমিৎশিংগী থা মথায় অমা হৌথরে। অনাবশী চাংন্থ থয় হেন্ন কপংসকথি। হৌজিক্তি নর্সনা তম্বীঅশ্ন খুদিংমক হৈহনিংবা য়াওনা হৈনরে। করিগুম্বা হুমিত্তম্ন মশম মনা শেংনা হাতোক্তুনা মীংশেল য়েংলগা নোক-কেং তৌন ইশৈ ওংলম্নুম্ন চঙলকপা নর্সশিংনা থেংনরে। মখোয়না নুচুংগী মরমদা তাঃ শর্মাদা তক্তনা পাউ পীবিরম্মি। নুচুংগী

পুন্সিদ অহোংবা ওমা কাওরক্লে। অমিবা পুম্মক কাউখিল্লুনা অনৌবদা অমুম অমুম হৈনরক্লে। অমুমা যৌখিবনা থা অনি কাপদবা হুম্মিৎ থরনিতা য়াৎলি। নোংমদি ডাঃ সুহিদাদ শর্ম্মনা মনাক্তা কৌশিন্দুনা হায়রি—“ইপা খুল্লাকপা নংগী অনাবসি য়াম্না নীংথিনা ফরবনি। হৌজিক নহাক য়ুমদা হনবা য়ারগনি। অদুবু নংগা য়ারি থর শাপদবা লৈ নোংম নির্নিদ নহাক ঐগী য়ুমদা লৈবা তাই। করে হৌজিক ইপাগী খুড় লুপা কয়াদি লৈরি।

“লুপা চহুমতংদি খুত্তা লৈবীরে। পুম্মক যাবোতা কৎকনিয়ে।” সুচুংনা পুকচেল ত্তিংনা থুমকই।

“লুপা চনিদমক লোগে; অদুগা ওসিদগী ঐগী য়ুমদা লৈ-রুখিসি সুচুংনা হয়াও হয়াও লুপা চনিথক থিদোক্তুনা ডাক্তর শর্ম্মদা পীরে। ডাক্তর শর্ম্মনা লুপা কুনথক থাইদোক্লগা সুচুংগী সেবা তৌবিখিবী নস অদুদা পীবিখরে।

ছুটিগী মতম কংলদুনা খুল্লাকপগা লোয়ননা কার থোদ্দুনা চৎখরে। ইস্কাল সহরগী কি য়োনকম দুকান মমাঙদা পাড়ৌদু থাম্নগা দুকান্দগী থোঙগ্রাওকি অমা ফুরিৎ কি অমা টুপী অমগা লৈরকলে। কি তুকম দুকান অমদমুক চঙদুনা সুচুংগী নাপ লৌরগা তুহল্লম্মে। মথংদা থোঙউপ য়োনফমদগী সুচুংগী অচাবা থোঙউপ বুট অমসু লৈবীরগা ময়ুম্ম্লাএদা থোরক্লুনা থুংলুরে।

ডাক্তর সাহেবকীওয়া চঙখোনবা য়ুমদি সুচুংগী পুন্সিদা অনুক্তবু উখিজি। দলান মথোল মথোল, জীপ, কার, বীজলি

থাউমৈ, হৈকোল লৈকোন ; মীনাই মুপী মুপা পুম্নমক থুম্নাকপনা মমিং কুপ্তমখৈ কোয়েং য়েংই । ডাঃ শর্ম্মনা তক্ক তরবা কা অমা পীহুনা স্নচুংবু লৈহল্লে । য়েয়ার অমমমদা কমথনরম্নহুনা চা থকমিন্নৈ । স্নচুংনা হায়রকই ।

—"ডাঃ সাহেবখোয়গী চাসিদি য়াম্না থুম্মিনা করি থাকপনো ?"

"চিনো থাকপননি, নখোয়গীদি করম তৌই ?"

"এঃ ঐখোয়কীতি চা মনাতমক কুংলগা থকপনে, য়াম্ন চম্ম ।"

"ইপাঃ রাইনের খুন্দো ইস্কালগী কদোমদা লৈ কয়াম থাম্নী ।"

"কৈনৌ কী মনীংতা লৈপা চীখোঙ ওইতক লৈপা বুংডে—খুনকী ওরাংমক্তা লৈপনে, সিতকী কয়া থাপ্পনো ঐস্নু খঙদে ।"

"ইপাকী খুন্দো যুম কয়ামুক তাই ।"

"কুস্থামরুম তাকনিয়ে ।"

"অঙাংসিংগী লাইরিক তম্ফমদি লৈতবরা ?"

"লৈতে, বুংতেদদি লৈপীয়ে, ঐখোয়গী খুনকী অঙাংতি লাইরিকস্ন তম্পীতে ।"

"ইপাগীতি নচা কয়া লৈরি ?"

"নিপা অনিকা নুপী অমকা লৈএ, মখোয় লোইনমক মমুম পাল্লে, মখোঙতৌ থবক য়াম্না কনবনিনা ঐগী নাক্তম্নু লাকপা ওমতবনি । হৌজিক্তি পাম য়ানব মতমস্নুনে ।"

"ইপাদি খুনগী লুচিংবনিনা য়াম্না শিংবা মী অমা ওইহল্লনিংই । নহাক্কী প্রস্তাবু নীংথিনা লমাজংবা ওম্নবা । অহানবদা অঙাংশিংগী স্কুল অমা শাবীনবা তৌ । হৌজিক্তি মী থুমিনমক লাইরিক হৈত্রবদি হিংবা য়াম্ন লুমরবনি । ইথান লাইরিক হৈবা

ওইরম্লবদি হৌজিক তলব য়াম্না চাহনা অচোবা মী ওইরমগদবা নত্রদো। অহুনা ফুংদা নচা নগুনা মুংঙাইহৌনব শিংহৌনবা কাইরিক ওমহল্লু। থবক স্নুবশু লাইরিক হৈত্রবদি লৌশিং ৱাংপনা য়াম্না ৱাগনি। নখোয়গী খুনগী শেমগৎ শাগৎনবগী-দমক্তা সরকারদগী মতেংশু য়াম্ন লৌবা য়াগনি। মথংদা খুনগী মী খুদিংমক মশা কহল্লবা হোৎনৌ। হকচাং ফত্রবদি থবক অমত্তা পাঙথাকপা ঙমদব'ন। নহারোল্ববু ৱারিবমথৈ মশা কহনগদবনি ৱাইনম খুনগাদি শাম্লবুং লৈতবরা?

"লৈতে ৱাবো বুতে চিক্ককীদি শেমথরে।"

"অহুনি মখোয়গী খুল্লী লাইরিক লাইশু হৈবা মী লৈবনিনা মহু পুম্নমক থগিবনি। অহনা নহারোন মশা ফহনগে হ্যুর-বদি ফুটবোল, কাংজেই, মুক্না চেনবা চোংবশু স্কুল তম্না ঙম্না নোংমাইজিং খুদিংগী শাম্লহনগদবনি। থবক স্নুবা মতমদস্থ নীং-থিনা চাং নাইবন স্নুহনগদবনি। ৱারিবমথৈ মতম মাঙহনবগী মহক্তা মতম্নু কুপ্প শিক্তিম্নগদবনি। পুন্সিগী ঙরোইবা মতম লাকলবদা লুপ' ক্রে'র কয়া পাইনা মীৎকুপ অমত্তং চোম্লনবা মতম লৈবা য বা নগে। অম্নুক মমল য়ামথবা মতম্নু লেম্না মাঙহনবা হাম্লবসি য়াম্না অরানবা থবক্নী।' ৱাইনেম খুল্লাকপনা পুক্লাং চঙনা ঙাবশী।

মুমিৎ অহুমা হৌথরে। মথং মুমিৎকী পুং ১০ রোম ঙাবদা ডাঃ সাহেবশু ওফিস কাগদবগী শেম-শাবিতৌদা খুল্লাক-থনা চঙলক্লুনা তম্মৈ—"ডাক্তর বাবুথোম্নকী চাক মেহাং য়াম্না

হাউপিথরে, ঐতি য়াম্না চাপীথরে। যদোমমু য়াম কৈঐ।"

"থোংবা থাকপগী মওংননি ইপা। মা অমমু হায়গে মুম্ন তাউ! ন'থার চৌওমীদি চহি মরিফু গুনা পুন্সিবা ইম্নাও য়াওদে মপি করিননো থওত্রা ?"

"থওতেংবা বাবো, করিনা ওইপিবনো ?"

"নংখোযনা ফত্তবা চিঞ্জাক চাবননি, অঙাম্বা চৌওমিনা শা-শল অপি-অনাব য়াম্ন চাই মোরোক শা- চাই, মু কা লেম্ন থকই, তোই-া ইক্লজদবনা হকচাং মোংলি। শা-শল ওক য়েন্নচিংনবগী শঙোল তোংগুলনা থমদবদগী য়াম্না মোংপনা মুংশিং মুংশা শেংহনদে। ফম্ব হৌদিশিং অদুদগী মহিক মত্তাং কয়া পোক্লক্নুনা অনাবা কয়া ওইরক্লিবনি। মীওইবনা নান্নিবা পুম্ন-মক অপি অমোংপদগী পোক্লকপা মহিকশিং অদুনা হকচাং মমুংবা চডথ্রগা ঈ-তোংশিং অপি চাথোক্লুনা অনাবা পোকহন্নিবনি। ইপানা নারম্বদুদি মু ম্নাম্না থকলকপদগী চাউথাউ শোকপনি। মক্তুংদদি ফত্তবা চিঞ্জাক চাথকপা য়াদেকো। অচম্বা মনা মশিং ওইরবমু থোংবা হৈনা থোংলবনি হেক্ত্রা হ'শবনি। মন্ হাত্তুনা চাবী মহুত্তা থবক শিজন্নৌ, মঙোম নীংথিনা চাই.........।"

নীপা অমা চঙলক্লুনা ডাঃ সাহেংতা 'নমস্ত ডঃ সাহেব, সাহেবনা ভাকপিবা পোং খুদিংমক পুজরক্লে।" অসি হায়রক্লুনা ফুরিং থোঙাগ্রাও অহনবা জুবা অমা, খোওটপ বুট জুবা অমা সাইকল অমনবা অমগা মশক উংলবে। ডাঃ সাহেবনা পোং শিংজমা থিমগমা হাংবকই—" লৈরিবা পে শিংশি ইপাগী ভাক নি,

অহুক শেংচিনলু য়েংশি ।"

ঙুচুংনা ইঙক ংক্লা হায়রকই—"এঃ বাবো লুপা অম্বুক চঙনা কতাইতকী বাবোনা.........?"

"চীংনগম্বু, ইপানা পীবা লুপা অহুনা লৈবনি ।"

"হুং ঙম্মোইএ বাবো মতুংতি বাপোতা কৎখ্রবনে ।"

"ঐগীবু'দ ইপানা পীব্রবস্থু মচুগীদমক্তা সরকারনা তলব অম্বুক য়ায়া পীবীরিবসিনিদনা ।"

কি-রোলশিংহু ঙুচু'বু ংমহুনা শেংচিনহল্লগা হায়রকই—"য়েংউ কয়াদা ফজখ্রবনো ? হায়া লাকপগী ফিজেত্তুগা খিনা খেনজ্রা ? অমোৎপা ফিসিদি লাইন পোক্লবা মহিক য়াম্ন লৈবনি মতুংদা লু হেন্না শিজিন্নগদবনি । ঐনা লৈহল্লক্লীবা পোৎশিং অসি ইপাবু য়াম্না কেহল্লিংহুনা তৌব মস্তে । অনৌবা ফজবা লুংঙাইবা মথলগী সংসার অসি খরদং ওইরবস্থু খঙলগা নংগী খুলগী প্রজাদা তম্বীরুবা পাম্মী । ঐ-খ'য়গী ইরৈপাক অসি চাউ-খৎহনগে হায়রবদি চীং-তম খায়দগী মী খুদিংমক ইরৈবাকী মতীক চাবা মী অমমম ওইনবা হোৎনদবা য়াদ । অদুনি ইপা নংস্থু নংনা তম্বা নংগী প্রজাবু অফবা লম্বীদা লমজিংনবা হোৎনৌ ।

ঙুচুংনা ভোকম খঙরহুনা ডাক্তর বাবুদা শাংল্লোং শাংন খুকয়গা হায়রকই—"বাবে, নংতি ঐকী লাইনে ।"

"হোৌনদে ইপা নংদি ইপাগুম্বনি । সেঃ নৈরক্লীবা সাই-কল অসি ইপাগীনি তোংবা তম্নস্থু ঐ ওফিস চংলুখিগে ।" পোৎ

ডাঃ শর্ম্মা কার থোদোকখরে।

মুহিং নিনিগী মঙ্গংদা সুচুং সাইকল থোবা নীংথিনা হৈরে। মহাক্না ডাক্তরগী মুংদা লৈরিঙৈগী মমুংদা ডাঃ শর্ম্মানা মতম অহাংবদা মীতিং ফাতিং, শেমগংশাগংফম, শাম-খোংনবা সহরগী ইরাং ফমাং কয়াসু য়েংহনবীথি। হুম্মী সুবগী অয়ুক্তা মফী মরোল তনান তানান শেংহনবীবে। মান হাম্ম পূজরকপা মফি মরোলশিংহু ইয়র বেগ অমদা নীংথীনা হাপচিনবীরহুনা ডাক্তর শর্ম্মানা হায়রকই —"ইপা নহাক হৌজিক নংগী সাইকলসি তোংহুনা নয়ুমদা হল্লো নহাক ভগ্নিবমখৈদি গাড্ডিসি তোংহুনা ঐগীদা হেক হেক লাক্লুনা নখোয় খুলগী পাউ পীরলাউ।"

"ডাক্তর বাবো নংনা ঐকীদমক য়াম্মা তৌপীরে। ঐতি নংগীদমক করিস্থ তৌরমদ্রে। ঐন বাবুবু পুজিকী কাউরোইকো বাবোনা হায়পা পূম্পাস্থ ঐ পাঙবেকো।"

"ফরে ফরে ইশানা খুংগী য়াইফনবা হোংনদা অহুনা ঐগী লমল শিংব শক্লসনু চংলো চংলো।"

ডাক্তরনা বীদাই পীরবদা মাইনেম খুল্লাকপা কপ্প-কপ্প খোকখরে। ডাক্তরনা মোমোন নোক্লুনা য়েংহৌই। মপুক্কীংদা খল্লকথি—"জাতি কয়ানা লমথুংফম য়োনখরে; জাতি কয়ানা তুম্বদগী মীকপ যাও থোক্তরি। মখোয় অসিনা মুংঙাইববু মপক খঙদবদগী মান পুজি লেল্লিবনি।"

সুচুংনা মাগী মখুল য়োব মতমদদি কনামত্তনা মাবু মপক

মাবু উরগা খোংলক্লে। করম্নস্থ তম্নাইনা খঙবা ঙমগনি। কি মচেৎ শেক্তুনা মশম মনা মকোইনা লৈতেংতুনা লায়েংবা চৎখৎপা হুম্নকপদদি লাহেব অমগী মশক লৌদুনা হুক্লে। ফীমু ফীমল, মকোই-মরাংগী মহুক্তা ফজংবা ফুরিং খোঙগ্রাও, খোঙউপ সাই-কল; মশক মাল্লবস্থ ওইথোকপা য়াব থবক্তি নত্রবনিনা মাগী মুপীমরুম্বাও মাবু বৌব ঙমখিদ্রে। অদুবু অঙকপা অহু কুইথনা ওইখিদ্রে মথং মথং খঙনরক্লতুনা অঙকপা শকক্ষম অসি করম্না ওইরক্লীবনো হায়বগী বাহং কম্নামরুম্না মথক্তা নাং ওইনা চুথরকলে। খুল্লাকপন নীংথিনা পাউখুম পীদুনা খঙহনবী।

ব্রাইনেম খুল্লাকপনা মহাক্কী খুঙংবু মখল মখলগী চাউখৎ থৌরমগী প্রচার তৌবা হৌরকলে। খুঙ্গাশিংনা হান্ন মাবু নীংলমদগী হৌজিক্তি শরূক চাম হেন্ন নীংনখরে। মথোয় খুদিংমক চপ মান্নবা খুঙংগী শেমগৎ শাগৎপদা পুক্লীং থিংজিম্নরকলে তপ্ন তপ্ন খুঙং অহু চাউখৎপগী লম্বেন্দা অম্নম অংম চঙশিল্লকলম্মী।

খুল্লাকপনা ডাক্তর সাহেবকী মনাক্ত চৎলুবা খুদিংগী পাল, মাইরেল, মঙ্গা, আলু কোম্নানচিংবা মপোৎ মপোৎ থনম্মী। ডাঃ শর্ম্মনা মক্তুংদা পুরকতনবা কয়া হাইজে অদুবু মানা খুম্নরই— "ডাঃ বাবুকী লমথিত ঐনা মপোক কয়াদা পোকতুনরু শিংবা ঙমকদবা নত্তেকো আতুকা ঐগী খুনচানস্থ নংকী লমল তৌনথনি হায়রে।" খুল্লাকপনা মাগী খুঙংগী শেমগৎ শাগৎপগী পাউ কম্নাস্থ তমজরম্মী। ডাঃ শর্ম্মনস্থ সরকারদগী মতেং লৌথোক লৌশিনগী যুরমদস্থ মতেং কয়া পাংখিবথি।

পুন্সি খোঙলম্বাদা চহী মঙাগী মতম চত্তশিনখরে। নোংম-দি ডাঃ শর্ম্মাদা পাউ অমা থুংলরে—" বাইনেম খুল্লাকপগী পুন্সি মৈরা মুৎলমদাইদা ডাক্তর সাহেবপু অমুক্তং উজহোবা পাম্মী। বাইনেম খুনগী অনৌবা শক্তম্বু অমুক্তং মীৎয়েং তাবীয়......।" ডাক্তর শর্ম্মানা মাগী মুপীগা লোইমনা খুংলুবা মতমদদি ওয়োক্লা ওক্লবা মতৌ অমদা মখোয়বু ওক্লম্লে। খুনগী পম্বোংমক্তদা "Well Come Dr. Ruhidash Sharma" হায়না থাত্না গেট অমা নীংথিনা শেম্লম্মী। যাম্না নীংথিনা লৈতেংলবা স্কুল অমসু লৈরম্লে। ডাক্তরনা খুঙ্গা ক্ষমনিপা লোয়নবা খুল্লাকপগী নাক্তা থুংলুবা মতমদদি মহাক্কী অয়োইবা মতম নক্ল লৈরম্লে।

মহাক্না মখুৎ লোন্নরত্না মমিত্তা মপীনা লৈতেংলত্না হায়-রকই—"ডাক্তর বাবু নংগী লমলা শিংলমডনা ঐ চৎপ তারে। মহাক্না ঐগী খুঙ্গংপু য়েংপীরম্মু] ঐনা নংনা তাকপীপ পুম্বা গুন পাওলমকে তৌপপু অশিপনা কৌপনা ওয়মত্রে। নংনা ঐগী ইচা-ইনাওাশংবুসু ঐগুম্না মীৎকপ্ত য়েংকহনপীয়ো মখোয় খুদিংমক লোইন তুম্নীপনে.........।" খুল্লাকপা মথা তানা ওাঙবা ওমখিত্রে ওপ্ন তপ্ন মমিৎ উইশিনখরে; মাগী খুঙ্গংবু তুংওইনরম্লে।

ডাক্তর রুহিদাস শর্ম্মানা মাগী হোৌনবা সংস্কার পুম্বা য়াওবী-রম্লে। খুল্লাকপগী হুমাংগম্না লিপ্তৎচরবা স্কুল অমুদা খুঙ্গাশিংবু কৌশিল্লগা জাতিগী য়াকাইয়োল কয়াম্ব তম্বীরম্লে। তশেংনমক ডাক্তর শর্ম্মানা চাঙ্গী খুঙ্গং অসিবু উন্নিতৈগীদা পুক্নীংনা লাকশিল্লব শক্তম অহুদগীদি হেন য়াইফরবা খুঙ্গং ওইরম্লে।

তাং ১০।১২।৬৯ ইং

# মল্লবা লাইশং

"চেক্লা পাইথরবনা
পোম্বী হঙ্গিল্লকপদা
চেক্লাগী কাইদোংথম
খঙদবনা পোম্বী কণ্ডাউনরেদো
শাবী ইনেমগা.. ............।"

সহরগী পুন্সিনা খুঙংগী পুন্সিবু হন্থনা য়েংই, খুঙংগী পুন্সিনা সহরগী পুন্সিবু কল্লকপস্থ লৈতে। মীওইবগী অপাম্বা থেংনবা মতুং ইন্না লমচংস্থ খেংনৈ। অচৌবা সহরসিদা খুৎশেমগী কজবা হৱাও কুশ্মৈ, নিল-থোংবা সিনেমা ড্রামা, জগোই ঈশৈ তৎকপা মীয়েংগী শাথেক অহু লৱাই লমদা উবা ফংদে। অহবু লৱাই লমগী মহৌশাগী ফজবা, অচৌকপা ঈচেলগী ঈফুংকী, তুংশিবা চেক্লাগী শৈহেক্কী সুর, বসন্ত লৈরাংগী, শক্তি মচা, সম্নাও মচাগী নীংথিরবা জগোই, লৱাই লৈশাবীগী অতম্বা মীৎয়েং অহু সহরগী লমদমদা উবা ফংবদি নত্তে। সহরগী বাবুশিংগী হৈনোজোম মুখালদা মুংঙাইবা লৌমীগী অচম্বা পুন্সি অপাম্বা রাখলগী তুংইনবা মত্তনা চাংদম্লবা ওমদে।

নীংথিবা পোলদা মীনা চোংঙা তেনৱাবু য়োকই মথোন্না থামজবা সুরনা পুন্দুনা থম্মী। অতোম্পগী য়েংদবা মশাগী মুংঙাইনবগীদমক্তনি। অতৈ থক্কনদি তোঙে নীংথিরবা অঙাও

অথুম্বা থম্লবা পোল অচুগী মথোঙ অচু অমুক্তং হাংদোক্লুরবদি হয়অমুক্ত য়েংলমদনা চেক্লাহনা নীংতম্বগী খোস্থোক্তা করিগী দমক্তা পাইখ্রিবা? মহোশাগী ওইজরকপা নীংতম্বা অচুগীদমক্তনি।

অচুঙবা বন্দী অচুগীদমক মপান সুরেশপু পোল্লকয় লম-দমগীমক অঙাং অমগী মুংঙাইবা মঙলান অদু কায়হনখি। সুরেশকী মপাদি সহরদ লৈবা, অচৌবা লম্‌চুমগী মপুনি। মমাদি লয়াই থীংঙোলনি, সুরেশনা পৌক্লিংঙৈদা থাইনরক্লুনা মমা-মচা মপাগদা লৈরকপনি। চহি ১০ রোম সুরকপদা মপানা সহরদা পুখ্রগা মহৈ-মশিং তম্হনবা অনৌবা সংসার অমবু শকথঙনহনখি।

মতম অমদা লয়াইগী উফুল তৈবা অঙাং, হৌজিক্ক সহরগী কে-মৌরবা পাখণ্ড। অঙাং ওইরিঙৈগী মঙ্গনবা থুদৈ শেং ঙাখোং ইন্দুবা পাঠশালা কারম্বগু নীংশিংবগী মতুঙ্তা মমল য়াম্রবা সুট-টাই, খোংউপ, সনা খুদোপ, ঘড়ী অসিনচিংবা শেং চাহনা স্কুটর তোংহনা কলেজ কাবদা পুক্কীং লুপখরে। য়াউশং কোইবা, দুর্গা পূজানচিংবদা পুক্কীং থিংজিনম্বা অচুক মহৈ-মশিং তম্বদা পুক্কীং চঙখরে। খুদংগী লৈপুং ফম্বগী মতুঙ্তা হৌজিক্কা রাজনিতিগী নৈনবা অচৌবা মীগী ফিদম, লাইব্রেরী চঙবা, মীটিং ফাতিংদা মথৌ চিঙরে। মুক্কা কাংজৈ শাম্বব কাউথিহনা ফুটবল হোকি, জিম্নাস্তিক্কা মশাগী পীথোক্লকপগুম হৈনরে। মমাংঙৈগী সুর বীনাগী মুংঙাইরবা খুদং অচু মঙলৈবাকুম কাউথোকখরে। মখম মতমনা সুরেশকী পুন্সিবু বয়ংগী মতৌব মথক ওথোকপীরবা

থীনাবা কদাইদা ! ঙ্গয়না কদাইদা............?

স্থরেশনা মপাগী মনাক্তা লৈরকপসি চহি তরারোম হায়-রক্লে। অহুনা হৌজিক চহি ২০ মপুংনি। মসিগী মরক্তা মমাগী মনাক্তা কয়ারকম্থ চংলুরে। মহৌশাগী খুদংচুদা, মাগী, কিন খুত্তুমগী মথাদা চাউরক্লবী, লাইথি কৈরম্বা মরুমগী থীনা শথিবু অয়ুক্কং য়েংলমদনা হন্নকপদী নত্তে। পোমশাংনবী থম্বাগুম্বা লম তাল্লবী থীনাশথিনি হায়রবসি মরাবগী মীৎয়েংদগী স্থরেশনা হেন্না মরেক লানা উরবনি। থীনাবু করিগুম্বদা মীৎয়েং মপা লাকউরবদি, মমল য়ান্নবা মফি মরোলশুবু চেকশিন্নি, মশাগী মমল শীদমক নাপল অমা কারকই। লীক্লা ফুরবা লৈকাগুম্বা পী-রোইনবা থীনাগী মায়থোং অহুবু উদ শিন্নহুনা চথোকখি। করি-গুম্বদনা তেন্নবা হাইহনা —"থীনা! কমদোরি, ঙংঙাইরিদনা!" মীকো অপিন; থীনাগী মতম কুইনদগী স্থরগীদমক্তা থীরাংগী লংলানা পুন্দুনা শেম্নকলবা হাইহেগী নাচোম! কয়াদা লায়ন লংথোকলম-হুনা চংখিরবা। থীনাগী অশাগী তার তংপা হৌরকলে, তত্তনা হুয় কায়রে। করিগুম্বা স্থর অহু মাঙখ্রবদি কমদোবা, থীনাগী পুন্সি কমদোবা।

নকশীতৈদা লাপ্প থনবা, লাপথ্রগনা নক্ল থনবা স্থরেশতগী ঙাইবা য়ুংশিবা নত্তে, মসে মীঙাইবগীনি। ঙসিগী অমুক হন্ন মহৌশাগী খুদংদা লাকলে অহুবু পৃকীতিগী পোং খুদিংমকনা নীংঙমদবা অমদি হংজোইবগী মীয়েংনা স্থরেশতা য়েংলকপগুম্ব তৌরি। সংহরগী বাবু অমগী মনীত্তা ঙসি করিগী মথি শিন্নহনবা

খুদংগী লৈরাং অমগী দমক্কুয়া, তার য়াওদনা মাওথ্রবী নীনাগী দং মক্কুয়া !!

সন্ধ্যা মতম ওইরকলে। সুমিৎ ময়ুম হেক চওখিবগা তুং তানবা নোংজাবীনা মালেমদা থোইদোক পুক্নীং হুবা মচু শংলকলে। থানিনগী থাজনা অমত্তবু তাখিগদবগী নোংপোকী চীং মরুমদগী হন্দোরকলে। সন্ধ্যাত্তিগী থোজেম্না অয়ামদগী অনকপদগী পীক-লবা খুদং অদু নিনবা হোৌরকলে। খুদংগী চিদাইদা লৈবা চীংদোং অমগী মথক্তা লৈরিবা হরি মন্দীর অদদগীনু "গোং-গাং, গোং–গাং, লাউনা শরীক মথোলম্না মালং উপোমদা মপুগী পাউ-জেল্লি। মন্দীর অদু ওন্না সুরেশনা চীংদোং অদু কাথৎলম্মী।

কান কান নীংশিংলকলে চহী তরাগী ময়াগদা মহাকপু মপানা ফাহুনা পুগদবগী থৌরাংলকলবদা বীমানা কয়াগী মতীক কপচখিবা। সুরেশসু বীনাবু থায়োইদবগী ওয়োইন কপ্‌খিবা। মহাক্না তোংলকপা অ:চনবা গাড়ীহুবু পীরাংনা শল্লবা মীৎয়েংবা মীৎকুপ্তনা য়েংহৌবা !!!

অদুবু পৃথীবি অসি য়াম্না পাক-চাউবগী মতীক শিন্নমন্নু য়ামই। নীংশিংবগী মৈচাক অমনা মীওইববু মতম কুইনা অরাব পীব ওমদে। লক্কাংলবা য়াথলশিংনা নীংশিংব অদু নোংমগী থর থর কাউহম্নুনা মমৈথংদা পুমকাউ কাউখিবকাও য়াওই। মতৌ অদুন্না সুবগী কাউওমত্রবা বীনাগী পোৎলুম অদু লাপথ্রবা তুংদদি নোংম-নোংমগী য়াংলকুনা মমৈথংদদি পুন্নি হায়ব কাওব কাউরুরবনি। সুরেশনা লাইশংগী সুবাং অদু য়৹রকথদা উরে–

নাকেন্থাগী অকনবা উনানা পুমচাই চাইনা তারি। মহৌশাগী হৈরাং লৈরাংনা মকম চান চান হৌরম্ব অদু উখিত্রে। তীঙ-খঙ পাম্বী কাম্বীরৈ, শগোলহিদাক, শীংউং শীংনাং পাম্বীশিংনা সুমাং থন্না হৌজিল্লম্লে। সুমাংগী অন্নাংথংবা চৌদাইদা লৈরিবা লাইশং অসি মমাংতগী নিংথৌ পাক্তিৈদা নিংথৌনা শারম্বনি হায়নৈ। মন্দীর অসিগী মণ্ডপদগী খঙবা নত্তনা মল্লবা মতৌ য়েংবত্তনদি মতম অমদা ওম্বে রু কত্তরমগনি হায়ব ভমত্রে। চেক্লী ককলাং অদু মপালগী অনানবা শক্তকশিংদু মচেৎ-মচেৎ কিন্থ-খিত্নবা ইশং কাশিল্লম্লে। মথক্তী চোংঙাবল মতোনশিংদা কম-শিংদা শিংউৎ-শীংনাং, তেরা পাইবি, বট পাম্বীনা মনিং তন্না হৌজিল্লম্লে।। মতম থরগী মতুংদদি মন্দীর অসি লৈপুং ওন-থিগদবগী মতৌনি। দারিপুখা ইকায় কাম্লে। বাই তৈবী-দবনা ইমুং মাঙোলদু কৈক্রককচেৎ ইশং কারে। শেম্বাং কাকথুম ময়োল থিলগৎলম্লে।

সুরেশনা লাইশং মতুংদা য়েংশিনখিবদা উরে অজ্ঞামচান ভগবানগী মুর্তিদা সন্ধ্যার্তি কৎলি। মহাক সুর বীনাগী অঙাং ওইরিতৈগী ময়াম্বা মবুং শকপা মরুপ্পী। হৌজিক্তি অজ্ঞামচা হাক্তবদা পক্তে, চহি ৫০ রামগী কিন্তমদা উরে। মন্দীর মতুং-শিদা পীথ্রাইনা শাব শ্রীনরসিংহ মুর্ত্তী অমা, অতৈ অতৈ দেব দেবী মুর্ত্তি থম লৈ। বাকম অসি সুরেশনা অঙাং ওইরিতৈদা ঐজ্ঞামচাদগী থঙখিবনি। পুম্নমক অসি উক্তরগা সুরেশনা কাম্ন-নগ্রবা চহি ১০ দু মতঙম্না কাউথম্নে। মহৌশাঙম্না মনাক্তা বীনাদু

কম্লিবোই নীংলি। খঙহৌদনা হায়কম খঙদবা মৈচাম্না অয়াব পীরকই। ময়োল খোঙবা পিরাংনা লাইশঙগী লৈমায়দা পোপ পোপ ভারি। আতি কংপা লোইরহুনা ঐজ্ঞামচানা ঈশ্বরদা ভক্তি বংলকই। সুরেশনা খোংবাদা মাল্লিবা শারক অহু অমুক অনিরক খীংলে ওস্লাইনা কপ্লহুনা ভগবানগী মাঙদা খুরুমজরি। লাই সেবা লোইরহুনা ঐজ্ঞামচানা লেমতন অমা শায়হুনা খোল্লক্লে। সুরেশপু উবমক্তদা চঙলুনা য়েংলকই, খঙলম্লহুনা হয়াওনা হৌন কৌরকই—"আয়! সুরেশ নহাক্তি ওহোক্ল থাজদনা.........।" খঙহৌদনা ঐজ্ঞামচা অবামাইথোং লাংশিন-খরে। নীংঙমদবা বায়োবনা থুম্মাংখিহুনা সুরেশপু অমুক চৈথবা হৌরক্লে।

সুরেশ নহাক্তি মী নত্তে, মীগী পুকচেল চেল্লরে। সহরগী ইরাংদা চুপখিহুনা মীসুংশি চাম্বহু খঙত্রবা। ও! নহাক্কী বাখলতনা শাংলবা চহী ১০ রোম অসি মমিত্তগী মপী কংদনা ইচল বীনাশখিনা.........।' ঐজ্ঞামচাদো হিক হিক কপরক্লে। মহাক্কী য়াহৈ খুদিংদা সুরেশকী মৈচাক হেনগংলি। মখা হায়-থরকই—"মংদি খঙলিয়োই হৌখিবা চাহ কয়া অসি বীনানা করম্না থাঙখিবা। মহাক হেক কায়নখিবা মতুং চহি অমনিহু চাগনি থকনি খঙদনা কপ্লুনত্তা লেনখি। করিগুম ময়াইবক ফবদগী চিঠী নত্রগা নপাউকা তাব ফংলবদি মাগী হুংঙাইজবদি ভমথৈ লৈতে। নখুত্তা য়োগনি য়ৌরাই খঙদনা চিঠি কয়াম ইহুনা লেপ্লি। হুমিং খুদিংগী মন্দীরসিদা লাক্তুনা বাইশিং

নীং থর ইংবৈ হায়। অদুবু হৌজিক্তি মন্দীর অসিগী শক্তম অসি অমুক শ্বেংউ। মতম অমদা নহাক্না উখিবদুমক মাল্লিবরা? ইচলদুনা হেকলৈখিদবদগী শকক্তম অসি ওইখ্রবনি। ওহোক-পনি সুরেশ পনবদা থম্মোই অসি কায়পদোই। মহাক্না থাজ য়োজবা মতম ওইরক্লবদা, মপুক্নৌংগী রা করিমত্তা খঙবিদনা নীপা অমদা পীনবা তৌখি। নীপা অদু চহি ৪০ রোম ওই-গনি, মরল লৈ, খুপা অমুক থিক্লদুনা মচা অনি লৈ। মুপীদি শিথরে হায়।

মথোঙ তুপ্লবা উপালদা থৌরিনা চিংথুবগুম মদুনা মহাক্না অনাব অদুম ওইথরে। মতম অদুদা নংবু অমুক্তং উজনিংদুনা চিঠি কয়া থাখিবনি, ফংলমগনি নীংই। এহাক ইশামকম্বু লাক্লবদুনি। সুরেশ! বীনাগী অরোইবা মতম ফাওবদা নংতবু শোনখি। অরোইবা মঙলান্দা নংবু উবা ফংজরমাল্লে—"সুরেশ! এবু থাদোকনু নতুং ইল্লকে" হায়খি। অদুদগীদি ঈশ্বরগী থুম্না-থাদা.........। ঈশ্বরগী থুনাথাদা.........। নহাকসু নীংশিংলিবরা য়েংলো লাউ।"

সুরেশপু মন্দিরগী মথুংদা পুশিল্লক্লুনা এজ্ঞামচান হায়রকই —"য়েংউ সুরেশ। ফক্লাংদা য়াল্লিবা অকংব বোকুল মপালগী পম্বেং অসি। অঙাং ওইরিঙৈগী লুহোংবি শায়বদা নংগী ভক-শমক্তদা হুকথ্রবনি হায়দুনা মহাক্না ওহোক্ল চেংন থমজরমখনি। য়েংউ! চেকপল মথক্তা লৈরিবা লাইথি লুবাক অদো ওসি ফাওবদা মকম লেঙদরি। থেংলি-। <u>কোটো</u> <u>মচা</u> <u>অসি মহাক্না</u>

মথোং কাখৎলকপা মতমদা নমখিবনি। মথুংমক্তা থেংলম্বনি।"

হীক হীক লাউবা খোনকমদা ঐজ্ঞামচানা সুরেশতা থিন্ন থিন্নচুনা তাকই। সুরেশনা পুম্নমক লৌখচুনা অমমমতা ওইনা মথং মথং য়েংলকই। কংলবা বোকুল পরেং অদু লৈনম য়াও- রিবগুম তৌরি। লুবাকন্নুংগী লাইথিবীশিংদু মওং তান তান ফীরুগ কায়দনা লৈরম্মী। অদুদগী বীনাগী কোটো অদু পায়- খত্তুনা সুরেশনা মীংকুপ্তুনা য়েংই। মরোল থোক্তবা মীংকী পিনা থিংবা লৈতনা সুরেশকী মথজাইদা চেম্বরক্নী।

ঐজ্ঞামচানা পোৎশিং অদু মফম চান চান অমুক থমগৎ- খরে। সুরেশপু মন্দীরগী মপাম্দা পুথোরক্নগা থোংগী শো লোল্লম্লগা য়ুমদা অমুক হল্লবা থেমজিল্লম্লগা চৎখরে। সুরেশতি মম্লনা শুঙ্কংলবগুমনা মপালগী সংসারবু কাউখরে। 'ঐহাকপু কনানো?' হায়রগী য়াখল লৈখত্রে। মহাক্কী আত্মানা মপাল থোকখিচুনা লাইরম্লেন্দা তিনথবী বীনাবু থিরিমাল্লে। অনু- তাপ্পা মৈচাক ফনা চাকখৎলক্লবা শকফম্নী।

পূর্ণিমাগী থাজনা মালেম্বু লুপা মহি চেনবগুম নীংথিহল্লি। তপ্পবা মালংনা উনারক্তা অশাংপা লৈরাং থিরি। অরাপ্পদা লৈরিবা অমুবা চীং পরেংশিংদা অঙোবা লৈচৌলশিংনা তা থেং- চুনা শায়জরি। থাবল ঈপোম হৌহন্দুনা চেক্লা হোঙাই অমোম অমথকন্নু তায় তায় থোংলকখি। অপীকপা চীংদোং অদুগী মথক্তম্নু মন্নবা লাইশং অদুনা ভোরোক তৌন লেপ্পি। লৌক্লা মুরবা লৈরাংশিংনা চীক্ল-লেম্ল লৈশাং তম্নী। সুরেশনা চহি

১০ গী মৰাংদা থোকপ্রবা স্নুর বীনাগী অসিগুম্বা অহিং অমা নিশিং-লক্লে। মাঙদা ওইনচাউবী বীনানা লঙনদুনা তুবং তুবং চেনবা হৌরক্লে। ভাওরবা স্নুরজিংনা বীনা বীনা হায়দুনা কোইন তাম্নরি। ফংবা ইঙম ঙমদে। কোনশিন্দুনা ফারবস্ হেক্তা নাম্বোকখি। অমুকহন্না তাম্নদুনা চীংচেপ্তা হায়থগদোরবী বীনাবু ফাগে থন্দুনা কম্ন চেনশিনখরে, মীৎকুপ অমগী মন্নুংদা স্নুরেশ-পুন্স্ উবা ফঙখিব্রে।

অন্নাব পুন্নমক অমগনি। অঙানবদ লাক্লবস্ অমম্বদা লোই-খিনি। ঙাস অহিংগী থোদোক্তো মল্লবা লাইশং নহায় থঙহোরে। ঙসিতগীস্ নত্তে স্নুর বীনাগী পুন্সি লিলাদি নংতনা থঙতি হৌ-রকপদগী। মতৌ অস্নুম্না মসিস্ থঙলকখিগনি মীতৌ তম্বনা হায়বা ইমাবু কাওথোক্নুনা মীগী মমা ফজবীবু ইমা ওইনিংলু-বদগী মীনাইশিংদ চল্লকলবা মতমদা অম্নুতাম চাকলকলবা দেশ বাশিশিংনা লৈথা তান মাঙখুবী অপোকপী মমা অমগী মীপুং-শিনা থল্লবা স্নুর কয়াগী হৌরকফম মধুর বীনা অদুবু থম্মোই কায়না থিরকপগী অন্নাবা দৃশ্য কয়া অদুস্—হে। ঈশ্বরগী মম্নুম ধর্ম্মগী লাইশং নংতনা শাক্ষী ওইরখিগনি, লেংব্রবা শাক্ষী।

কাঞ্চিপুর

তাং ২২।২।৬৯ ইং।

# লোক্তাক পাৎকী হিহোনবী

( ১ )

সনা য়ানবীগে হায়রক্তুনসু অনৌবানা থোইন হরাওরোই, মাগী মতৌক ওকপা অতৈ মরৈ । মান হেক পাম্লিবদি নৌরিবা মপুরোইবা চন্দ্রকান্তগা মোইরাংলাই-হরাওবা অমুক্তং চৎলুবা । মী পুম্নমক্তি ফিজেৎ তারহুনা জীপ, কারদা কাংবু কাংবু থুরক হাংদে চৎলিবা । মচু উরগা ওইরেসে শগোলহরাই উতি পাথৎপগুম মাগী চৎনিংবনা মথোয়দো ত্রি ত্রি হেক পাথৎলিসি । মীশিং খোরাংবনা শিগদোরবা মীবু অক্লবা মীচেল মরাদা পুন্দুনা থম্বীবগুম লৈরিবা মাগীসু কার লৈ, শেল লৈ অদুবু উকিল বাবু চন্দ্রকান্তদি মথোদগী ওহাক্লকাওবা নাহোকপা ওমদে মসিনি লুরিবদি ।

অঙাংনা নাউথি শাবগুম, 'অমুক্তংদি চৎলুসিহাই কৈদৌ-বগে' হায়দুনা ঙংলুবা খুদিংমক্তা মথৌ চিন্নবা মপুরোইবা চন্দ্রকান্তগী মকমদগী রা মাঙহনতা তোকলবনি । চন্দ্রকান্তসু লুহোংবা কুইজিবা অনৌবা অনৌবাগী লুংঙাইবা মতম অসি থঙহোৌগদবা নত্তে থন্দুনা খোঙচৎ অসি পাম্নকপবুদি কুইরবনি । হস্তি হেক্তা মচৎলুরগে থন্দুনা লেপথিবা মীমিৎ মশিং রামথরে—ঙঙাই ফুরবা কয়া লাকুনা হেক্তা থিংলথি । কর'ফরবসু চন্দ্রকান্ত বাবুদি লৈবাকী মশক নাইবা উকিলনি । অছুনা দোষ খৌকারিশিংনা

অপুম্বগীন্থ অরানবগীন্থ কোর্টতা উকালতি তৌবীনবগীদমক য়ানেক্ত পা লাকপা মীর ক্রোংহোংদগী মাংলোল ফাওবসি মুমিৎ থুদিংগী বয় লাই থুরবা লাকপত্থ মঙাই। মহাগী অমুক য়ারেপ্পবা চৎপা, দরখাষ্ট থোংথদা ওহাক্ত শংব নত্তে, থবক্তনা য়াৎহৌই। অত্থ-মকপু মখা চৌরা হোংনম্বনা তঙাইফত্রবা কয়াবু ককথৎলম্মগা মুমিৎলিমদি মহাক্তী কায়দা তোংত্থনা অনীতাগা হয়াউবা চৎলে।

থাংজিং লাইকোন য়োৎবদা হোজং মমাঙদা গাড়ী থাম-লগা ভুংথ-মাংথ মখোয়নিমক লাইবুংদা চঙথরে। মকম অত্থদা ইস্কালনী মরূপ-মপাং থঙন চান্নবা ওংহোক্লা য়াম্ন লৈরম্মে। মখোয়-দা কৌশিল্লুনা পুং অমা অনি য়েংলম্লগ লৈরম্লিবা মরূপ মপাং-শিংদা "ঐখোয় থর হাঞ্জরগে" হায়রম্লগ। মখোয় অনি গাড়ী থৌদোয়কলে। গাড়ী থোন থোন চন্দ্রকান্তনা হাঞ্জরকই—"ঐনা মহাক্তনা হায়বত্থনি মোইরাং হয়াওবা হাঞ্জবসি করিম্থ মুংঙাইবা পোং নত্তে, ইরাংদনি হায়ত্থনা চুমত্রদো?"

"ইবুংতো ঐখোয়দি হয়াউবা য়েংবা লাকপা নত্তে লাই থুরবা লাকচবনে?"

"করি বরদি নিয়কলীবা?"

"করিবু নিঙ্ক্তনি। নীংবা থুংজগে হাঞ্জবসি ঙাইদনা।"

"নীংঙক নীংঙকপদা থুংনবা বয় নিনবগী মনাক মকপা মোই-রাং পাখঙ অমদা মযুম পান্নবদি কৈদৌই।"

"থালমগনি অত্থবু নংনা থুগাইবীত্থনা তৌরিবা নত্রা?"

"এঃ ভুঙ্গোইদা নংবু ঐনা পামত্থনা লাকলকপরনে। নতোমদা

নামৈ য়ানবীরকলগা—।"

" হোয় হোয় ভুমিন লৈবীরো ইবুংঙো নংগা তাঙনবা ওমজ-পোং নত্তে।" মখোয়দৌ শাওগংলককমাক্সে মচীথান পৈথোক্ল-হুনা লৈথোকখরে। চন্দ্রকান্তদি লোয়না য়েংলগা নোকলি। মখুংনামনা অনীতাগী মোক্লবা পৃকনেংগী তিকি হংলুরি।

" খংনবা হৌবীবকপু নংগা মায় ওনশিন্নজনিংদে।"

" হোয়নে কোনররোইশিনে অত্থু থেংলবনিনা ঐদি য়ুমদা চুমজিং হনবা তারেনে।"

" ওয়ি, সেন্দ্রাদা চ লগা লোক্তাক য়েংলুখিনি"

" কনাগা চংলুগদৌরিবা?"

" নংগী মুপীগা।" শাউশিন্নরম্বদগী হন্দক্তি অনীতা খীক খীক নোকথোরকলে।

" অত্থুদি অত্তোপ্পা অমা লৈতবনিনা নংগা মতারেদনা।"

অম্মুম্না লংখংনহুনা থোরকপনা সেন্দ্রাগী তুরিষ্ট হোম য়োৎহনা গাড়ী খাম্মে। চাওদোম্নগী য়েংথরকপনিনা লোক্তাকী ফজরবা মফম অয়াম্বা উবা ফংই। চন্দ্রকান্তদি হৌখ্রবা খোদোক অম্বু নীংশিংলুবগুম নত্রগা উরিবা দৃশ্য অহুদা মপুক্লীং পুংলুপ লুপভ খ্রবগুম মুংবংননা লেপখরে। অনীতান তাঙলুবা হংলুবা পুম্বা ইতা তাদবগুম তোই।

মীংয়েংগী ওমথৈ লায় শন্নোকখিরবা লোক্তাক পাংন তারম-দাই মুমিংকী সনা অহিংবা মচুরক্তা অ য়ংবা ঈপোম হোর হোর-

চুনা জগোই শারিবদো মুম্বিং ঙসিদম্ম অতুম মঙরি । জগোই তাম্বা পীরিবা ৱাকয়ৈ খোনস্থ মতারি । লৈরাং কবোকংগী ইথক্তা খাংগোক মচা মচাশিংস্থ অদুম মন্তাউরি । পুম্নমক অমি উরুরগা চন্দ্রক'স্তগী করেম্নগনবা ম তৌ অতম্ব মুংশা মঙাঙ্গা লেন- ঙম্না ভূমথরে ! ৱাঙাং কোচি হৈরবা উবিলগী লৈয়েং অদু মু পুংকা কাজিনথরে । মমিক্তা মশেম-মরাং উবগুম তৌরমান্না, মনাক্তা লেপ্লিবা অনীতাদা ওস্থোক্ত ওকলবা মীংয়েংনা হেক হেক য়েংই । লাই ওরুবা হায়বদু ওইরমাগ্লে থম্মুনা অনীতাদি মী- পাইবা পোকলে, হংলুবস্থ খুমদে । চন্দ্রবু নমহুনা গাড়ীদা চৌং- খংলগা মোটরাং বজার তম্না খোগংলকলে । বজার য়ৌরগা গাড়ী থামহনা অনীতানা হায়রকই — "পোং-চৈ খর য়েংখিসি ।" খাউথুম পীদনা চন্দ্রকান্তস্থ অনীতাগী মতুং অতুম ইম্নরকই । তা-চাক মমা-মশিং খর অনীতানা হৈবোই হৈদবোই মমল তাঙনরহুনা লৈরে । মথং মথং অঙম য়েংলকপদা অথুম অহাউগী লুকমাই পানবী অমথক্কী লংলবা পুথম অমথক্তা হৈক্রেক য়েল্লি, থরো-মনা, কোম্প্রেক মতোল অমদি খজিং ঙকংবা মকুপকী শিংজু অদু উরুবদা চানিঙলমাগ্লে অনীতাদি শিংজু লৈখিনি হায়- হুনা চঙশিনথরে । পোং য়োনবী অদু চহি ২৫ তানথংলকলিবী মৌনাহা মাল্লি । অনীতাগী মতুং ইম্নকপদগী মহাকপু হেক উরু- বদা চন্দ্রকান্তদি অশাবা মুর্খিগুম মৌ নহাম্বু য়েংহুনা চপ লেপথরে । থঙহৌদনা শোনবগুম কৌরুই — "স্নাহনবী...।" কৌরিবদু তা- রমগনি লৌকী ... [illegible]

তল্লি। শেংদোকপাত্রবা সনাগুম, নীংথিরবী মাইথোং অহুদি কয় লোংথগুম গুংহাই হাইগংলকখিত্রে। খণ্ডহৌদনা শংত্রৈ লোক্তী পূলৈ কুচু মাল্লবা মাইথোং অছু পুংতাত ভাতশিল্লক্লে। লীক্লা ফুরবা গুলাপকুম হুমাংগী ঈরিক কয়ানা মাইথোংছু থোইদোক নীংথিহল্লি।

অনীতাদি শিংজুছ্ লৌরগা চন্দ্রকান্তসু মতুং ইন্নক্রিমাক্লে থম্মুনা গাড়ী তম চগুশিনখ্রে। অছু কাওবদা চন্দ্রকান্তদি হায়-গুম অহুম লেপ্লি, অহুদগী চৌং-লেম্না পোংয়োনবীছুবু কৌরই—
"মা হনবী থুংগাইরিদনা।"

"উম!" তেল্লবা পাউথুম অসিগা লোইননা ম্নাহনবীছু অমুক হেন্না নুকথখ্রি।

"অগাংদি কয়া গুরে।" হংকম খণ্ডদবদগী খণ্ডহৌদনা হায়-দোকখি।

"নীপা অমগা নুপী অমগা অনী গুরে।"

মথং হংকম খণ্ডরহুনা উকিল বাবুসু মথুং গুরু-গুরু নৈর-হুনা লেপখ্রে। পোং-য়োনবীসু হায়দগী অমুক হেন নুকথখরে। কারণী থোংনা পায়রহুনা অনীতানা লাউরকই-"হাইমা! কৈদৌবী-রিবনো অমুক লেগু না লৈবীরিবছুবো ঐদি লাকপিরিবোই নীংই।"

"ঐহাক চং-চংলগে—" তৌকম খণ্ডদনা চন্দ্রাকান্তছু হন্দোরক্লে।

"কমি" মাইথোং থজিতং হাইগতুনা চন্দ্রকান্তবু লোয় য়েংহৌই।

তৌরিবা অভিনয় কয়াহ অনীতানা উবা ফংই। অচুকপা নত্তমা করিমত্তা খত্তবা ওমদে। 'মহাক অহুবু কনানো ?' হং-লুবগী কায়দে. চন্দ্রকান্তদি মঙ্‌ মঙলি। ইরেপ লেপ্তনা খৌরুকপনা গাভীহ পুং অমা কাদনা য়ুম য়োরহুনা গেরেজদা খৌজিন্নরে। মকী মরোল হোংদোকলহনা হুমিদাংগী চাগদবা চরা চারে।

উকিলদি লাইব্রিরী তীলনি। লো বুক খর পানবগীদমক চন্দ্রকান্ত কমথরে। অহুবু মহুদা পুক্লীং থীংজিনবা ওমদরে; মুন্দা য়েংহনা য়াথলদা উংহনা লৈরে। লোয় লোয়া মাগী মতৌতা য়েংলবী অনীতানা খোনা পুন্নমক খোমজিন্নহনা হংলকই।

"করিনো। ওসি লাই খুরুম্বা চংলুবদগী লাই ওরুবওম ভুকক ভুক্কাই ইচলতা চন্ননা লৈবীরিবসিবো করি তৌরবগে? পুক্লীংদা অথুপ্পা অমদি উরৈ লৈবাগিমাপ্নেদা, অহুগা ওসাই মোই-রাংদা মংগা য়ারি শারকপী পোৎয়োনবী অহুনা কনানো ঐদি ওথোক্লা খত্তনিংথে।"

"অনীতা, মহ নওোম্দা অহিংসিমা লীহ্ননমু লোইররোই হয়েং ত্রাইয়েলগী করিমত্তা পাহোবা ওম্মোইদৌরে।"

"মত্তে, হুমিং নিনি চওলবমু লীবিদবা য়াদে, নহাক নওবা ঐহু পুক্লীং অসি ইমুং মুংতাইরোইদৌরে, সে লীবীরো হায়রী।"

"করে অনীতা; অহাবদি কোংদোকলগা খর শাকবা হায়-বসি মখাম তাবনি। ঐগী হৌথ্‌রবা য়ারী অহু লীয়গে তারো—।

(২)

অতাং ওইরিবৈদগী হৌনা ঐনা পামজবা হোৌবিদ্দি ঐনা অমুক্তা চংসুত্রিবা। অমুক্তস্ত্র উত্রিবা মফমশিংদা কোইনা চত্নুমা প্রকৃতিগী ফজবা দৃশ্যশিং য়েংবা অমদি অনৌবা মীশিংগা শকখঙ-নবা হায়বসিনি। ঐগী অপাম্বনা মত্থ ওইরবত্থ ঐহাক মোহিলং থাংলবা ফাদোকল্লমা নীংতম্বদি ফংলমদে। মরমদি কোয়বা হায়বসি ছাত্রগী পুন্সিদদি ঈশিংগা থাউগা তিন্নবনি। অন্নমকপু ছুটি অয়মুক ফংলকপদদি ঐহাক্তী অনীংবত্থ লেম্না মাওহল্লে। চহী ৮ লোম ফায়গনি, ঐনা ডি, এম কলেজদা বী, এ, সেকেণ্ড ইয়ারদা তম্নীবৈদনি। ঐখোয়গী পাবুংনা য়াম্না কম ঙাকশেনবা মময়া ঐনা কোয়বা লংবগী খুদোং চাবসি সুকফংমক ফংদে হায়বা য়াই। সময় ভেকেসনদি কদোমদা কোইক্লসিগে খল্লিবৈমক্তদা তানা চায়না থাজগী ইন্দোমচানা ঙ'-চাক এঙ্গংনাপী থম পুরকলদুনা ঐখোয়দা হেক থুংলরে। মখোয়দা অমুক্তা লাকউ হায়বা কুই-রকলপেংখনি। হন্দক্তি তান্দুম ফন চারে খন্দুনা পাননবা লাইরিক লাইও থম পুরগা ইন্দোমচাগা থাজদা লৈক্লনবগীদমক চৎলে হন্দক্তি ছুটি মন্নুংনিনা পাবুংনা খোইদোক্লা ঙাংশকপা ভৌত্রে।

মহোৌশাগী ফজবা মফম ওইবনা থাজদা অচৌকপা খুদংগী লমদম ওইত্থনস্ত্র মত্থনা ঐখোন্দা হৈনদবা অমদি পোকহনবা তম-খিদে ইন্দোমচাগী য়ুম ভসি থাজ চীথোঙ্গী লোক্তাক ঈপাক ময়ূ লৈ। চীথোঙলোমদা হিজোল হেক লোয়বা য়ুমদি, স্নাহনবী হায়বদি ওসাইগী পোং-য়োনবী সুপী অংগী মখায়ী। মহাক

ইন্দোমচাখোইগা খোইদোকপা মরি থোক্লদে, অদুবু ইমুং অনিমক য়াম্না চাম্না চিন্না লৈ। ইমুং অনিমক্তা ঐগা তিন্নবা য়াবা (লোন্দা) নীপা নহা অমত্তা লৈতে। ঐনা লৈরুবা মতম অদুদগি স্নাহনবীদি মোইরাং পাল'স হায় স্কুলদা ক্লাস আইটতা তম্লম্মী। মখোয়গী থুম্না অদু য়াম্না কৈ, ইন্দোলস্সু কৈ। স্নাহনবীগী লাইরিক লাইগী থম তাকপীম্ম হায়দুনা ঐনা প্রাইভেৎ ট্যুটর অমগুম তম্বীরম্মী লাইরিক তম্বীবতা নত্তনা মুংশিবম্মু। ঐনা হায়বা খুদিংমক্তা মহাক্না য়াদবা ইয়াও য়াওখিদে।

অতৈ মমাম্নবীগুম, মাদি ইল চিংবা অসি কম্না পামগন্দে। অদুবু মুমিদাংবাইরম খুদিংগী ঐনা হেক্তা চীংহল্লি। ঐনা হৈখোই হৈত্তবোই হ্নি-হোম্নগা মানা হিথক্তা ইল শোনবগী চেপতকপা শাখেক অদুতবু ঊনিংবা, শকখুঙনবা থম্মোই ঋল্লকপেম্নবা হারি কম্নাগী। কারাংগী হৈকোন্দা, খাবলগী ইপোমদা লোক্তাকী ঈপাক্‌ ঐখোয়নি ত্তনা শান্নমিন্নখি, থম্মোইগা থম্মেইগা শিন্নহুনা। অদুবু খঙহৌদনা হৌখরে মুংতাইরবা মতু অদো কালেন ছুটি লোইশিল্লকপনা। থরাইনা পামদ পামদনা মাঙোন্দগী বীদায় লৌহুনা য়ুমদা হল্লকখি। য়ুমদা লৈবদা ওস্থোক্ল হৈনজে; ঐগী থবাই ১দি রাখলনা মহাক্না লোইননা অহিং মুংথিল থাক্তনা শান্নহুনা লৈহোরবাম্লে।

য়াম্না বানা ভাইরবা তুংদা দুর্গা পুজাগী ছুটি অমুক লাক্লহুনা ঐহাক থাজদা অমুক চত্তুনা মাঙোন্দা শক উৎলুরে—"সনা ঐহাক অমুক লাকলে।" হৌগৎলকপা মুংশিবগী অহানবা কায়নরুবগী

উমবা হুম্মিংশিং অহুদা মঙ্গুং-মপাল নাইত্রবা মুংশিববু মশক খঙবা ঙম্মী।

মেরাগী পুর্নিমা হুমিং অসিগী অহিংসিমক্কী ঐগী থম্মোইদা পুস্নিসিমগী নৌহন্দুনত্তা লৈরগদবা। হুমিদাং মাইরমগী অমম অঙাল শিন্নকাত্রিরৈঙনা থানিনগী থাজনা নোংপোক চৌংগী মরুমদগী তপ্ন তপ্ন হন্দোরকথি। মতম অদুদা ঐগা স্নাহনবীগন্ন হিজাউ অমদা তোংহুনা ঈপাক্ত অস্নুম হি হোন্দুনা শান্নরম্মী। তপ্ন তপ্ন মপূং কারবা শরংকী পূর্নিমা অস্নুম অস্নুম মাংখংলক্লম্মী তপ্ন তপ্ন তপ্ন। থাজবু ময়েক লাহন্দুনা লৈচিলগী পংভিশিংনা থাজগী মঙানদা মনিগী লীক্লাংঙম্না নীংথিজরম্মী। মতম অদুদা ঈমাই চোম্নবা লোক্তাকী কজবদি হায়নিংঙাই লৈতে। থাংজিং চীং-মাইদা ঙা থেংহুনা শান্নরুমবা কাক্তাগী মালংবনা শান্নশি হান্ন-হুনা লোক্তাক ঈমায়গী শম্নাং পারহুনা চিংলূরে। অহুদগী স্নাতনা মহী ওইরবঃ ইপাক্তা অমুবা ানগী মপৈনা মাই মুন্নবঙম থা-বলগী মঙান্দা ঈথক্লা জগোই শারকথি। হিথক্তা ইলজিং বীশিংগী ইল শোলবদা থাবলগী মঙান্দা ঈথাক থক্তা স্ব'গগী লাইরেম্বীশিংনা মাইথুম'দ হায় হুমহুনা শান্নরিবোই নীংথি। তাউথ্‌্যা, থজোং, উথুমগী খোঞ্জেল, লুকাই হিগী বাকয়েখোল; অমুকন্ন থাদ, কান্নাং, ঈথিংগী চীঙ্খোঙদা ঈপোম্না ফুবগী বোম বোম, বোম, লেপ্তনা তাথি নাকোংশিনা। অশংবা হুমগী মন্নক্তা কবোকংগী লৈম্নাংশিংনা ফুগাইনা পুংতৌ হৌনা শাংলম্মী। ঈপাথক্তা তাউবঙম উম্নিবা থাদ কান্নাং ঈথিংগী চীংহুমশিংদগী

শক্ল'াতিগী খোঙ্গেম্না লোক্তাক ঈমায় শিন্ন তাউথোরকখি। মীৎ-য়ুং অমদমুক—ফুমগী ঈথৎশিংদা তাউরিবা খাংলোকশিংগী কারকপা থৈথুগা অতোবা লৈচিলশিংগা তিন্নখি। অমাপ্লদা উরিবা খাংজিংগী অমুবা চীঙশাংনা অতোব লৈচিলগী মফোলক্তা শাং-লেনশিংনা য়াতাবগুম উরম্মী। মোইরাং কৈথেলগী মরক্তা থা-ম্লিবা থাউমৈগী পরেংশিংনা অতোয়াদা থোক্লিবা খরাজমাচাকশিংগা অমত্তা ওইনা উখরি। পারবা সিন্নকী ইরুকিগুম্লবা নোংমরক্তা কিনারগী চমকী থিনবগুম কুপকেৎ কাকেৎ তান্নিবা খরাজ মীচাকপু শিঙনবগুম ভণ্ডনগী মপৈশিংনা থাঙ্গ কারাংগী চাংজোঙ্গা তাম্মী। পুন্নমক অহু উরগা পুক্লাংদা খল্লকখি অতোয়াগা লোক্তাকী ঈপাকী ফজবা চাংয়েংনবা অমা। মহুগী ভাবুক্লা স্নাহনবাগা ঐগনা।

মহাকী খোং নৌরবী, থাবলগী মঙালছুদা নৌহৌনবু ফজরবী মূর্ত্তিছুনা ঐখোন্দা ঙা-থেংলছুনা শাম্নখি। লিরি হুন্নকপা মুং-শিংনা মহাকী পারবা ইরুকি মুরবা শম্লাংনা ঐগী মাইথোংদা খুমজিন্নকখি। লোক্তাকী হৈক্রক হেক্তুনা চিন্না থোক্ল থোক্ল-ছুনা ইন্নরগা মুংশি য়ারী শাখি। ঈপাকথক্তা য়ঙ্গং-হুন্দা হি হোন্দুনা, খঙ্গোই মকা ফোংনখি। মতমছুদা ঐগী য়াথলদি পৃথীবিদা লৈরিবা জীবশিংদি লায়রবছুনা স্বর্গগী লাই ফাওবা ঐগ্না মুংঙাইরমগনি খাজরুদে।

অমুম হোন্দুনা শায়রবদগী ফুমগী ইথৎমচা অমথক থেংনরে। মলাক্তা হি হোলজল্লগা ঐখোয়নিমক ফুমছুগী মথক্তা কাখৎলে। কমহনা য়ারী শাখি। থঙহৌদনা ঐগী মীহুলশিং কৌ পুখবগুম

দং দং হল্লকখি। অঙহা থোনা ফুদোল্লগা মাবু ঐনা ইথাদা চেংনা কোনশিল্লম্মী। অসুম্না কয়া কুইনা লৈখিবা হায়বহৃদি ঐখঙবা ওমদরে। তপ্ন শোন্দোকখিরম্মী—" ঐনা নংবু পুন্সিগী থাদোক্লোই।"

ঐনা মাবু থঙথা থাদোক্লম্মী, মরমদি মহাক্না হিক হিক কপ্লক্ত পদগী হায়রকখি— "মীনষনি, খোইমুগী পুকচেলঙথা নথোয়গ দদি সুপীবু শায়পোংনি খল্লি। অহুগীম্ মথক্তা ঐদি পাখি কোম-খিদা পোকলবীনি......। ওসিগী থোদোক অসিনা হয়েং ক রঙয়দা ইশানা ইশাগী ইথোওদা শীংজংনা য়াজবগুম থোকলবদি......।"

ঐহাক্না মহাকী মচীন মেনশিল্লম্মী, হায়রম্মী " তুমিন লৈরো সনা। ঐনা থাজবু পন্দুনা য়াশকলিবসিনি, নংনা থাদোকলমবা নত্তনা ঐনা নংবুদি থাদোকলোই।"

মসিগী মতুঙদা করি করি ওাঙনখিবা মহ্ পল্লুবগী কায়দরে। অহিং অহ য়াম্না থেঙনা মুমদা হজিল্লম্মী। মুয়োমদনা ঐনা মথোইদা মানা ঐখোইদা লৈখিবোই নীংহুনা খোইনবু খিজিন-নগদে। মহোশাগী মকৌশাগম। খিজিল্লমবস্ু করি কায়বগে ঐনা ভৌবদা মথোয়গী অহলশিংনা য়াদবা ভৌদে। অমুকী মতীক লুনা ভৌরম্মী।

(৩)

ছুটি লোইরহুনা অমুক হন্না মাবু বীদায় ভৌরম্নগা মমদা হন্নম্মা। মুংশি ইপাক্তা অমুক্তা কুম্নমদবা ঐনা হন্দক্তি কুবদগী যেন্দোক্তুনা ঈরাক্লখৎলকপা অসি উধ মায়্রে পাবুংখোবনা ঈপাক্তী

চৈংথংনবা মথল মথলগী উপাই কয়া শি ঙম্মরক্লে। মহৌশাগুম চুটিকা মপাল থোকহনবদি লায়রম্বুনা কলেজ কাবা কাওবা মী নেক্নুনা কুপশেল শেম্নখ্রবনি। পাবুংথোর থওখ্রমাল্লে নীংই অসোমদগী ইনেনা তেলিফোন তৌরক্লম্বা ভাই। থোক্কাল চেনবা কবদগী য়াম্ন নীংথিজনা পাশ তৌরে। বন্দী থাগোক্নুনা লোই অমুক থাগদোরে, ঐহাকপু লক্নৌদা বী, এল, তম্বা থাননবা থৌরাং লোইখরে। হৌদোং লাইকুদগী লোম্না শং চেন্দুনা সনা-হনবীদগী বাদার লৌরুই। মহাক্না মুংগুক মুংজাননা উথোং চৈন্দা চাহুনা য়েংহৌবদো হৌজিক কাওবা শংশংনা উরি।

বাকম অসি নগোন্দা হায়দোকদবু ইকাইবনি, মরুনু হৌ-জিক্কি ইকাইররোই। মেরা পূর্ণিমাচুগী থা অহম্রোমগী মুংদা মশক মমিং থাদবা মাগী চিঠি অমনা ঐগোন্দা লোম থাক্ত-চরখি—"......তাউজিং লোপা চাখিবগী মহৈ......থাবুম অহম মৈয়াং মৈমী কমথরে।.........করি উপাই তৌগনি............।

লোক অসি মৈমুক শান থম্বা মতুংদা ঐগী মরূপ ডাঃ শ্যামকু-মারদগী এটৌমগী মশক ওইরবা অপী থর লৌরক্লগা লোমচেন্ন-চুনা মাগোন্দা পীজখি। মতুনা মা-ঐগী বদনামদগী কল্লেমি হায়ববু মহাকী সনাগী মুক্তি অহুদি পীথাই ওনখে। ময়াং কাংত্রিক কংলচুনা কুচু তাইকেং তাইরম্নে। মাবু হেক উরুবদা ঐহাক থক্লক্লকপু থগই। মহাকী ফিতম থওহোং যোলকপা থনিগী অয়াম থিগথলকপদা কিথুম পুবনা কাওই অহলঃকম চৌথরে থাজনা ঐ মুইলা পক্লরবদি অহলোশিং লাক্লবা মুকুং

থীবা মংলগনি হায়রদুনা মুংশা থীম তাম্নকাথ ।

পান্তা কুমাখিবা, কৈথেল কাখিবা য়াওবদগী ময়ুমদা কনামত্তা লৈরমদবনি, ঐগী লাইবক ৎবনি । ইহাকথক্তগী ইন্দোমচা খোইগী ইমুংগকাও মহোৌশাদোনা কয়া লোদিয়্নরমজ্রে । খোমুক খোমুক তোনবয়ে ।

লক্ষ্মোদা লৈরিবৈগী অহানবা থা ৪ য়োমদি হাপ্তা কাংদনা মা-ঐ চিঠি চৎনখি । নোংমদি চিঠি অমদা শক্তিশেল য়াওরম-দুনা থম্মোইদা য়ুথরে মহাক লাইরিক তম্বা তোকহল্লে । মোই-রাং থুনোদা লৈবা লোমী পাখঙ অমদা থাজদুনা বা য়োইনরে । ঐহাক্না উপাই অমা তৌরমত্রবদি মহাকী হিংনবগী অশা লৈত্রে হায়রবগী মরোলনি । ঐনা ঙম্ব ঙমদবগী থল অছু মুম ওয়্নবা মতুংদা অস্নমা পাউথুম পীথরে " ঐগী উপাই 'মুকলৈমক লৈতত্রে । ছুটি থোক্লকপা য়াবা দতমস্থ নত্তে । নংগী বাংমঙাইরে । অহল লমলগী য়াথং ইনবা নত্রগা তম্লগনা ঐবু ঙাইরম্মু । ঐনা নংবু কাউবা লৈতে ।

মছুগী মতুংদগী ওসি ফাওবদা পাউথুম অমুক লাকথিদরে । মোইরাংদগী ঐগী মরূপ অমনা তম্নকপবু মহাক হৌজিক মচা অনী ওথরে, নীপা অমগা নুপী অমগা । মথোঙ্গী য়ুবাল কয়া মওং চাদমাল্লে । থবকসু কা হেম্না শুই হায় । নহাকমু থম্মুনে য়েংউ । অনৌত্তা মহাক অছু মশক ফজরম্মী অছুগদি হৌজিক চহী ২৪ য়োমত্তা নুরিবী নংগা লোন্দানি হায়বসি থাজরিব্রা ?"

অনৌভানা পাউথুম থীরক্তে ; ম্বর মপী অমত্তং শাংন

হোৎহরগা চন্দ্রকান্তগী পাক্লবা থবাক অহুদা মোল্লবা হকচাং অহুগী চঙজফম থিরকই। চন্দ্রকান্তনন্থ মাবু হুংশনা কোনশিনবীরম্মী।

মেরা পুর্ণিমা, থাদ।

তাং ১৪।১০।৭০ ইং

# পুন্সি লিলা য়াওরিবনি।

হুম্মিং অহুগী অমুক্তা হুপীহু লাক্কুনা ঐবু ডাক্তর কৌবী-ক্লনবা হায়জরম্বনি। মরুপ শপাংনীনা ঐনা ঙাঙনবীরবদি লাইয়েংমন থর তাবীগনি অসিনী মহাক্না থল্লবা। 'মীগীদবুদি ভীজিং অমুক্তা লুপা ৩০/৪০ লৌই। ইচেখোইগীবুদি থর তানবা ঐনা ঙাংনরোইদ্রবদো' ঐগী বাহু ভাবদা মহাক থংপ্রেক থংবতম শোন্দোকখি—"লুপা কুন্থ।... ......।" মহাক্না মভোদগী ঐনা থভবা ঙমখি হৌজিক মতমদা চংনরিবা ডাক্তরগী লাইয়েংমন অসি মহাকতি থভলমদ্রি। শোয়দনা কৌবিরক্লব হায়জরম্মীদি হায়রবু অরেম্বগী হায়রুবোরে থনবগী মওংদা অক-কত্ত ঐহোম্দা শিরগম-পা য়াম্না হৈনিংদনা হুপীহু হনখি।

লৈত-লাইরগী তেংবাংবীবা কৈ থন্দুনা ঐনা কয় তকথদগী ডাক্তর সাহেবন্থ য়ারহুনা য়াচঙবদা অনাবগী ময়ুমহুদা চংলুই। ডাক্তরগী কারহু কোম্থোংদা থায়রে। ঐখোয় অনী হুংথ-মাংথ

থোংজিন্দা লেপ্তুনা ঐনা কৌরই—"ওই। ইচে ঐখোয় লাকএ থোঙ হাংদোকও"

মঙ্গুংগী করম্বা ফিভম লৈবনো থঙদে পাক হাংদোরক্লে। অদুগী তপ্প হাংদোরক্লগা হায়রকই—"চায়বা। ইবুংঙোখোই লেংভকএদনা, হেক্তা লেঙশিনবীরকউ ইমুংদা।"

মৈথুনা থল্লম্বা ইমুংহুদা হেক কানশিনখিবমক্তদা ঐনা থং- ঙায় হায়দোক্লুই—"ইস মৈথু অসিদি মুংঙাইরবোইদা।" চাক- থুংদা চাক থোংলগী মচানুপী অহল লৈশাবীহুনা ঐঙোন্দা হায়রেং য়েংথংলম্লগা লুকথখি। ইপুক্লাংদা ইকাইবা মুংঙাইতবা অমা থংপোক পোক্লকই—"ইহে ঐদি অনাবা লৈবা ইমুংদা মৈথু মায়া থুবসিদি কত্তে থন্নুনা হায়দোকখিবনি, মখোয়নদি নোক্ল- রিবোই থনথুমাল্লে।

মমিং উইথহুনা লৈরম্বা অনাবহুনা হাইকেঙং ঐখোয়রোমদা মমিং হঙ্গংলম্লগা শে'নবক্তম হায়রকই—"সখী নংনা লেবা লাং- বাশু মতীক চানা ওয়োইদবদা ডাক্তর সাহেবপু করিগী কৌরবিং বনো? ঐ কবিসু তৌদে হায়বসি নং ইথা থাজরমাল্লেনে, ওহোক- ইদা নংনা ঐগী ইহা অসি থর থর তৌবীরবদি কপ্পবা—।"

"হোইদা ওহাক্তা তুমিন্ন পোথাবিয়ু—।" মুপীহুনা ঐখোয়গী মাঙ্দা ইকাইরহুনা মথা ভারক্তনবা থেমজিনখি।

"করে করে, নংনা থোকপদা তৌবিরে।" শাউনিংলমাল্লে অনাবহু ককলাংলোমদা থোক মাওনথরে। ডাক্তর সাহেবকী অমনবা মুরা অমা ঐগীনা চাকচা কান অমা থামহুনা ঐখোয়

ফমহল্লে। ডাক্তর সাহেবনা ইমুংগী অকোয়বদা শুকদপ তৌবা মীংল্লেংনা হায়রপ হায়রপ য়েংই। ঐহাকনু চহি—য়ুম অচু খা-য়াং কৈনা শায়গা মমাওলোমদা কা-মচা অমথক্কং ইত্তোকই কাহুদা থাবা কমুং অমত্তংদি ময়ামদগী থর নাপ্পি, লৈশাবীচুগী ওইরবগত্রা মীংই, অতৈচুদি পোমক্ষি পোয়াংনা থল্লি। উগী অমনব কাংথোল ১ য়াগী হিদাল ৩ নি। কমুংদা থাখিবদা পীকলবা ইমুং অচু পীক থল্লবনি। অনাবগী কমুংচুদি য়ুমথয়াম্ম থপামক্তদা থাবনি। ইমুংচুগী অরাংথংবদদি চাকথুম ওইবনা কমুং থাদে। মথাবংবগী কন্নাংদনা ফুজাদা ঈশিং লুপ্পি। চাকথুম অমম্বুং ফুজাগী মৈথুনা মীং কাওবা মীংথিনা পাওবা ওমদে। ঐনা থল্লি—অসিওবা কীভমসিদা অনাবনা কয়ম্বা কয়কনি, অচুবু উপাইদি লৈবা যা নত্তে।

য়ুম অচুমু অহনবনা মরবা য়ুমথি। চক্না কুপ্পনি, ফকলাং বাই তৈবা মপালমথৌদি লোইশ্রগা মচুংদি লোইশিনবা ওমত্রিমাল্লে, য়াচেং, শিংমুত্তা লৈকাং চুয়ে, চুম, থরমী, তীপাইথোবী মহুম শাখি। ফকলাংদা য়াল্লিবা সগাইদা, অমনবা তরেং, লুবাক, থুমোক চুজোন অমমবনচিংবা লৈকাং চাহল্লি।

ডাক্তরনা অনাবগী মনাক্তা চওশিল্লহনা হায়—"তান্নিত্রা তাদ! সোমদা লৈশিল্লকউ।"

য়ায়া যামা অনাবচুনা ডাক্তরলোমদা য়াওল্লকই। মথা থারহনা লাইওং য়েংনা য়েংনা ডাক্তরনা হংলকই—"চৌ কয়ামুক চুলে?"

"নীফুমওামুক শুরম্মনি বাবু।"

"নচাদি কয়া শুরবা?"

"মুপী ৪ মুপা ৫ মাপল শু:র বাবু

"ইস! চহী মতাংসিদবো! য়াম্না হাবরিনী,

কেমিদি প্লানিং.........।" মমৈগী খোক্তোক্তি য়ারক্তা লোই-শিনখরে। ডাক্তরনা ওহাক্তং লৈরগা অমুকস্থ হংই—"হায় করি থবক তৌরম্মী?"

"ড্রাইভর ওইজরম্মী।"

"নাবদি কয়া কুইরে?"

"চহী অমরোম কারগনি।"

"সে হৌদাক থর কাপ্পিরমগে।" অসি হায়রগুনা ডাক্তরনা গ্লুকোজ কাপ্পবগী খোরাং তৌরম্মী। তুংদা কুম্মৈওম য়েংলম্বা অমুবা মরুখোইবা মুপীমচা অনী, থর নৌব: নীপা মচা অ... মখোয় চিবোন চিবোন শাওনরকই—ইস! মসিনা খিল্লবদি মাথু-নিদ। অমনা—"ঐদি কিজেবো য়েংনিংদে।" থিক থিক নোক্লং ঙনা কমুংদা চেনশিনখরে। তুম্লিবা অঙাং অমগী মথক্তা নম্লুর-মাক্লে হৌন কপথংলক্লে। অমনা কপ্পগী মখোল তাবদা লোইনবক হৌগৎলকপা ওইরমাক্লে, অঙাং ম'র মঙানা কপ্পগী মখোলনা খীক্লবা ইমুংচু ওহাক্তদা পুমনিন শিনখরে। মরোল থর থর খোকপা অঙাং অমনিনা "ইমা চাক চারগে ওসাইনু পুক থদে, চরাহু বালহন্দে" অসি হায়রদুনা ওইনহুনা কপ্পকখি।

তোম্বীমচা হায়বসিনা থংপদগী অঙাংসিংলে লোইন

হৌদোকলুরেদনা, ঐদি শিজনীংএদকো সৈত্যা—" অসি হায়রহনা মুপীহু কমুংদা অঙাং ময়াম্বু নাউথেম্বা চঙখরে। মিনিট মরি মঙাগী মনুংদা কপ্প খর নেমখখি।

মচাশিংদা হাইকেং ফেংশিল্লুরগা অনাবনা নাহে নাহেনা মমিৎ চোংলপ্পা হায়রকখি—" ডাক্তর সাহেব ননাই ঐ পুংকুই কুইবি নীংজরে। শিদি শিজনীংত্রিদকো " ঐগী ময়াম অসিবু থাদোকজুনা—।"

"শিরোইদা তাদ! করিগী মীবু পডশি শিখ রাত্রা ? হীক হীক কপ্পখদগী অনাবদু লোক থুরক্তুনা মখনাউ শংদোক্লগা পেলা অমদা লোক শিংচিনখি।

"তাদনা লোক শিংনবগী কৌতা ২/৩ থম্মু অঙাংমুবী পায়হনগদ্রু। অরোইবদু মৈদা অমুকমুক থাদোকহল্লু।"

য়াম্না তাব ভাবরগী মওংদা অনাবনা খুম্মকলি —" য়াম্না চুম্মী তাকপি'রবদু "

ডাক্তরনা হীদাক খর ইরগা চংখবগী খোরাং তৌরহনা হায়রকই—" সে ঐনা ইরম্লিবা হীদাক খরসি লৈরগা শিজিরো।" অইবা চেদু পীরম্মী। চাকশংলোমদা ঐনা হাইকেংফেংশিনখিবদা লৈশাবীহুনা চেং চাম্লিবদু মী ময়ামমহুগা গুহোক্ল রামখিরে। ঐগী মীংরেংদু খঙলবঙম লৈশাবীহুনা চেংজাম্বুজুং মাগী মরুমদা লুমশিনখরে।

অনাবগী মুপীনা ঐবু মপান্দা কৌথোকলগা "হাই—" ইবুংঙো! ইচেগী লৈজবা লুপা ৫ থঙুং সাহেবতা কংখিগে হায়ববু...।

ইপ্বামা কৌবীরকপগী ইপ্বাদমুক ইকাইবা.........।"

ঐসু হায়কম খঙদনা লুখম ওহাক খোংলগা খুমখি—" হোই ইচে লৈতববু করম তৌগনি হাওনহনা য়েংবা হায়বহনি। ঐসু শেল খজিক্কাও হেক য়াওরক্কেদা।"

সুশীহনা য়াম্না ইকাইনা লুপা ৫ হু না মচেৎ অমদা হাপ্ল-হনা ডাঃ সাহেবতা নোংলুরা কংলি। ডাক্তর সাহেবনা হৌদাক লৈনৌ হায়রহনা লৌবীরমদে। ঐনঃ হংখি—" ইচে সিদা খুদোং চাত্রবদি আদা হোস্পিটালদা পুরোদনা—।"

" ইবুংঙো মংসু লবাইসিদগীবু করম্না অনাবগী কিতমসিদা আদা পুখংলুপ'ন। সেবা-সাংবা তৌবিরুনবা করাসু লৈতে। সোমদা অংাং ঙাক্তা হুন্দোক্লফসু য়াবা নত্তেদো।"

কার খৌদোরক্লে, পিক্রবা মুখ অহু অমখা মরক্তা লৈহৌবে।

লমীদা ডাক্তরনা হংয়ররুখি—" অসুক ধান্ন-খান-মংব লৈ-পদবগী শরুক্তি ঐ ওইরবদি নহাম্ন সুইসাইট তৌহনা শিদোকনি। মচানা খাম্নবা মখোয়সিনিনে হিংন হিংন নোরোক্তা লাক্লবা" হায়রবদো—।"

" মতুবু হেক খায়বদি করিগী হারুপদগে ডাক্তর সাহেব;" শিখিবাদি অবাইবনি, লৈহৌগদবা মীশিংহুগীনি খাহৌগদবদি'। অনাববু হিংবু হিংগদবা মাল্লিবরা?"

" আশা লৈত্রে; টি, বি, না খুত্থারবা অনাবনি, খা অসি... মসুংদা শোয়দনা শিবা য়াই।"

ঐগী পুক্লীংদা মখোয়গীদমক মুংঙাইতব অমা খঙলোক"

পোক্লহনা হায়রদোকখি—"ওহ্নোকপনি মচা মীংওোলনি হায়হনা লৈরিবশিংহুম্ন কজবা ইরাও য়াওদে। হয়েং ময়ুম পানবদনা কমদোরগবা, মচানুপী অহল্লী হায়হনা খর ফজবহুম্ন থা ও লোম ময়ুম পাল্লরগা হল্লক্লবনি। অরাবগী মথক্তা অরাবা হায়বহুনি। ডাক্তরনা অরামল লৌবীরমদবহু ঐদি থাগৎচরিবনি। ডাক্তর সাহেবতদি লুপা ৫ গী নোটতু চল্লবা চেক্লেৎ অমনি অহুবু হৌজিকী ক্ষিভংদা মখোয়দ দি মহু পৃথীবি অসিগা পাকপা চপ মান্নজরমগনি।"

ডাক্তরনঃ হৃশ্মী—"ঐস্সু মহু খল্লুনা লৌবিত্রবনি, করিবু হেনগৎলক্তনি অহুক য়ারবা মখোয়দগী ঐনা অরামল লৌবিক্লহুনা।

"অরাবগী ক্ষিভমদদি মখোয়দি য়াম্লবু করিব্নি সংসারসিদা ময়ুম-মকৈ মরি-মতা লৈজদব লম্বেনদা পুমহুনা শিরহুদা কনানপু হল্ল য়ে-বিনীংওাই লৈভবস্নু মশিং নাইদনা লৈরিবনি।"

থা মথায় অম-রাবগী মতুংদা ঐনা মখোয়গী মমাংগী সরক্তা চৎপদা ক্সনৌবা মোংফম অমা থেংনখি লম্বেলদা উনবা অতাং অমদা হংলূবদা খওলে—মোংফম অহু ডাক্তরনা লায়েংখিবা লুপা অতুগীনি। ঐনা খনখি—লাইরবা ইমুং অমদা টি, বি, ক্তবা অরাবা অমনবু নারবদি ইমুং পুম্বা নংথরকপদা নক্তনা শিব, হায়বদুনা অরাবগী শোংবদবা পোলোয়স্সু ওইবা হৌনবোয়ে। শিল্লবা ময়াক্তদমক্তি ফরে মহাক্তি পুন্সিগী লিপুন্নগী নায়োক্লবনি করাগী নায়ানা কন্নাগীনা য়ুংওাইনা, চারিবদগীনা। নীংথোয়োল কাওবা, ঈশ্বরগী শোয়কদবা লীলা য়াওরিবনি।

# "বাপু শর্ম্মগী ইমুং"

মোং ফুং ভানবদগী অহিং ভঙ্খায় ফাওবা লেপ্তুনা মখৌ গুবক্লবা চহী মাপনতা ভা মগুরিবা চাউবনা মৈরি পীক্লবা পোদোন অমগী মনাক্তা কৌরুপ-কৌরুপ তে'রহুনা চিঠি অমা ইগদবগী লাক্লরি। তুম্মীংবনা ভাঙলবা মমীৎ অনৌহু অমুক মুক খপ খপ চিংলকই। মোংলবা মথুং ওইহুনা থেমজিনবগুম মমিং নোইর নোইরহুনা মথুং য়েংন কোহিলিং কারবা কাকচীন কলম অমনা অমনবা চেবাং ভঙখাগ ঊমদা ইথরক্লী।

"মুংশিরবী ইমা।

নঙগী নকমদা নচানা থুক্রমজখি। মহুদি ঐহাক মকম অসিদা অমুক লৈহনবীরগনু। নোংভানবদগী অহিং ফাওবা থবক গুবদা ভহাক্তা পোথাবা ফংদে। অছু কাওবদা মখোয়না ঐবু পঙফুদা ফুই। ভরাংনু মখোয়গী মচা ভোম্বনা পৈশা হুযৈ হরাক্লগা ঐভোন্দা তাইশিনহুনা ঐজ্ঞামচানা ঐবু শাজৈনা মরাম মমাংভদা তাগ তাগহুনা ফুই। মখোয় মচাশিংনা ঐভোন্দা লংযৈ লংনরগা ঐনা শাওক্লরবদি থৌরাবীনা হেক্তা ফুই; ইপাকা পম্মুনা হেক্তা চৈ। থবক'নুক কয়া ভববু চাককাও পুক থম্না পীজদে। মচাশিং চয়া য়ানবদা নোংমতম য়াওহন্দে। ঐবুদি মখোয়গী হই অরাংবীনা হেয়া লূনা তৌই। ইমা, ঐনা য়ুমদা ১৯নবগা যাউশিং কাওবা মপাল থোক্লোই থবক ভন্নুনা লৈগে।

ইমাগী হীদাকম্ব হানবীগনি। ঐবু হয়েং লৌবা লাকউকো ইমা।
ইতি :— শ্রীহাওবম চাওবা সিংহ

হকাম চল্ল চল্লহুনা চিঠিহু থুপচিল্লগা পুথক্কা ইশিল্লে— "বমচ্চারবা লৈবা ইমাদা থর পীবিরম্মু।"

চিঠি অহু মোন মথাদা লোৎশিনখ্রে। পোদোন অহু মুথৎলহুনা তুমথনবা কল্লবা কমুংতুদা হাপথরে। মহাক্না থল্লি--" হয়েং য়াহৌওন্থা হৌরগা ডাকঘড়ুদা থ দকপে।" ফক্লাংগী ঘড়ীনা নাউ-ওম ঊশৈ শকলকথি ১২ রক। মহাক তুমথরম্লে।

মীকপ থোকলকপদদি মাগী অনীংবগা ওমরম্লে। মাই-ঐজ্ঞানা থেওলে হায়হুনা চৈ-থাংলহুনা হৌদোরক্লুনা হৌগৎলুবদদি হুমিৎনা মানা য়াহৌ ওনবা হাপ্ল চায়হুনা অরংবা মীংশেল মঙালশিংনা মমিত্তা কাপশিল্লক্লুনা কবেম্মবম্লে। ইফিং ফিংনা চেল্লুনা মমিৎ মমাই তাথোকলুবে। হেক লোইবগা মাই ঐজ্ঞানা লুপা ৫ গী নোট অমা পীরহুনা হায়—" সে লুপ মরিনা আলু; লুপা অমগীনা মোরেক তি হল্লো মরুপা লৈরকদবনি থওলবরা?"

"থওজরান এজ্ঞ।" লুপা অহু লৌরহুনা চাউবা চেম্মোক-থরে। মীরক নারক য়েংহুনা ইমুংদগী মাগী চিঠি অহুম্ব লৌথোক-লুরগা হুকান তম্না চেনথরে। ইহান হান্ন পোষ্ট ওফিস ময়াই; অহুবু থোওলোল্লম্লে। মহাক্কি চিঠি থাবগী থবক অসি অমুকন্থ হৈখিদ্রি, থওবম্ব থওদে। মথক্কী দলান্দা ওনখত্তুনা পোষ্ট মাষ্টরগী মচাবু কৌই—ও। যহু! যহু.........।" যহুনা তারহুনা মথাদা কুমথরগা হংই "করিনো?"

"নখোয়গী ওঁফিসসি হাংখিরোইরা ?"

"খর রাংলি করিগীনো ?"

"অহুদি হোরেল হাংলগা চিঠিসিতা থর থাদবীরম্মুবা ।"

"থাদবীগে ক'রগী চিঠিনোনে ?"

"ইমাদা পীখিনবনি, শোইদনা থাদবীয়ুকো ।" চিঠিহু পীশিল্লমগা পোং লৈরক্লবগীদমক চংখ্রে । পোং-চৈ পুহুনা মাগী হোটেলদা থুংলুবা মতমদদি মাগী মথক্তা জর্ম্মরা লান্দারকলম্ম । মাগী ঐজ্ঞাহুনা ফজরব' চৈ অমা থাঙ্গংলগা চিঠি উংলহুনা লাউ-হুংকলই—"খবরদার ! চিঠি অসি নংনা ডাকঘরদা থাদরম্বা ?" কিমলখিবনা চাউবকী ঈ পুম্বা কয়জিনখরে । থক থক নীঙ্কলহুনা পাউখুম পীদনা লেপ্লী ।

"সাল্লা ! পীকখ্রবা জীব নংনসু ঐগী ইমুংবু হৈকাইবা পীগে থস্নি ....... .." অসি হায়বা লোইফাত্তবা লিংলবা য়াইফি অহুনা লেপ্তুনা শিংলিবা মুংশিংনা থাম্বা ফাওবা য়াদমখৈ হুইস ! হুইস ! লাউনা চাউবগী নৌরবা নঙ্গন্দা কারল থাবীরে । থরো থরো ওন্দুনা চৈনাখোল থাভলবা ফাওজা লেপ্তুনা কুথরকই । লাউরহুনা ঐজ্ঞা মেনেল্লরহুনা হায়রকই "চংলু প্লেট ময়ামসি শেংনা চাম-খোকলুচো.........। বদমাস ! অসি গুসি মখিবোংকা পীজবা য়াবা নত্তে ।" মুমিত্তুগী য়াচওবা কাওবা চাক পীজদমখৈ কথ প্লেট চামখোকপা, মীয়ামগী সন্দেস লাম্ফোক-সানশিন শোহুনা ওহাক্তা পোথাহল্লমখৈ লাক্লবীরে । খবক থাদোকপা মতমদদি অয়াম খোরাংবগা অ য়া ং ব গ না । অঙাং অসিগী থাহাই

থাইথোকথিগদৌরয়ে । ওসি'দ ঐজাহন্না অণাং অসিগী থমক্তা ওঙ্ঘোকনা শাউখে্র ।

চাউবগী পীকলবা মবুক অহু বারোবনা থনখরে । মহাক্না খওই—পুন্নমক অসি মচং কন্নবা যহুনা, মহাক্না পোৎ লৈরিবৈভা চিঠিহু পীরমহুনা ত্তৌরিবনি । মমান্নবমক ওইরবস্থু মহাক্তি মচং ওঙ্ঘোকনা কন্তে । ইত্তং তত্তুনা যহুনা চাউববু উনবা খুদিংগী "গীলাস চাম্বা..." "কি শেংপাইবা শেৎপা," "অমুবীগী মন্না...", "চাউবীগী মতৈ" কা হায়হুনা মাগী অথীবা মথৈ পুথোক্ত্রুনা লৈ-কাইগী অথীবী কুপীমচাশিংগী মম্নিংকা পকশিনবীহুনা লংনবীখ্রবনি । থল্লু থন্নুরগা চাউবহু মপুক্লৌং ওঙ্ঘোক্না মুংশিরকলমায়ে; কোইরাও-নবা মমিত্তগী লেপ্তুনা মপী শীঙ্খরকলে হায়বা কাওবা খওখিদরে । মপূক্লৌংদা লেপ্লে—"ওসি অৎৌংসিমক মুমদা চেনখ্রগে ।" মাচওবা মচুং, ওইরহুনা হোটেল থোও থিংলবা মতমদদি মহাকী অহাংবা মতম থঙ্কিক ফংলে । থেওজিন্নকলবা মতম অহদা পোৎয়োম মচা অমা শেংগাদা য়েপ্রহুনা অমম্বা মরক অহুদা মমুমগীদমক চংথোকখরে । মহাকী জেল খানা ওইরবা হোটেলগী লৈকম নথোল বজারদগী মথুংদং বমন্থা'র কাওবসি খুঙ্কী লথীদা মাইল অহুম মরিয়োন্নী অমম্বা মরক অসিদা ফুট প্রেটকী, শা কৈগী, কত্তবা মীগী অকীবসি মাওবা অণাং অমদা লৈতবদি হায়কহু ওথাকথা অহন অমকাও কীবনা নীকলিবনি । অহবু চাউবগী বায়োবা অহুনা অকীবদগী হেন্ন ফনখরে ।

সমাজদা মীওই কয়ানা হিংনবগীদমক তমথীরবা অয়াবা

কয়া মায়োক্নৈ ; মথক থোংবগী য়াথং কয়া তাহুনা চাকরি তৌরগা মপূক চাক তাল্লি । মীওইবগী আগ্না অমম্বুং দেহ চপ মান্নবশু হিংনবগী ফিভমদা মীপা মীগ খেন্নবদি ওয়োক্না ময়েক লানা উবা ফংই । কনানা কুবেরগুম্বা মরল পৈশিন্দুনা মীগী হয়বা বাতা ওাঙ্ই । অদোবা হায়বহ মাথোন্নগী শরক থুংলমক্রবহুয়াই । কনানা নোংমগী চাক চথোম অমগীদমক্তা মথুং থাক্তুনা লমজাও সরক্তা তুহুনা, কনামনা ইমুং মহুং থারবগীদমক অমুবে মুংথিল চুপ্পা অচোবা সহরশিংদা মুমিৎ থুদিংগী রিক্সো চৌংলুবগী গাড়ীহ য়াউদনা মতোমতা মওোঙনা চৎপকাও ওমদে । তাইবং কম্বাল থকসিদা পূম্লি লিলা লোইরবা মওমদতা মাম্নবা অঙাই ।

অহাং য়ায়া থেঙনা ময়ুমদা থংলুরে । থোং থিন্নহুনা চনিং চমাং শয়ত্রবা খোনকমদা চাউবনা মমা হৌদোক্লুই "ইমা ! ইমা ! থোঙ হাংদোকউ ।"

"কনানো ? চাউবা নত্রনে ?" মীকপ থোক্লহুনা ইকিং ফিংনা মথনাউ শেংদোক্লহনা মমানা হংলকখি ।

"মানি ঐনে থোঙ হাংদোকও ।" য়াথিবনা চাউবহ তুথপদোরম্লে । থোঙ হাংদোক্লক্লে । ইথা থাজদনা মচানা লেপ্পবহ উবদা হংই ইওক ওক্না—"হায়মা ! কৈনো ? ইবুংঙো নংনা তোরকলীবসিদি নতোমতরা ?"

"ইমা ঐ মথোয়দা লৈবা ওমত্রহুনা চেন্নরবনি । ওবাংকগী চাকশু পীজরক্তি । মথোয়না বফম্নুনা ঐ শিগদোয়্নবনি ।" অনি

হায়রহনা রায়োবা অমদি ওইনবগা লোইনবা ও খোংনা কপচ-রকখি।

"করি তৌরকবগীদমক। ইচাবু কনান ফুবারিবা।"

হৌরবা মরম পুন্নমক চাউবনা চীক হীক লাউনা মমাদা ভমজৈ। মমাগী ক্যরবা খংম্মোইগী শাক্তি, পীরাংনা লেপ্তুনা শিন্ন-রকই, হায়রকই—"ইমাগী ইবুংঙো লাইরবব মুংশিবীবা, লৈতবগী মীচঙ কনা লৈবা হেৎনদে। ইচা চাক লায়রবিগনি ননাওশিংগী চরাং-রায়বা ইমানা চাক খরা খাক্লীবসি চাথোক্লো। হয়েং রাহৌ-বগা ইমা থোংবীগে।" অসি হায়রহনা মচাবু থেমজিনবীংনা চাক খর পীজরে। চরা নোংখন্নখিবগা চাউবন্ন মশা নৈংমুক শাংগং-লহনা মশা থক থক নিরহনা চাক নিংথি হুকপ ভমদরে। খর চারগা ঈশিং খর থক্লহনা অহুম তোকখরে। মমাগী অম দ মনাউশিং থাক্লবা হোৎনবদা রাজরবা মচা চাউববু কোল্লহনা মধূমগী তুম-খনবা হোৎনজে; অদুবু অহৌং অহু তুখা য়াখিদরে কায়রবা খম্মোইগী ঈ খুদিংমক্লা পীরাং ওইনা শিন্নবক্তুনা থাংলিব মোন অহ চোৎলে। খন্নরবদ খা চাক্লুনা—"লাকচৈদা! হকচাং অসিনা থবদং কম্মুনা ভুব নোম্বতং ভুরবদি, ইচাশিবু নিংথৌ মচাগুম্ থমগদবনি।"

মহাক্কী রাশক অসি চিংননীংঙাই নত্তে। মৈতৈ ইমুংশিংদি মুপীনা অয়াম্বা থাক্লিবনি।

নোং চানবগা চাক্ প্রপ প্রপ থোংবীহনা মমা মচা মখোয় ;পুম্নপ চামিন্নরে। মনাও মন্নাযুগী মরক্তা চাউবগী মুংঙাইবা অমুক

ফংজরে অদুবু পোংল্লবী মমাদি করম 'ভৗরগা হিংগনি থনবদা থন-ফম্ থঙদরে। চাউবনা শম্মা হোটেন্দা গীলাস চান্বগী থা থাগী তরব লুপা কুম্ব মাথোই শিকি থক ফংবা অদুনা মচাশিং মোক্তুনা থা অমগী চাংবা শিল্লিবনি। অঙাংমক ওইরবস্রু চাউবস্রু মসি থন্দবা নত্তে।

মনা মাপনবস্তু খদুনা হায়—"ইমা অতোপ্পা থবক অম-মুক য়েংলসি। মখায়গী হোটেল গীলাস চান্বদি এ ভম্মরোই। নোং ওনবন" অহাং ফাওবা ঙাংলাক্কা পোত্থাবা ফংদে। চাকস্তু নীংথি-মুংচাইনা পাজদে। মুংমং খুদিংগী হেক্কা মুই- মুম্দাং থনক উহাঙং শংবদা মথোয়গী অঙাং হেক্কা পোহল্লি। স্কুল ওয়া ছাত্রশিংনস্তু পংশক্কা লংনৈ......।" চাউবনা পামজত্রবা শিংফম অসিগী মাযোক্ত' ঙাক্তনা কৌপংলকপামত্তদা ঐজ্জা য়েনে-জরস্তু সাইরেন অমা তোংলদুনা হেক থুংলরে, চাউবদি চুরাস্থাবা অরুবু উবদা পিখিদনা থক থক নীক্লদুনা মমাদা নপশিনত্রে। চাউ-মানা যাম্না শংহারগা লোয়ননা ফিদা থারদুনা হায় -"ঐথোয় ঐজ্জানা লেঙনীরকপবু করি করম্বা...... ?"

"এঃ ইবেম্ম স্রুমদোবনি, নীপা মচা চাউবস্তু কোগে হায়-দুনা লাকচবনি। ওবাংবু কম্না থেঙ্বদা য়োরকপগেনে মাবু ? অসোমদদি মুংশা থীদুনা পংথি থিনক্লরবনিনে।"

"ঐজ্জা বায়োবীবদি য়াত্রে। ঐগী অঙাং অস অমুক হন্না চট্টদগী হেন্না তোল্লবা থবক অদুদা থাজিমীংত্রে। অতোম্মা অমমুক

য়েংবনা করে খঙ্গরে। চহীগী মতং য়েংবীহুনা থবক নোমহনবী-মবদি খরসু কগদবনি। য়াম্না নেত্তিবা অঙাংনিদা, কম্নমক মাও রোবীবা লৈরবসু মতীক চানব পচনা মারকপীবসু য়াই, করিসু লৈত্রবা মরমহুগীদমক্তু, ইচাবু চরা হেং হনবমথৈ থবক শুহনবদি মীয়ুংশি খজিক য়াওবাদমাল্লে খঙ্গে। করবসু কত্রবসু মহাকসু ব্রাহ্মণ মচানি। ঐনা শোন্দুনা লৈবগী লৈমনদহুনা অত্তক তৌহ-ল্লুবা হায়বহুদি। মশানসু চংশোহদবগী শুসাইদগী কপ্পীবনি।”

“ইবেম্মা ইবুং খজিক ইকাইগী হন্দকমক্তংদি ইবুংবু শাকউ। অসোমদা থবক নোম্বীনবহু অমত্তা তত্তুনা তৌবনি। হন্দক-তগীদি মানা মুংশাইতনবা থবক অমত্তা তৌহল্লরোই”

“ঐজ্ঞানা তাকপিবনা য়েংনবগী ইতীকসু নংচদে। অহুবু মশক য়েংনিংঙবা মচা অদা মমা অমগী মকমদদি থম্মোইগী মনি-নিদো অহুনা হঙ্গৎচবদনি (চট্টবদা) ইবুংঙো নঙ হন্দকমক্তংগা চৎলুরো। নংনা লৈবা হেক মুংশাইতবগা ইমানা লোবা হেক্তা লাকনি। চৎলুরোকো।” চাউবনা হৈনংদনা খুমকই—“হোই”।

মহু তাবদগী মনাউ মাইমাহুনা মথেয়ুগী মা তারম্বদগী মবাম্বদা শেংকাত্তবা মরোলদা হায়রকই—“তাচৌ নং ঐ খোঙপাউ ফজবা লৈরকউকো; য়াউশংদা সেংনবা।”

“উম”। চাউবন মশুক নোম্মী মমানা মাপদবা থন্দুনা চাউবনা মানিংদবা হৈবা কয়াগী মায়োক্তা সাইকেল ত্রেমদা কমহুনা চৎখ্রে। য়ুমদা লৈহৌরবা মমান মপী তরং তরং শিন্দুনা য়েংহৌই। মনাউশিংনা মখোয় মখোদগী পোৎত্তপকীদমক্তা লাইহৌই।

# ২

খাউ অসি মুংশিংবী মমাং থানা মীয়ামদা শন্দোরক্লে।—"যামোন বাপু শর্ম্মাহ্ন লাই থম্বালনা ছম্দোকপীরমছুনা অমুক হৌরকলে হায়নৈহে, অহুগা লাই থম্বালছুনা অতোপ্পা মরাংনীপা ছকাপ্লার অমদা অমুক চেনখ্রে হায়রে।"

অতাবা অউবনা নোকই, কয়েৎনৈ, তুকচৈনে। অসিগুম্বা মথমনাম অসি অমুক হেন্না মথেক লাইন্নুনা শোংমগী অমুক্তা চাউবগী পা। ঐজ্ঞা বাপুহ্ন মমুমদা খোং হেক কাওরকলে। মাগী হুপী তোম্বীনা করেম্নছুনা হায় "ঐজ্ঞাদি অঙাংনিনা, চাক-খোংবী শান্ন-রুখলগী রারছুনা মমদা অমুক হন্জিন্নরুবনিদনা।"

ইকাইবা অমদি চাং তাবনা পাঙ্গল থোক্কবা বাপু শর্ম্মানা নুথম খোংলছুনা হায়—"তুমীন নৈমুদহে পেম্মা থোকপ্রবা বাউবো।" অঙাং মীশিং গুনবা য়েংলগা—"কদাই চাউবদি কদাইদা নৈবে।"

"নমোলগী শর্ম্মা হোটেল্দা গীলাস চাম্মী।"

"এঃ গীলাস চামহল্লবা!!" মাঙাং অসিদা অচৌব শাগৈগী নাপল অমম্ম মাওই।

"হোয়! মপা অঙাংমদি মরম ওকপনিনা চন্দ্রাবলী কুঞ্জদা লেংখ্রিনৈদো সোমদদি দসমী দশা তারছুনা ইচা অহনছুনা অনাবী

মমাগা মনাওশিংগা থাকপা ওম্নবা হোৎনবনিদনা।" রাক্তম অসি কমক পেল্লপা তোম্বীনা খুম্মী।

বা অমত্তা ভাংদনা তুমিন্ দূকথহুনা। ওহাক কম্নমগা বাপুহু হৌগত্তুনা তুমিন অহুম থোকংখ্রে। নুমীৎ য়ু'বা মতুং অতুবাইদা মগা অহল চাউববু খুৎ শমত্তন পুরক্লগা মমাদা শিন্নরে। কদাইদগী পুক লাকউবনো খওদে; নো'মগী চম্না শোয়দনবদি বাপু শর্ম্মনা হেক হেক পুশিল্লকই, মশাগী কলেজাকাদি কাবক মরৈজবা মীনি হায়র্বসদি অতোপ্পী ওইরম্বা লাই থম্বালমকস্তু য়াথ্রবনি।

মপা মপু হাক্তত্তা লাই লাৎলম্মী, বাপু শর্ম্মাগী হাক্ত-ক্তাদি মকম মরাং থওখিদরে, দেবতা পুম্বা অন্তর্ধ্যান ওইখরে। অচুন' কৎথোরনবা নৈতদনা লাই প্রসাদ খুম্নিংঙাই নৈরকখিদে। মমাওথৈদা খুহু ভুনবগী করবার তোরম্মী, হৌজিক মতমদদি মহু চৎনদবনা চেনা য়াথৈনিথোইদা অমুক ডাওরকখিবনি। লাই থম্বালগী য়ুমদি মাগী নৈকায়মক্তদনি। মাগী মপুরোইবা তোঙাও-দি পৎতক ওদকপা নৈত লাইরা কোইনা থিহুনা মাগী মুপাগী পাউদর নৈনবা সনা য়ালহন্নবা হোৎনবা মীনি। মশাগী চহি চাউরকা ৫৪, থম্বালগীনা নিফুহুমদোই মপুংনি। তোজাউনা লং-কৈ-ইকৈ চতুনা য়ুমদা নৈত্রিবৈদা বাপু শর্ম্মানা মহাজন ওইহুনা ইমুং অসিদা চেনা ৫২ না ওম্বা কুম্মে কম্না তৌই। থম্বালনা অরাং-পুরেন ওইবগী শেঙ্গোং নীংথিনা কৎই। চুমিদাংবাইরম মথোরগী কোম্হোংদগী হাইদোরকপা মীদি মবা অমবহু লোবা

য়াদরে, নীংথৌমত্তা ওইনখিহ্রিনা। চহি ৪৩ নেংলবস্থ লাইরেম্বী অসি লৈশাবী অমদগী হেন্দোক্লা কে মৌরি। ময়ুমগী ইমুং মন্নুংদা অরাংপ। কয়া লৈরবস্থ, থম্বালগী মফি-মরোন লৈনবা পাউদর, লিপস্তিক লৈনবগী মচাক্ হুনবদি বাপু শর্ম্মদা অরাবা ওইদে। অহানবদা মৌক্লগী থবকসি কয়া হৈনবা নংলমদে ঠাকুরসি; অদুবু খুদোং চাবা ফংলবদি সাধুস্থ হুরাল্লি, মৈনাক্তা ঘী থম্নপা শোৌদোকইদনা। ইমুং অসিদা য়ুম্মুরেল ওইদুনা লৈরবনিনঃ থম্বালগী মচা লৈশাবী মচা অমগা মুপা মচাদুনফাও=‘ ঐজ্ঞাবাজী ” কা হায়দুনা মীমাংদা কৌরকপদঃ বাপু শর্ম্মানা লৈক্রক থিবা য়াউ-থরবনি।

তোপ্লাউ যাত্রানা ময়ুমদা করিগুম্বা হল্লকপদদি কুম্মৈ ইরাং পুম্বা উচি মথুন্দা হক্তা লোংখি। তুররিংবা তোপ্লাউবনা, মতু মচাবা মান চথে'কল্লিভৈদা শিং নাম লৈরবা উবদা থম্বালবু থাগংলি—“ মমা নংসিদি য়ুম পানবদি হৈবা অাংনিহৈ, ইরা-রাদনা হেক্তা মরৈরম্মী।” মদুদা থম্বালনা মশা মতোমতা খঙবা খুনোক অমদা নাকচৈ। করিগুম্বা মচা অতোম্বদুনবা—“ইমা ঐজ্ঞাবাজী লাক্লরোইদ্রা?” কা হায়রকলবদি লোম মরাংদা খুজিম শিকলুই। মদুদা অপঙবা অঙাংদুনা—“ বাজী ইমানা খুজিন শিরে” হায়দুনা অমুক হেক তাকলুই খুজিন শিকপগী বাঁচাম তোবদস্থ হৈ শিংলবী, থম্বাল কোবদগী মীয়ামা লাই থবাল কৌরবী মমানা রাকমদুবু উংনা রাইনা হেক্তা থুমজিনখি।

লাইবক থীবা থোদোক অমা ওইখি, তোম্বাউ যাত্রানা লংকৈ অমুক হল্লকপদদি মচাশিংহুনা কবুই-কৈওইবগী মচাশিং-ওম্না কপ্পুনা লৈরম্মে। মরম হংলুবদদি মমাহ ঐজ্ঞা বাজাহুদা চেনখিবগী রা ওইরম্মে। থাউ অসি তাবদা তোম্বাউহ লম্বোই-হুনা চেনথুগে নীংলুমবনি অহুবু মচা অনীহুনা পুনখিবনা চংপা চমখিদে। অহিং অহিংদা থোকপুনা মাঙোলদা লেপলপা—"থবাল নওবু থজিক ফজমম্মেকো, ঐগী মাই থজিকম্নু য়েং-লমদে" হায়হুনা কয়া কয়া কপ্পচখি। অমুকম্ন মপুন্নীংদা থোনা ফুদোরকখি—"ঐম্ন বাপুগী মুপী তোথীসিহুম লোহুনা লমন খুমদিরা"। থংনবা মীকুপ্পা বাখলহু মাওখি, তোথীপোইদা মানা হাইজিন্নবগী পান্না লৈতবনা।

লাখত্রবা তোম্বাউগী পীরাং অহ লেম্না মাওখিদরে, বাপু শর্মাগী মথক্তা তাখি। চহি ৪ রোম হৈনোজোম মুবাল তেলজা রাহিপ্ত, বাপু থম্বাল—বামোন মৈতৈ অনীনা পুথাউদা হোটেল মচা অমা কমহুনা হিংজরকখি অহুবু নোংমদি চা থক্লবা মম্নাং হুকান্দার অমগী গাড়ীদা লেওখিবা উহৌদরে। মন্নান্না হায়নরকপদগী বাপু শম্মনু থওজখিবনি। মপুন্নীংদা থওহৌদনা থম্লকখি "ভাকুত্তিগী মথুওগী ভাকাওনা লাকই।" কাপোল শাদা ওমজবী, শগোলহন্নাই হুহুদা রাশি লৈবী অহুগী হুংগী পুস্তিদি ঈশ্বরনম্নু থওবীরমগনি। অহুবু বাপু শর্মদি তিজাংকোক্তা হল্লক্লে। থাউ অসি তারম্মোই থম্মুনা লাকপনি অহুগদি মথাম্নোথদনা হান্না তারম্মে। নোংমদি উনননিংদনা লৈরক্ল অথবা অমদা বাপ শর্মনা তোম্বাউব গোং কেক

থেংনরে। তোঙাউস্থ খুনোংচাবা নাম্বোকহনখিদে মতাং চানা পায়হৌই— 'ব্রহ্মা ঠাকুরনা ঐগী প্রসাডী স্মরেম্বা খরা পুথিবহুদি উমাইবীনা অমুক লাকখ্রবোইরে।"

ঠাকুর অসিনা মীয়ামদা প্রমাণ তৌখি—চৎনরোয়া লৌউ-শিংউবস্থ য়াহল্লমত্রবা কলিগী বামোন্দি কাকা চপ মায়খা য়ায়া য়াউরক্লে।

---

# লাল্লুরবা লম্বেল

য়াকম অসি চৌন নময়ৃনা ইমুংদগী হেন্দোকহল্লম্বা নত্তে; কনানবু শন্দোকখিবরো খঙদে. লৈকাইগী মীয়া ভাংনবৈবী মুপীশিং-গী মরক্তা ভাবীনবা অমবু লৈরবদি হেক্তমক ভাওনরক্লে। দেবলা-খোইদগী পাহরকপা হুম্নিংনবু ভম্বরা, শেন্দাংনবু ভাক্রবরা। অসুম্বা ভাওনৈ— "......মহোই দেবলা'সে রনবীরদা লৈবা থা ২।৩ ভর-সিকাও মবানি নোংমতা মীৎকুপ অমা ফানা উন্নবা য়াদে হায়নে। রণবীরগী মনাক নকউ ভংবা য়াদে, কিন্থনা পংচেন্দা চেল্লিয়ে।" মথোল কাক্নিন্দুনা লোয়মুক হায়—"......অহিংস্থ রণবীরনা মশা থুজিল্লং শোকলুবদা ইলেকত্রিক্লা চিংবদোনা হেক হেক লাউরকতুনা ইকাই শঙোই হাংবা য়ায়া য়াওগ্রমাল্লে। ঐদি দেবলাবু মুংজাই-ভবা মীনা হীগাইবাইগী পোংশেম যাহু তৌশিনবীরত্রা হায়তুনা কুয়া থাজরিয়ে।"

তারিবহুনা খঙকাত্রিবৈনা অখঙবা শানবা হেক্তা হোংনরকই "হেন্না হৌজিকালগী লৈশাবীবো কনানা খঙবা ঙম্পোংদোদা। লৈশারিবঙৈদা মাগা য়াম্না মুংশিনবা নীপা অমা লৈরমগনি অহুননি। মথোয়নি মুংশিনহুনা লৌন-লৈনরকপম্ নত্তে। অহল-লমল মশেল হায়নহুনা লুহোংলকপনিদনা......।"

"খঙ্‌দে, খঙদে ইনমত্তোন। দেবলাসে রাখল অমদি ইত্তো ত্তোই হায়নৈ, মকুন্দোন ( রণবীরগী মথুরা ) গোপালনা লোয় লোয়া লায়েংলী হায়রে।"

মীনবু কয়া হেক মহায়নরবদি অচুম্বা খর্দি ময়াওই। দেবলাসি হায়নরিবা ফিভমহুমক ওইরহুনা রণবীরগী মথুরা সাইকিএট্রিষ্টহুনা ( সাইকোলোজিষ্ট ডোক্তর ) মশা খঙহন্দনা লোয়া লোয়া লায়েংখি। অহল লমলনা থিবিবা ওইরবস্মু দেবলাগী মশাদা মশকী মরলগী করিমত্তা অয়াংপা লৈত্তবনা রণবীরনা মাবু থোইদোক্না লুনা ত্তোঙ্গবনি। অত্তুবু অখোবা হইবু উরগা হোদোংনা ত্তোবা কাইদাওয়া ; দেবলাগী মত্তৌসিদা রণবীরহু মকোক চাউরে পূন্সিগী থোইদোক্না মুংঙাইবগী মত্তাং ওইবা লুহোংবা নৌরিবগী মত্তমসিনা মাঙোন্দা ওয় তৈননা থোক্লবসিদা পোত্থাফম খঙত্রেহুনা য়ু থকপা তমথংলক্লবনি।

গোপালনা মচানীপা রণবীরদা পাউত্তাক পী -"ইবুংঙো নং থোইনা মুংঙাইতবা ত্তৌবিয়ু। ইমৌসি মেণ্টেল ডিজিজ্ঞ অমা লৈহুনা ত্তৌরিবনি। মুংশা থিনিংঙাই থোইনা লৈত্তে কাকানা কনবা য়েংগনি। অহুনা নঙনা মাগী মুংঙাইতনব। থক ত্তোদবা

কৈ, মহুম তৌরবদি মাগী ফিভমসি হেল্লিনখিগনি। মরিবনথৈ মাগী মনীং থুংহনসি অহু ওইরবদি শোয়দনা য়াগদরা খল্লি। মাগী ফিবমসিনা মপান থোক্লগা মাগীতা নত্তনা ঐথোয় থ্বাইগীসু কপদবা নত্তে।"

ডাঃ গোপালনা য়াম্না কুপ্না থিজিল্লবা তুংদা খল্লকই—লায়না অসি হিরিডেটরি ( মপা মপুগী মরা ) দগী ওইরকপা মওং মাল্লি। অমুকসু খল্লকই—অহুবু দেবলাবু পোকপা ডি, এস, পী, রাজো বাবুগী ইমুংদা অসিগুম্বা মওং অসি ওইখিবগী মমি অমত্তা উখিদে। তৌবদবু দেবলাগী মমাদি য়াম্না ওম্ন লৈখিদে অসিমক্তাই। কনাগুম্বা অমা কায়নখিবগী নীংবা কায়বনা ওইরবদি রণবীরতবু হঙোইকম থোকই, অদুগা মানা নীপা থুদিংবু অসুক কি-তুকচনা তৌরি-বসিনা করিগীনো? মহাকো কীভম অসিদা অসুম্মক লৈবা তারবদি মপুল্লিদা মচা থারসু লৈবরোই।"

লাইহৈগী শম কেনবমথৈ খল্লবসু গোপালনা লংজিন পুথোকপা রারে। নোংমদি থাজদনা ডি, এস, পী, রাজো বাবুগা মহাকা গার্ডেন পার্কী বেঞ্চ অমদা কম্মীমহুনা বারী শানবগী তাঞ্জা ফংলে, মহুদগী রাকম অদিগী লংজিনসু পুথোক্লরে। রাজো বাবুনা চুরুট মচৈ অমা থাখল তৌন চিংলগা থাজবা য়াবা বারী ধরা কাও-থোরকই—"ইশেন তাকয়না তাকপীরিবহুদা মরী লৈনগন্না থজবা রাকম অমদি লৈ মহু তমজরক্তে। ঐগী ভুপীমচাহবু পোকপী মমাহু বেথাবতী কৌই। ইকাই হজোইদনা হায়রবদা সংসার অ লদা ঐগী খংশংবা থুংশিবগী মশক হায়রদো মহাক্না ওইরম্মী। হায়বা

থম্মোইগী পোথাকম মহাক্না ওইরম্মী। পুলিস অমা ওইবগী কনশিল্লবা থম্মোয় অসি মহাকনা লশিং মকোলওয়া থোৎহল্লম্মী। মা-ঐ লৌনবা য়াদে. য়েক থোকই অহুবু মুংশিবগী থাজলতনা সমাজগী পল কয়া লাম্মুনা অহল লমলগী অনীওবা কয়া থুগায়-হুনা মা-ঐ পুজিগী থোওবু ওইখি। মতম অহুকগী মা-ঐগী সংসার অহুদি স্বর্গগী অমরাপুরদা য়ুম্ফম ওইরবনি। মমিংচুম্লগী পুক্নীং মুংতাইবা ফোংদোকপগী অরংবা মাইথোং, হয়াও মকা লাখগী অরংবা য়াত্তোক্ত উৎপা মীনোক। চামিন-থকমিরবগী মুংতাইবা; অমনা তৌবা থবকী অমনা থাগৎনীংবা অ'পেনবা থম্মোই পুরবক অসিনা ঈশ্বরনা পীরকপা বরনা ফংলকপগুম ইমুংহু লৈতেংলকই। অসুম্না চহী অহুম্মোম লৈরকপদগী, মুংতাইবগী মথক্তা মুংতাইবা হাপকৎলকপনি থল্লম্মী, মহাক মুপীমচাসিবু মীয়োল্লে। থা তরা-মপুং কারহুনা অন্তাং উননবগীদমক্তা হোসপিতালদা পুরম্মী।"

য়াজোগী য়ারী থওহোদনা হাইক্লেৎ লেপত্রবদা ডাঃ গোপালনা য়াগী মায়থোংদা হাইফেৎ য়েংথৎলুবদা ওহোক্লা য়েংহৈত্রবা মমি অমা মাগী মায়থোংদা ত'রম্মে। মম'য়হু থংমক মকশিনখরে। মুথোং থুদিংগী হমাংগী ঈফুৎ ক্যয়কই। ময়াই কল্লবা হু চাক্লবা মীগী মক্তোহুগা পংথেল খেয়দে।

গোপালগী তানীংবগী থোয়াংবহু উবদা পুক্নীংগী ইশৌ লাংবহু কাথরহুনা য়াজো বাবুনা মথু্া তাথরকই —"অহুদগী মহাকী অরাবা থাওবগী মীকপথে'ন, ডাক্তর নর্সশিংনা মুংশা থীনা কোয়চেল

চেন্নবগী দৃশ্য অহুনা ঐবু মৈ ওন্নবা থাং মথক্কা হিংব ডৌবগুম থোক্লম্মী। থংমোইদা তেল্ল যুরবা উচেকুম্না চৈনাখোল খাত্ত-বগী মাগী অমুকমুক নাহে-খোন্দা ঐনা হোস্পিটালগী চেকপন্দা ইথুং অসিনা কল্ল প ইশিন্দুনা খা-চিক্কুনা খাতলম্মী। অস্নুম্না খাতনা পুং ৩ পা মীনিট ৪ ত বদা ডাক্তরনা মুংগুক মুংজাননা থোক্লক্কুনা ঐখোন্দা হায়দোক্লোংদনা হায়দোক্লকখি—" তাকপী-গনি রাজো বাবু.........অত্তা দি হিংলে অহুগা মমাদি...... ।"

মথা তাবা তমদনা ঐহাক কল্লবা লৈমায়রুদা লোংনা হায়-খরম্মী। তসি কাওবদা ডাক্তরগী ফত্তবা পাউদমগী মুংগুক-মুং-জানবা মাইথোং অতুত্তা ময়েক শেংনা উরি। পুক্নিংগী কুপি-গুম্বা থোদাং অমত্তং নীপা থাক্লা পাংগে খনংদা অহুগুম্বা পাউ-দম্বা মাইথোং অমা ম'ত্তদ লেপ্পগা অহুগুম্বা শিংজং অমনা কোক্তা হেক্তা খায়খরকপ্পা থল্লগই। থৈগোক অহুদগী ঐনা খনখি— "মৈতৈ ঐগী ঈদা য়ারক্কুবা য়েক শগাই থুগাইক্লবগী মহৈরা, অহল লমনগী রাখং হিক্তোকপগী দোষরা?" য়েক লোনবগী মহৈসি অস্নুম্না তৌগল্লী হায়নৈ। মসি ঐগী অন্ধবিশ্বাসমু ওইরম্বা য়াই, ঐগী লোজিক্কী ভাউনাকো হায়জরিবসি।"

ডাঃ গোপালনা খতনীংলিবা হারো অহু থৈদোকখিগদোরে নীংহুনা মমাই চুমথোরকই— "অহুদগীদি ইবাইবুংতো অত্তাংসি হিংনবা কল্লম্না য়োক্লকপা।"

রাজো বাবুনা চুন্না নোকপতমক মানবা কংলবা মীনোক উৎলম্নগা মথা শমথরকই— "অহুদগীদি অভাং অসি ইমাগা পাবুং-গনা ঐখোয়গী য়ুমথংনবী, মচা নোনা শিখ্রবী মবুক মপাও ফবী মো অমদা তলব পীহুনা য়োকহল্লী। ঐদি মতমহুদা ইচাবু য়েংনীং-বদি লায়রহুনা "শোরেন অপুম্বী নংতনা ঐগী পুন্সিবু লৈকংলা ওনহলবনিকো" হেক থল্লুবদা হাংনিংবনা মীংকুপ নাহুম শেল্লি। মহু ইমানা খঙই, অহুনা ঐভোন্দগী মতম লৈবখিবীক্তা অভাংহুবু লাপথোকহন্নবত হোৎনৈ। মশক শুংউ উহন্দে। নোংমদি মী চীকপা তাপ্পা অমদা অভাং অসি দলান মথক্তগী লংথগে থোরাং-লিঙৈদা ইমানা কদোমদগী হোৎচিন্নকপনো ঐগী সেপাদগী মুন্নরে। মতম অহুদা মুপীমচা দেবলাসি চহি মরিরোম মুররক্লহুনা জ্ঞান থর থর তারক্লবনি। ইমাগা ঐগা অকি-অথঙ য়াউনা লাউ-নহুনা মুন্নবহুদগী থরুংখিহুনা মশাদা ইপাই অমা অহুম্বক লৈখে। মুমিৎ অহুদগী অমুক ইপা ইচা শক উরখিদ্রে। মরী-মক্তাগী য়ুমদা য়োকহনখিমাল্লে। পাঠশালাগী ফুগনবা ওঝা, চোংলম চাদবা মুপা মচা কয়াগী মরমচংকা অমুক থেংনক্লবদগী মাগী আসিগুম্বা নীপাবু হঙোইবগী মতৌ অসি অমুকহেন্নমু চেৎশিনখিবরা খল্লি।

ঐগী রাখল থর হোংপদ্রা হন্দুনা ইমাগা পাবুংগনা ঐবু নমহুনা অতোপ্পা মুপী অমমুক মুহোংবীরে। ইমানা নোংমদি দেবলাবু য়ুমদা কোক হেক পুশিল্লক্লে। মতমহুদদি মহাক লৈশাবী মচা পুংকক ফারে। মাবু হেক উবা থুদক্তা ইলেকট্রিক করেন্না

হকচাংদা শোকপগুম খাই লাউই— মহাকখংগী লৈখিত্রবী মমা-ছুনা লৈশারিবৈগী শক্তমচুগা বাগা চপ হেক থাৱৈ; ঐগী বাখল লম্ফাংনখি, ইশা খণ্ডদনা চিঙ্খালদা শোন্দোকখি— "মেধাবতী" ।

চাউরবনীনা জীব অহুবু লাইন খন্দুনা মাঙহনগে খনবা ভমত্রে । মহাক্লা হেক লৈরবদগী মুখরুরবা মৈচাক অহু মৈরী ফংন অমুক চাকখংলক্লে । ঐনা মাবু উদনবা লাক্লৈ; মানসু মপাগী নাশোল খজিক্তং ফংবদা পাইথোকখিবনা হাল্লি । মতম থর লৈরগা পাবুংস্তু লৈখিদ:রে । ঐগী অনৌবী মুপীহুস্থ ঐনা মশা শোকলুবদি লায়রহুনা নোংমতা মায় ফাওবা ওনশিন্নক্ল:দ । পাবুং লৈখিত্রবা মতুংদগীদি মাঙোন্দস্থ ঐনা ফূবা চৈবগী থবক কল্লামুক পাৱখংলি । ইমুং মহুংদা তোবা ঐগী তমথীবা অওৎ-অনৈ কয়াগী শক্তম কয়াস্থ নোরিবী মাগী থোপ্তা য়েকশিনত্রবনি ইমুং-হুদা দেবলাদি মরু ভুধীদা শাংপা লৈ ওইরে । কয়িমুক হায়গনি ঐগী অত্তং অনৈহু খাওবা ভমত্রহুনা অনৌবী মুপীহফাও লৈঙমত্র-ছুনা মপামদা চেনখ্রবনি । থোদোকশিং অসিদগী নীপা হায়বা জাক্তুদবু হেক বিহনখিবনা মাতবু মপা শক্লা য়োকচবা ইমুংগী মীনাই দামু ফাওবা উবদা কাহুনা চেল্লী ।

নোংমদি ঐনা ওক্কিসতগী হল্লকপদা ঐগী কা মহুংদা কল্লম্লে । মমাহুমক ওইনা ঐগী মীত্তা শংশং উবরকই । জ্ঞান তারকপদা শাইমনত্রহুনা— "ঐগী কাদা লৈরম্লীবা কারগীনো ?" হায়হুনা

তমখীরবা কল্লবা খুপাক অসিনা নৌরবা ইচাগী মথক্তাইদা ওয় ওয় কয় থাখি। দামুনা খায়মঙ্গবদি শোইরমগনি। অহুগা ইশানা মুমিৎ চুময়মা থোং লোনশিন্দুনা কপ্লুনা খাওলম্মী।"

অসি হায়রকপগা লোইননা রাজোবাবুগী জুরবা মমিৎতগী পি মরীক মরীক শিম্বরকখি। হিক-হিক লাউন খোপ্পেন ওল্লনা হায়থরকই—"ইবুংঙো গোপাল। নীংবা কায়বতনা কনশিল্লবা ইবাইগী থম্মোই অসি মীগী মপাপহবু উয়বা ডাক্তোগাগী শিনফম অসিনা অমুক হেন্না মথৌ শওথিহনা মুংশিরবা মমা অহুগী অরোইবা খুখা ওইরবা তাওন ফংলবী মনিওয়বী ইচা মুপীনি; অহুবু নোংমতম্ম মপা অমগী মুংশিবা মীৎয়েংনা য়েংথিব্রবনি। য়েংবম্ম ভমদে; য়েংগে খয়, লাইবক থীবিনী, মমাগা মশক চপ হেক মান্নৈ মহাক হৌজিক্ক মমাগী ফোটো লৈরি য়েংবীরগা খওগনি। হৌজিক্ক ইচাগী মফমদা মুংশিংহৈতবা হজোইজবা পোকই। খওদে, ঈশ্বরনা মরাইবক থীরবী মুপী মচা অসিদা কয়াদা তমথিগ্রবা মপা অমা শক্তক থুংবীরম্ববা। ... ... ... ... ...

ডাঃ গোপালনা হৌজিক্কি মমৌগী লাইওং খওবা ওয়ে; লাইওংগী মতুং ইন্না মথল মথলগী লায়েং পায়থংলক্লে। অহানবদা — ইমুং মমুংগী মুপা খুদিংমক্তা, মরুওইন রণবীরনা দেবলাগী পেন্নংবতা ভোবা হৌরকই। রণবীরনা মান পামগদবা কী য়োয়চাংবা খুদোল পোং কয়া লৈহনা মুংশিবা থম্মোই নৌগদবা য়া কয়া

হায়রুবা মনাক খর খর নকশিল্লি। কিয়দা লয়োদা দে লাবু থম্মোই অয় তৌনবা।

অনীশুবদা — মানা থোইদোক্না মুংশিনা পামজবা কল্লিবো থিজিল্লক্লে। দেবলানা নৌম্নিবা অঙাংবু শম্থোক্না লুনা তৌই। মতৌনা পোকপা, চহি ৩ লোম শুরবা ইমোশাবু মচামকুম্না লুনা লোইনৈ। অচাপ্পোং অমত্তং ফংবদা মাঙোন্দ হাম্ন পীজ্জ। শান্নপোং লৈবীরকপদা মানঙ্গম :হেম হম্নাওই। নোংমদি মনেমতোম্না (গোপালগী মুপী) না, ইমোমচাবু পম্নিঙৈদা অচীকপদা কৌশি-ন্দুনা হায়রকই— "দেবলা! নং ইমোচাসি কয়ামুক য়াম্না মুংশি?"

"য়াম্না মুংশিবো ইনেতোন"। ইপঙ পঙজবা মাগী পাউথুম্নী। মনেমতোম্না ঙপংলহুনা কীহল্লি — "হম খল্লিক্না মচাইয়ে মপানা স্কুলদা থাখিগদবা অমুদগীদি বোর্ডিং স্কুলদা অহুমক লৈম্রগনি। মংনা অমুক মুংশিবা ফংখিম্রা ?"

দেবলানা মিপাইনা মমীৎ লাউথোক্লহুনা হায়রকই — "ই: শংচং চংহল্লোই মুমদা অহুম লৈহন্দুনা তমহনগনী।"

"মহুবু লাগদম্নে মীগী মপানা থাগদববো? অঙাং মুংশি-মগা নঙগীম্ন নক্না লৈনব তৌদনা।"

"কয়া তৌদৌম্নিবা অহুদে ... ... ...?" থঙ্জবগী ইথন থম্নদনা হল্লেকপনি।

মনেমা হাইকেৎ নোক্লহুনা হায়রকই — "অপঙবী নঙনহি নপঙ পঙজরগা, নংগী মুপাবু অহক কিরিবহুবু করিগীনো মাগা নংগা মুংশিননা লৈত্রবদি কদাইদগী নচা কংগদগে।"

"কৈনোমা খম্বরগুম দেবলাহু খঙহৈদনা মমাই খজিক চাওশিল্লকই। শোম্বাংননা অমুক খুম্রকই — "ঐদি নীপা কিবো।"

"অঙাউবী, রণবীরনমো নঙোন্দা লুনা তৌজনে ? নখোয়গী নতৈগা নচেগস্ব অমুক মুংশিননা লৈমিন্নরিসি নোমতা খৎনবরা ? অহুনবু মচা অমুক মুংশি মুংশিনা কংলিবনি।"

দেবশাগী পুরীদা মনরমী রাযুম অসিনা মোসন পীকচর-গুম, রাখলগী মম্বা পর্দাদা নীংশিংবনী শক্তম অমা খংউ উরকই — মহাক্না থোংনাউ পর্দাদগী মচেঙং লোম্ব টৈখিবা মতৈবুংলো অমদি মচেম্বগী অঙকপা প্রেম লিলা; নোংমা মুংখিলঙ্গ মী চৌক-খুবা অমদা উখিবা অঙকপা থৌদোক অমগা। মাইথোংদদি যুবা-কুসুমগুম চাওশিল্লহুনা খম্বরকই — মসিরনে ইচা ফংনবা হায়রি-সিবো॥

মুখিং অহুপী মুমদাংনি। ভয়ামরিসি পানবা জিবনী থাজনা লৈচিন নোংম্বাই পাইরক্তিদা লৈজবী মঙাল পুখোক্তুনা চালি অকোটবদা উল্রিবা অভিয়াগী মখোঙশিংদা অংগৌবা নোংহুম মরাম কমহুনা লৈবহু নঙনা অভীয়াদা নে ?

রণবীরগী ভুমকম কাগী মমাঙমক্তদা লৈবা হুইতলাগী মাজোল ('Baloony ) দা লেপ্পুনা দেবলানা মপুক্লোংদা মঙল মঙল খঙ্গুদা দৃশ্যচু য়েংলি। অমুবা উপাল খাপালনা মরুমদা লৈবা লিজ্জগী গ্নুমথকলিংদা থাবলগী মচালনা য়ৈবদা থক্তোরকপা মঙাল, দলার মগ্লাদা হৌবা কোনা, লিংকাপ পাম্নলি: দলাবগী লল্লাদা থাব লৈলিং পুন্নমকশি মথং মথং য়েংলিচৈদা রণবীরনাকা মনুংদা ঈশে ওংহুনা চঙলকপগী মখোল তারকই। ইমুংদা ওহাক কোইচং চংলম্লগা রণবীরহু লগানা মাঙান্দা থোক্লকপদা দেবলানা লেপ্পম্বহু উক্করে। চঙলিঙ্গুনা হুংলিনা কৌরুই— "দেবলা ফরিদোরে। হৌজিকফাওবা ভুমগ্রিবদে ?"

"ভুম্নিংদহুনা লৈরম্নিবনি; কদাইদা চংলুরে থেঙলক্লিবদি ?"

"ঐ থীয়েটর য়েংলুবনি।" রণবীরনা ওকপদা থেংলে। নীপাগা নক্কবা মাদবা দেবলানা "ওসিদি ওরাম ওরাম্না; মতো অমমি। হুমিং থুদিংগী মতোগা হায়রুরবদি পাউথুম পীরকপদি লায়রহুনা হৌহুনা চেনখ্রুগদবনি। নোংমতা মীৎচানবা ওমজনবা দেবলানা ওসিদি য়াম্না থহবা মীৎয়েং অমগা লোইননা মাগী মাইথোংদা য়েংথংলকই। মালং-ঈপোম হৌরবা চোইজাই-নবা শম্লাংলক্তগী মোঝোন মীনোক্কী মমি তারকই। রণবীরনা মাগী মাইথোংদা য়েংলম্মী, দেবলানসু মীৎকুপ্পুনা। থঙাহৌহৌনা লিংকাপ মহৈচাবা শেকপী অনৌথক্লা মশা। ফত্তং ফত্তং ফুরকপদা দেবলানা থংমনখুসা "ইমা" হায়না রণবীরদা চেৎন কোমলিল্লকই রণবীনরসু মাবু।

রণবীরদি মওতম থোকখ্রে, দেবলানা মাবু থাদোকত্রে। করনম্থু নত্রে, অদুগবু ... ... । রণবীরনা থাজত্রদুনা খোলমেংনা হংলকই— "দেবলা নং ঐবু থুংশিবরনে ?"

পাউখুম পীরক্তে; ওহোয়া পুক্লিং নৌগ্রবা মুংশি মৌংয়েং তনমক রণবীরগী মাইথোংদা য়েংথংলকই। লৈপুন অদু থানদনা মলানগী মাঙোম্দগী মাগত্রে। কাগী থোং অনীচু লোনশিনখরে। মুংশিংনা থংহুম হুন্নবদা পম্মদা শাংলিবা তলাপ অনীখক খেংজিন্নদুনা মুংশি চীঙ্গোয়রম্মী। মুমীং অদুদগী হৌনা দেবলাগী কংলবা থম্মোই লৈকোম্দ য়েংনিং হুনখ্রে। মথংগী চাংদা লৈরাং শাংলে; পাম্মি অমা ... ... ...।

দেবলাদি হৌজিক্তা খঙলক্লে— তাইবংপানদিদা মুপা মুপী অনীগী ওংবা থাবা য়াদবা মরী লৈ।

# মমাগী নুংশিবা

নুংশিনগী মুংশা হাইগৎলকপদা চাঁন্দনীমা (তোম্বী) গী পোৎকমদা লাক্লুনা মহৌশাগুম পেদো পেদো ঙাঙলখি —

"ইনন্মা ! চাক চারবরা ? করি এসা ং চাই ?

মাগী হৌনবী বারেম সুরকদোরে খন্দুনা চাঁন্দনীমমানা খুম্বীরক্তে অচুবু মহাক্না মথা অচুম হায়থরকই— "হৌজিকসিদা অহাউবা চাক এসাং হায়বসি অমত্ত হেক চেংতদা ; য়েংঙুনে ইনন্মা ঐগী নীপা-মচাদো ওঙ্খাক্না চিহনাও থিগ্রবপোৎনি ; ঙা খোংলিবমতমদা ঙায়ৌকা হাপত্রবদি চা লাকপোক্তে হায়বনি। এসাং হাউত্তবা মমিত্তদি মমা ঐবু মীওইবগী রাইহেকা হায়রমদনা মথুং হামদোক্লুনা চৎখিব্রবপোৎনি।" লমাইগী হিকু মাব্রহুনা ঙহাকমুক ভুমিন লৈখি।

"চিহনাও থিবহুনবু ঐতোম্বগী পোৎ ভারি অমা শোংলম্মগা হৌজিক্ক যম লৈবাক্তা চৎখ্রেদনা।"

"যম লৈবাক্তা ! হুম ইনন্মা অচুম্না হায়বীগমুদা, তৌহৈদবা রাবু, নহাকসু খঙলিবহুতাই ঐগী ইচাবু খোংমতা মীৎকুপ অমা ফানা যুমদা লৈরম্মরনে ? ফুং ফাওরম্নগা কৎ চৎখিবা লাম্মে থানবাগা। পহেক মাঙ্ক্রনা। ঘুমিৎ মঙানী তরানী যুমদা হল্লক্ত-বম্ম মমাওই। হন্থ্রুবা অনৌরাম ফাবক্লদনা, মসিনা ইনন্মা ইবেম্মা ঐদি চারম থক্লম শুমথঙ হেক থংত্রবনিনে।"

"ভাইখো ঙস্কা নংবু কৱিমত্তা চা-থক্তুবরা নশক অঠ য়েংবা য়ারক্তরে, ঃশায়দনা শিবা ভারেনহাই। কান্নদবদা থল্লুর-মুনে নচাগী রাখন্দো।"

"নয়া নিপা অঙাওবদুগী থনবদা ৎতোৱিবনিনে, মহাক্নদি চায়মগনি চারম্মোই থঙদে খা ফারেদনা মসিদবু ঐবু চাক চঙখি-গল্লা ? থঙদেদা মপাদু হৌজিককাও লৈরম্নবদি অম্নম তৌখিগ-ত্রদো লুখ্রাবী মচা চন্দ্রকংনান হায়বদু হেক থোকই।

তোম্বীগী কোংঙমদা ঙাহৈমখৈহাও সহক লমজাওদা মশম ইকা ফানা পঙচংতা অমুক চংলি। মমিত্তু কোইওৎ ঙজুনা য়েংই। লম্বেন চংপশিং গাড়ী থৌবশিংনা খিনা খিনা চৌবিরম্মী "হায় অঙাওবী লম্বেন চুম্না চংলুনে নমিত্তু করিদা য়েংজিনো ......।" ইহা হাদনা য়াম্না তপ্না তস্কানা খুম্নম্মী—"ইবুংঙো শাওদু শাওদু ইমাগী ইচানীপা অমা অম্নম খিরম্মীবনি। নখোয়বু ঐগী ইচা শাজোবদু থঙনত্রাও মাবুকা থেংনরমত্রা হায়বনি ...।"

কনানা খুম্নম্মী "থেংনদে......থেংনদে।" অখঙবা নীপা মচা চোংলম চাদবশিংনা লংনরদুনা রা রা নোকই "নঙো নচা-নীপাদি মমংদা (মোঙমদা) মংগ্রা তানবা চংখ্রদনা.........।" কনা অমনা......"উম উম উনরম্মী...... ।" তস্কানা য়াম্না হয়াও না হংলুই—"হা! ইবুংঙো কদাইদা......"হাঃ হাঃ আঃ লাই-রৈবাক্তা পোকেৎ মার তৌহৌই।" "নত্তে নত্তে নহাক যমগী ঙভকা ফনহৌবনি।" মত্তান্না রা রা নোকশিনবী। "ওযোকইদা

ইবুংঙোশা" মঙ্গাংহুদগী তুমিন্না চৎথোকখি।

তুম্ফাহ্ন লেপ্তুনা চংলি উখোঙ রাখোঙদসু ফম্মী' সিনেমা হোল মমাঙগী পাখঙ লৈশাবী ইমান্নবা মনাক্ত মরক্তসু চংলম্মী। অথুঙবা পাখং লৈশাবীশিংনা চীবোল চীবোল ঙাংনবা য়াওই "শাজৌশিগ্রবনিনা মমা অসিনা অমুক ফুরিংখাউ চপ্পা থোরক্লী-মাল্লেনহে।'

সুমিৎ খুদিংগী মত্তৌগুম্না চৎপমথৈ চংলুরগা য়াচঙবদা অমুক হপ্লিরকই। লৈরক চক্লবগী অমম্বদা পাখং অমা লেংথৈনবদা কৌরকই— "নিপা মচা শাজৌবা নংবু কদাইদনো? চৎথোক-ল্লুনে চঙলাসনে নংযো লাকও লাকও ইমাগী চঙলসি।"

নোক্রেম হাইগ্রেমনহুনা পাখঙহুনা লৈয়েং-ফাহরপ্পা হায়-রকই — ঐনিনে হন্দোল! ঐ মণিনে ঙাওরল্লুনে থিং।"

"এঃ ইবুংঙো মণি নং ওইরে হমাদি খঙলুদরে নংগী মরুপ্তি ... ...।"

"হেরা শিগ্রবহুবু খল্লুহনা করি কাম্নগদগেনে হন্দোল; মহাকন্ন উথ্রবহুদি শাজৌহ্ন অহাংদা মীনা মখৌরি মেংখায়হুনা যজার মচি অমদা হুন্দোক্লম্বদো মনাকসু য়ু লিক্লি অমসু লৈরম্মী-দনা য়ুদদি পামজথ্রবা কাদরসু মুংশিংমুক কুঙবা মীনি ভাই শাজৌহ্ন।"

"কৈদৌবা মীনা মখৌরি মেংখায়রবা! হুম মঠবো য়ু ঙাওহুনা হিপ্প হায়বহু নত্তনে?"

"মখোরি মেত্তুনা শিবদগী মৈ তীকপ্রবচ্ছদি। শিথ্‌বন্থ ম্নারবা মীনিদা শুন্দাদ অহুঙম্বা মাশিদা শিবা হোনৈ। গৌর-মিথাই মীশি হায়বহ্নি। ইন্দোল নংগী নচানীপাদো মরূপ-মপাং মশক খড়বা মা নত্তেনে, তিম্নরিবা মরূপ ঐ:ন্দগী পেল হাংপি-থিজুনা খোরুবদা ইম্নাইবকসি নচা নীপাছনা কয়াদা থিনা থুগাই-ছ্যা। মীগী মগান্নুপী কবা ঙিংডুরিব ইকাইবা পিরিবা মীত্তোন্দা লুমহৌনা মাল্লুরিবা খল্লুরিবা। এ. কাম্নদে কাম্নদে শিঙ্গথিবনা কৈ মাপাপকীন। কাম্নদে ঐ চংলে ই.ন্দান হাইরং হাইরং চখোকখি। ফুংখংনা লেপ্লংগা তপ্ন তপ্ন তন্ধাহু ময়ুম্লোমদা চত্তলকই।

মাঙ্গোলগী উ:থাংতেপা ভাহ্ননা মুকম মুক্কম শোল্লি — "ঐগী ইচাবু শিরবা মীনা মখোাম মেংপা; মাগী হৈনবা য়ু ভাওহুনা হিপলখা নত্তবা ... ... মনাক্তা য়ু লিক্লী।" সুমিৎ কয়ানিমরুম তখা মমুংদগী মপাল থোকলকখিদরে। ক্রোক ক্রোক লাউবা হাচেংকী ফমুং মথক্তা শরুগী মপুলত্তম কংলবা মশাহু তাহুনা লৈ। কনানপ্প হম্ন য়েংবিরদে!

থা জময় মমাঙঃ— নোংজাম্নকপদা মচানিপা শাজোম্ন কৈ খলপ, মেংলপা গালৈ অমদা শিহুনা লৈরম্বা মীয়াম্না থেংনখি। [illegible] লোম্নলুই; নচানু কৌবথৈ [illegible] পুখলোই লোইবকাওদা মাঙোল ভাখবলে। ঙহুগী মাগী বাখল তেংবাল শেংনবা হায়বহ্ন ওয়রক্‌পনি। যমগী হুংবা মনাক্তা লেপ্পরবা মত্তম অসিদদি

মুৎলমদাই থাউমৈঙম অশেংবা রাথলগী মঙাল অমা থজিঙং খংঙাল ঙালখৎলকখি।

পোৎয়োনবী তোম্বীনা ক্রেক ক্রেক লাউরবা থোং অহু হাইদোকুনা মোৎলবা, চাইরবা ইমুংহুদা চংলকই। তম্ফাগী শরুগী উচলহ উবদা খংপ্রেক খংনা হায়রকই — "হাইমা তম্ফা করিনো নংনা তোরম্লিবা মতো অমিদে? ঐদি নহালমথৈ নহাক মুমদা লৈতবোই নিংই, হোগৎ-কাংথৎপা ঙমত্ররবনে নংবু"

কুৎলবা মমিৎ অনীহু তপ্ন ওনথৎলরহুনা মতোং হাঙত্রবা মখুৎ অহু থাদংহুনা হায়রকই—"ইনম্মা! লাউ সিদা কম্লো লাউ;" ম্লাম্লা হানা অমুক হায়রকই—"ইনম্মা নহাক ওসি উরবা ম্লাম্লা করে, পুম্নগী ঐশিংহু খোনাউসিদা থজিঙা থাদবারম্মুবা।"

হজোইরপ তোম্বা মনাঙা কমথরহুনা চাম্মনীমানা ঐশিং ইনবা। কন ম্লাম্লা থরবা মহুংদা ওক্রে হায়হুনা মখুৎনা তপ্ন ইম্মোরকই।

"চাক থরা থোংবীরম্মুরা।" তোম্বীনা হংলকই। "হম! ওক্রে কারদে, ইনম্মা! ওসি বা...... অমত্তবু হায়জগে," শুর চনীং ঙানবা লাক্লগা হায়রকই—"ইনম্মা হোজিকসিদা ঐবু মুং-শিবিবা হায়রবু নংঙনি। ঐ ইচাগা উনরগ ন কুইমরোই অহুগা ......ইনম্মা ঐনা চৎখ্রবা মঙমদা নং......নং ঐগী মুম লে হি-জোলসে নং লোহোকো। দিন উপু মহুংহুদা ঐগী কনেক অনীগা কিহুপ অহুমগা" লৈবনি অহুস্থ ইনম্মা......নং......।" কংলবা চাইরংদগী মপি তৈথোকপিরহুনা চাম্মনীমান। হায়রকই—"করিনো

ইবেম্মা ! অদুম হায়রিবেদা, করিগুম্বা তৌরোই চাক থক্লগুম চানং তৌগদা ।"

"ইনম্মা ! ঐ…ঐ কুইরোই, ঐনা শিরবদি নখোইগী শোরাং কায়দে; মাইদা শিথা অমত্তং নোংবিনা ইমা ইচাগী অহুম ইনম্মা নংথা ঐগী মুম হীজোগদে জোহো। মসে লোইহোনা কনাম লৈত্রবনি। শাজোবনা পোং শোংখি হায়বদো মচুম… মরক থংলমুনা তোখোনা হায়রকই—"ইহে ইবেম্মা ! নংবু তুমিন লৈরোবে।"

থৌংকুপ থর তুমিন লৈরম্বগা হায়রকই—"শাজোবদো নহাক থুংলৈ। মান……মান হায়রবু লংকৈদা চংসি খাদা মুম শায়রে হায়রে। ছু……হায়রিমক্তদা শাড়ো থুংলরবেদনা ঐগী ইচানা থৌইরে; ডাইখো ডাইখো ডপ ডপ……ডপ কাপে। ইচাও চাওনা ফুক হৌগৎলকে তৌই, থগহৌদনা মাগী কয়ুংহৌদা প্রদাপ মাউনা তাখ্রে।

মা ডাঙলকখিত্রে। চান্দনু মমানা কৌই—তম্মা ! তম্মা ! তম্মা ! খোহাং হাপকংলি তম্মা…তম্মা !! থুয়কখিরবে। অরোইবা মীজৌ অসিনা হাওজিনা লংদা তিনখিবগুম হুংশিবগী মৈরি খাহেম মুথখ্রে—মচাগীলমক "মমাগী হুংশিবা।"

*লোইরবা*